

ডাঃ ওয়নাম ইবোচাউবা সিংহ
প্রোফেসর, মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট
মণিপুর য়ুনিভর্সিটি



# মণিপুরী কাব্য-কাঙলোন





# মণিপুরী কাব্য-কাঙলোন

অনীশুবা শেমদোক্লবা অমদি চাউথোকহল্লবা খূৎনম



অইবা
ডা: ওয়নাম ইবোচাউবা সিংহ
প্রোফেসর, মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট
মণিপুর য়ুনিভর্সিটি

ইম্ফাল
নেপেন পব্লিকেসন্স
২০০৬

**MANIPURI KAVYA-KANGLON**
*(Manipuri Poetics)*
by Dr. Oynam Ibochaoba Singh.
Professor, Manipuri Department
Manipur University
2nd revised and enlarged ed. 2006
(1st ed. 1976)
Pp. xii + 151 Price : Rs. 100/-

Published by
**Smt. W. Shantilata Devi**
**Nepen Publications**
Nagamapal Singjubung Leirak,
Imphal





ফোঙজবী ..................................
**শ্রীমতী ৱাহেংবম শান্তিলতা দেবী**
**নেপেন পব্লিকেসন্স**
নাগামপাল শিংজুবুং লৈরক, ইম্ফাল

অহানবা খূৎনম: ১৯৭৬ ইং
অনীশুবা শেমদোক্লবা অমদি চাউথোকহল্লবা খূৎনম : ২০০৬ ইং

টাইপ সেটিং তৌজবা
দেবান শর্ম্মা, সুমতি প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ)
নাগামপাল শিংজুবুং লৈরক, ইম্ফাল।

নমজবা
পদ্মা প্রিন্টর্স
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

স্বর্গীয় ক্ষেত্রিমযুম তোম্বুংজাও সিংহ
(ক্বাকৈথেল অখাম লৈকাই, ইম্ফাল)
লৈচিন খোঙনেৎনব্রবা ইথৌগী খুয়াখাদা
নোম্নুক্লা কচ্চরি।

# ৱাহৌদোক

ঙসি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য জগত্তা ভারতীয় সাহিত্য শাস্ত্রগী শক্তম ইতা তাদবদি নংত্রে — অলংকার কৌমুদী, অলংকার জ্যোতি, সাহিত্য মিংশেল, ছন্দ বীণানচিংবা অঙ্গপ্রত্যঙ্গ অমদি অপিকপা মওংদা পূর্ণাঙ্গকল্প ওইবা লাইরিক খরদি মউরে। পূর্ণাঙ্গ ওইবমক্তি থোকপসু থোকখিরোই, য়াম্না ৱাখিগনি। অলংকারদগী মশক চহম য়ৌনিংচিং লেপ্লিবা ভারতীয় সাহিত্য শাস্ত্রগী পূর্ণাঙ্গ ওইবা শক্তম অমা পুথোকপা হায়বসি মী অমগী পুন্সিদা তরাইবা নত্তে, অদুগীসু মথক্তা, ঙসিগী শিক্ষিত সমাজগী অয়াম্বা মীশক্তি পাশ্চাত্যরোমগী শিক্ষাদগী হৌরকপা ওাক্লি, পাশ্চাত্যগী সৌন্দর্য্যশাস্ত্রদা লুপ্লা ওাক্লি। হৌজিক্ত ঐখোয়গী ইমারোল মণিপুরীনা মশাগী মতিক মগুন্না — চুম্নগী এম, আই, এল অমা ওইনা লেপ্লদ নত্তনা — কলেজগী থাক্তা ইলেক্টিভ অমদি অনার্সগী মতিক চাবা শক্তম অমা লৌরকপা, বিশ্ববিদ্যালয়গী থাক্তসু মশীং চনবা লোনফম অমা ওইরকপদগী সাহিত্য সেবী, সমালোচক অমদি অধ্যাপকশিংনা খর খরদ ময়েংশিন্নরকই। য়েংশিনফম থোকপদগী য়েংশিন্নরকপা মতাংসিদা ভারতীয় সাহিত্য অমত্তগা হান্না শকখঙনহৌদবনা মখোয় অয়াম্বদা ৱানা থোকপনা অদুম মনম্মি। ঙসি থোক্লিবা লাইরিক খরদংসিনা বিদ্যার্থীশিংদা মঙাল, মখোয় খ্বায়দনা মতেং অদুম মপীনরবনি।

শ্রীওয়নাম ইবোচাউবা সিংহগী মণিপুরী কাব্য-কাঙলোন ভারতীয় সাহিত্য শাস্ত্রগী পূর্ণাঙ্গকল্প ওইবা শক্তম অমনি। মসিগী বিশিষ্টতা অমা — খূদম লোইনবা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদগী পীবসিনি। শ্রীসিংহগী লাইরিক্সি বিদ্যার্থীশিংগী খুৎলোয়বা অমা ওইবদ নত্তনা সাহিত্য শাস্ত্রগা শকখঙনবা তাল্লিবা তোঙান তোঙানবা ক্ষেত্রগী মীওইশিংদা অচৌবা তেঙবাং পীগনি হায়না খন্দবা ঙমদে। শ্রীসিংহগী খোর্জেইনা হৌজিক্কী লাইরিক্সিদগী মপূং হেন্না ফাবা অমা মণিপুরী সাহিত্য জগত্তা খূদোন তমজবা ঙম্বা ঈশ্বরনা পীনবা ওইসনু। ইতি

**শ্রীমীনকেতন সিংহ**

১৩ মে [illegible]

# ৱাহৈ খরদং

'মণিপুরী কাব্য-কাঙলোন' কৌবা লাইরিক অসি মণিপুরী লোনদা কাব্যশাস্ত্রগা মরী লৈনবা লাইরিক কয়ামরুম লৈরবা মতম অসিদা অমুক নৌহৌনা পুথোকচনীংউবগী মরমদি ঙসি ফাওবদা মঙাল উরবা কাব্যশাস্ত্রগী মণিপুরী লাইরিক অয়াম্বদা শাস্ত্র অসিগী মরু ওইবা বিষয়শিং চোইনা-চোইনা য়াওবা উজবদগী অমদি শাস্ত্র অসি নৌনা শিন্দমল্লক্লিবশিংদা খর লূরপ্না নৎত্রগা লূপ্নপ্না থোক্কদবা সংস্কৃতনচিংবগী ৱাহৈ-ৱাতাশিং অমসুং শাস্ত্রগী য়াম্না কুপত্রবা হীরমশিং করিগুম্বা মরম অমা নৎত্রগা অমদগী য়াওবা থেংনজবদগী কাব্যশাস্ত্র নৌনা শকখঙনবা হোৎনরক্লিবশিংগী খুদোং চানবগী মীৎয়েংদা শাস্ত্র অসি মরু ওইবা বিষয়শিংবু পূন্না লৌখৎপা, সংস্কৃতনচিংবা ৱাহৈশিংগী য়ারিবমখে মৈতৈলোনগী নক্লবা ৱাহন্থোক পীবা অমদি শাস্ত্র অসিগী চঙদবা য়াদবা য়াম্না মচং ওইবা হীরম খুদিংমক খূদমগা কোন্ননা অরায়বা লোনদা খূৎলোয়না উৎপা লাইরিক মচা অমগী চাংয়েং তৌজবনি। লাইবক ফবদগী চহী খর অসি কোলেজগী থাক্তা ছাত্র ছাত্রীশিংবু কাব্যশাস্ত্র তম্বীবগী খুদোংচাবা ফংজবদগী ছাত্র-ছাত্রীশিংনা কাব্যশাস্ত্রগী মরীদা থেংনরিবা অৱাবা-খুদোংচাদবা কয়ামরুম নকশিন্না শকখঙনখি। অদুগুম্বা অৱাবা-খুদোংচাদবশিং অদু লাইরিক অসিনা খরমখৈদি কোকহল্লগদ্রা হায়না আশা তৌজে।

কাব্যশাস্ত্রগী ওইবা মখল-মখাগী মশীং য়াম্লবা খূদমশিং য়ারিবমখে মণিপুরী সাহিত্যগী মৌলিক ওইবা শৈরেং-ৱারেংশিংদগী লৌথোক্কুনা উৎনবা হোৎনবনা লাইরিক অসিগী শক্তম শাগৎপদা থমখিবা মরু ওইবা মীৎয়েং অমনি। শাস্ত্রগী ওইবা নীংথিজবা কয়ানা মপূংফানা লৈতেংলবা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কৈনি হায়বা উৎচবনা লাইরিক অসিগী মপূং ওইবা পান্দম অমনি। উৎচরিবা খূদম খর অসিদি পাক্লবা সমুদ্রদগী লাইজ-খূজোক খরদং শোক্কৎচবতনি।

লাইরিক অসিগী মচাক ফংখিবা লাইরিকশিংগী অইবশিং অমদি মতম-মতমগী ওইনা পাউতাক পীনবিখিবা অখঙ-অহৈ পূম্নমক্কী মফমদা লমন তোঞ্জরবনি। লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক ওইনা মমল য়াম্লবা ৱাহৈ খর ইবিরকখিবা ঈকায়-খুম্নীংঙাই ওইরবা লৈবাক্কী শক্লাইরবা প্রাধ্যাপক শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহগী মফমদদি থোইদোক্লা লমন তোঞ্জরবনি।

লাইরিক অসিগী মরমদা ফগৎনবা তাকপিরকপা খুদিং হরাওনা লৌশিঞ্জগনি অমসুং মথংগী খূৎনমদা শেমদোক্লবা হোৎনজগনি।

ঘনপ্রিয়া বুইমেন্স কোলেজ, ইম্ফাল — অইবা
১৩ মে, ১৯৭৬ ইং

# অনীশুবা খূৎনমগী ব্রাহৈ খরদং

মণিপুরী কাব্য-কাঙলোনগী অহানবা খূৎনম মতম কুইনা উখিদ্রবা তুংদা নুংশিরবা ছাত্র-ছাত্রীশিং অমসুং ইকায়খুম্নরবা মরুপ-মপাংশিংনা অকনবা থৌঔনশিল পীবিবদগী লাইরিক অসিগী অনীশুবা শেমদোক্লবা অমদি চাউথোকহল্লবা খূৎনম অসি লাপ্থোকচরি। লাইরিক অসিবু নুংশিবিখিবা পূম্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খণ্ডবা উৎচরি। লাইরিক অসিবু থব্রায় য়াওনা নীংথিজনা টাইপ সেটিং তৌবিখিবা সুমতি প্রিন্টর্সকী ইনাও ইবুংঙো দেবান শর্ম্মগী মফমদসু তৌবিমল খণ্ডবা উৎচরি। লাইরিক অসিবু ফগৎহন্নবা তাকপিরকপা খুদিংমক হরাওনা লৌশিঞ্জগনি।

মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি — অইবা
২ ওক্টোবর, ২০০৬ ইং

# হীরম-লামায়

# কাব্য

## পরিভাষা

করম্বা পোৎশকপূ 'কাব্য' কৌগদগে হায়বা ৱাফম অসি অখণ্ড-অহৈ পূন্নমক্না মমাঙৈদগী হৌনা হৌজিক ফাওবা খন্নরক্নি। ৱাহৈগী হৌরকফম য়েংলুরবদি কবিনা[১] পাঙথোকপা থবকপূ কাব্য হায়না খঙনগনি।[২] মতৌ অসুম্না লৌবা ৱাহৈগী 'হৌরকফম' গী ওইবা অর্থ অসিদগী কাব্যগী শক্তম ময়েক শেংদবা মরম্না ভারতকী আচার্য্যশিংনা 'পোথোক' ওইবা কাব্যগী মীৎয়েংদা পরিভাষা কয়ামরুম পীরম্মী। পরিভাষাশিং অদুগী মনুংদা মরু ওইবা খরদং :—

১। **ভামহ** — 'শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম্' *(কাব্যালঙ্কার)*। [অর্থগা লোয়নবা ৱাহৈবু কাব্য কৌই।]

২। **মম্মট** — 'তদদোষৌ শব্দার্থৌ সগুণাবনলঙ্কৃতী পুন: ক্বাপি' *(কাব্যপ্রকাশ)*। দোষ য়াওদবা, গুণ য়াওবা, অলঙ্কার য়াওদবা থোক্লবসু নীংথিবা অর্থ য়াওবা ৱাহৈপরেংবু কাব্য কৌগনি।

৩। **বিশ্বনাথ** — বাক্যং রসাত্মকং কাব্যম্' *(সাহিত্যদর্পণ)* [রস চেনবা ৱাহৈপরেংবু কাব্য কৌই।]

৪। **জগন্নাথ** — রমণীয়ার্থপ্রতিপাদক: শব্দ: কাব্যম্' *(রসগঙ্গাধর)*। [নীংথিবা অর্থ চেনবা ৱাহৈশিংবু কাব্য কৌই।]

নোংচুপলোমগী অখণ্ড-অহৈশিংনসু কাব্যগী পরিভাষা কয়ামরুম পীরম্মী। পরিভাষাশিং অদুগী মনুংদা মরু ওইবা খরদং :—

1. **Aristotle** – 'Poetry is to be defined as an art, the fundamental principle of which is imitation – that imitation being through the medium of Language.' *(Poetics)*

[লোলগী পাম্বৈ শীজিন্নরগা মতৌ তম্বনা নিয়ম-মপূং ওইবা কলা অদুবু কাব্য কৌই।]

---

[১]কবি (কু + ই) = পূন্নমক খঙবা + মী। [২]'কবেরিদং কার্য্যং ভাবো বা' (ব্যঞ) — *মেদিনী কোষ।*

2. **Shakespeare –**

'And as imagination bodies forth
The form of things unknown, the poet's pen
Turns them to shapes, and gives to airy nothing
A local habitation and a name.
(*A Mid summer Night's Dream,* V, 1)

[কবিগী কলম্না শকখঙদবা পোৎশকশিং অমদি মালংগী তিঙ্গাকোকশিংবু শকপান্নবা মূর্ত্তি ওইহন্দুনা মখোয়বু মমিং, মফম পীরিবা কল্পনাগী ৱাফোঙ অদুবু কাব্য কৌই।]

3. **P.B. Shelley** – 'Poetry in a general sense may be defined to be the expression of the imagination. Poetry is ever accompanied with pleasure.' *(Defence of Poetry)* [কল্পনাগী ৱাফোঙবু চাউরাকপা অর্থদা কাব্য কৌবা য়াই। কাব্য হায়বসি মতম খুদিংমক্তা নুংঙাইবগা শাগোন্নে।]

4. **S.T. Coleridge** – 'Poetry is the best words in best order.' *(Biographia Literaria)* [ৱাইদগী ফজনা লেংশিনবা ৱাইদগী ফজবা ৱাহৈশিংবু কাব্য কৌই।]

5. **Wordsworth** – 'Poetry is the spontaneous overflow of powerful feelings: it takes its origin from emotion recollected in tranquility.' (*Lyrical Ballads,* Preface) [অচিকপদা নীংশিংলকপা পূক্লীংগী ঈহলনা হৌরকফম ওইবা শাফ্ কনবা ঈহলশিংগী মথন্নতা চাংজৌ পানা চেম্বরকপা ঈচেল অদুবু কাব্য কৌই।]

মথক্কী পরিভাষাশিং অসিদা কাব্যগী তোঙান-তোঙানবা শক্তমশিং উৎলি। আচার্য্য ভামহনা 'অলঙ্কার' বু ৱাইদগী মরু ওইবা ওইনা উৎলি। আচার্য্য মম্মটনা 'ধ্বনি' বু ৱাইদগী মরু ওইনা লৌই। আচার্য্য বিশ্বনাথনা 'রস' পু কাব্যদা ৱাইদগী মরু ওইবা মচাক ওইনা উৎলি। কবিরাজ জগন্নাথনা কাব্যদা 'নীংথিবা অর্থ চেনবা ৱাহৈ' বু হায়বদি 'রস' অমসুং 'ধ্বনি' অনীমকপু ৱাইদগী চঙদবা য়াদবা পোৎলম ওইনা উৎলি। অমরোমদা নোংচুপলোমগী অখণ্ড-অহৈশিংগী মনুংদা এরিষ্টোটলনা 'মতৌ তম্বা' গী কলাবু কাব্যদা মরু ওইনা লৌই। সেক্সপিয়ার অমসুং শেলীনা কল্পনাগীপোখোকপু কাব্য ওইনা লৌই। কালরিজনা কাব্যদা লোলতবু ৱাইদগী মরু ওইনা খল্লি। ভারত অমসুং নোংচুপ লমদম অনীমক্কী অখণ্ড-অহৈশিংগী পরিভাষাশিং অসিদা কাব্যগী শক্তম মরু ওইবা অমা নৎত্রগা অমা চিথরম্বা মরম্না নাম্মতা য়েংবা মীৎয়েংগী দোষ লৈ হায়না আলোচকশিংনা লৌনে। ভারত্তা কাব্যগী

ঙসিফাওবগী পরিভাষাশিংগী মনুংদা আচার্য্য বিশ্বনাথকী পরিভাষাবু খরা হেন্না মপূংফাবা অমসুং অচুম্বদা নকশিনবা ওইনা অয়াম্বনা লৌনরি। অসুম্না চাউরাক্না,

মতম পূন্নমক্তা রস চেনবা নীংথিজবা অর্থ পীবা ঙম্বা নীংথিবা ব্রাফোঙবু কাব্য কৌনে।

## কাব্যগী মখল

কাব্যগী তোঙান-তোঙানবা মখল তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েংদা খায়দোকপা য়াই। মরু ওইবা মীৎয়েং অহুম :– (১) ইবগী মওং (শৈলী) গী মীৎয়েং, (২) মওং-মতৌ (স্বরূপ) গী মীৎয়েং অমসুং (৩) পূক্নীং হূবা (রমণীয়তা) গী মীৎয়েং।

## (১) ইবগী মওংগী মীৎয়েংদা কাব্যগী মখল

মীৎয়েং অসিদা কাব্যগী মখল অহুম শুই :– (ক) গদ্য, (খ) পদ্য অমসুং (গ) চম্পূ।

### (ক) গদ্য

নুমিৎ খুদিংগী শীজিন্নরিবা ৱারী-ৱাতাইগী নৎত্রগা ব্যাকরণগী নিয়ম মতুংইন্না ইবা মওংগী কাব্যবু 'গদ্য'[1] কৌই। লীলা, ৱারী, ৱারেং, ৱারী-ৱাতাই অসিনচিংবশিং গদ্যগী মনুং চল্লি।

### (খ) পদ্য

ব্যাকরণগী নিয়ম থুগায়রগা অয়াম্বা শরুক্তা ছন্দশাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না ৱাহৈশিংগী ঈথক-ঈপোম অমগা লোয়ননা ইবা মওংগী কাব্যবু পদ্য[2] কৌই। শৈরেং অচৌবা মচা পূন্নমক পদ্যগী মনুং চল্লি।

### (গ) চম্পূ

গদ্য অমসুং পদ্য অনীমক পূন্না ইবা মওংগী কাব্যবু চম্পূ[3] কৌই। কাব্য মখল অসিদা গদ্য অমসুং পদ্য অনীমক শীজিন্নে। খূদম ওইনা, মণিপুরী সাহিত্যদা কাব্য অসিগী মওং খজিক্তং ডাক্তর কমলগী 'মাধবী' উপন্যাসতা লাকশিনবা য়াই। উপন্যাস অসিগী ৱারেং মরক্তা শৈরেং মচা-মচা খরদং য়াওরি। ৱারীগী মপূং ওইবা মচাকশিং শৈরেংগী মওংদা ৱারেংশিংগা চাং মান্নরপ্না য়াওরম্বা থোক্লবদি

[1]গদ্য = ৱারেং। [2]পদ্য = (পদ, মাত্রানচিংবা য়াওবা) শৈরেং। [3]চম্পূ = গদ্য-পদ্য য়ান্নবা।

'মাধবী' বু তশেংবা চম্পূ কাব্য কৌনরমগদবনি। ভারতকী অরিবা সাহিত্যশিংদদি চম্পূ কাব্য মরাং কায়না লৈরম্মী; হৌজিক্কী মতমদা চম্পূ কাব্যগী মগুণ থোইনা লৈত্রে।

## (২) মওঙ-মতৌগী মীৎয়েংদা কাব্যগী মখল

মীৎয়েং অসিদা কাব্যগী মখল অনী শুই :— (ক) দৃশ্য, অমসুং (খ) শ্রব্য।

### (ক) দৃশ্যকাব্য

মাঙদা মীৎনা শং-শঙ য়েংহন্দুনা থম্মোয়দা নুংঙাইবা পীবা ওম্বা কাব্য অদুবু দৃশ্যকাব্য[১] কৌই। কাব্য মখল অসি ভাবোক (দর্শক) শিংগী মমাঙদা শান্নদুনা উৎলি। মহে হৈবা-হৈতবা, চহী য়াম্বা-য়ামদবা, শাগৈ ফবা-ফত্তবা, নিপা-নুপী মীওই খুদিংমক্না কাব্য মখল অসিগী নুংঙাইবা ফংবা ওম্মী। মরম অসিনা ভরত মুনিনা কাব্য মখল অসিবু 'মঙাশুবা বেদ' হায়না মিংথোল্লম্মী।

দৃশ্যকাব্যগী মখল অনী শুই :— (অ) রূপক অমসুং (আ) উপরূপক।

### (অ) রূপক

মতৌ তম্বা ৱাঙাঙ, শাজৎ, ফিজেৎনচিংবা শীজিন্নদুনা কনাগুম্বা মীশক অমনা অতোপ্পা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অমগী শক্তম লাংবা (অভিনয়) না য়ুম্ফম ওইবা দৃশ্যকাব্যবু রূপক[২] কৌই। রূপক্কী মখল ১০ লৈ। মখোয়গী মমিং অমসুং মশক মখাগী অসুম্না উৎপা য়াই :—

| | *মখল* | *ৱারী* | *নায়ক* | *মরুওইবা রস* | *অঙ্ক* |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | নাটক | ইতিহাসতা ফাওরবা | ধীরোদাত্ত, পণ্ডিত, দিব্য (লাই) নৎত্রগা দিব্যাদিব্য (লাইগী অব-তার) | বীব, শৃঙ্গার | ৫-১০ |
| ২। | প্রকরণ | লৈবাক্না খঙনবা নৎত্রগা কল্পনাগী | ধীরপ্রশান্ত, ব্রাহ্মণ, মন্ত্রী, বৈশ্য | শৃঙ্গার | ৫-১০ |

---

[১]দৃশ্য = য়েংননবা। [২]রূপ + ক = শক্তম + লৌবা (হৌজিক্কী মতমদা 'রূপক' পু চাউরাক্না 'নাটক' হায়না খঙনরে)।

| | মখল | হ্রারী | নায়ক | মরুওইবা রস | অঙ্ক |
|---|---|---|---|---|---|
| ৩। | ঈহামৃগ | কল্পনা অমসুং ইতিহাস য়াম্নবা | ধীরোদাত্ত, লাই | শৃঙ্গার | ৪ |
| ৪। | ডিম | পুরাণ নৎত্রগা ইতিহাসকী, ইন্দ্র-জাল, লালনচিংবা | গন্ধর্ব, যক্ষ, ভূত প্রেতনচিংবা য়াম্না শাথীবা নায়ক | রৌদ্র | ৪ ফাওবা |
| ৫। | সমবকার | পুরাণগী | লাই, হিংচাবা | বীর | ৩ |
| ৬। | ভাণ | কল্পনাগী, মী অমখক্তনা হ্রাহং-পাউখুম তৌবা | বিট মখক্তমক | বীর, শৃঙ্গার | ১ |
| ৭। | প্রহসন | ভাণগা মান্নে | তৌশিন্নবা সন্যা-সী, তপস্বী, পুরো-হিত, নপুংসক, কঞ্চুকী | হাস্য | ১ |
| ৮। | বীথী | ভাণগা মান্নে | অথোইবা, য়ায়মরল্লা নৎত্রগা অতোনবা মী অমখক্তমক | শৃঙ্গার | ১ |
| ৯। | ব্যায়োগ | পুরাণ নৎত্রগা ইতিহাসকী নোং-মগী থৌদোক | ধীরোদ্ধত নৎত্রগা ধীরোদাত্ত | বীর | ১ |
| ১০। | অঙ্ক | লৈবাক্লা খণ্ডনবা, নুপীগী তেংথাবনা মপুং ওইবা | অচম্বা মীশক | করুণ | ১ |

## (আ) উপরূপক

জগোইনা য়ুম্ফম ওইবা দৃশ্যকাব্যবু উপরূপক[১] কৌই। রূপকশিংগী পান্দমদি লীলা য়েংলিবা ভাবোকশিংগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা স্থায়ী ভাবশিং[২] অদু রসকী থাক ফাওবা য়াকায়হনবনি অদুগা উপরূপকশিংগী পান্দমদি জগোই-ঈশৈ, মীৎয়েং-নায়েং, শাওঙ-শাথেক (ভাব-ভঙ্গিমা) অসিনচিংবনা ভাবোকশিংগী মফমদা অখন্নবা ভাব[৩] অমবু উথোকপনি।

[১]রূপক + উপ = রূপক + মানবা। [২]স্থায়ী + ভাব = (থম্মোয়গী) লেঙদবা + ঈহুল। [৩]ভাব = (থম্মোয়গী) ঈহুল।

উপরূপকী মখল ১৮ নি। মখোয়গী মমিং অমসুং মশক মখাদা উৎলি :—

| মখল | ৱারী | নায়ক | মরুওইবা রস | অঙ্ক |
|---|---|---|---|---|
| ১। নাটিকা | কল্পনাগী | ধীরললিত, নিংথৌ | সংযোগ শৃঙ্গার | ৪ |
| ২। ত্রোটক | কল্পনাগী | ধীরোদাত্ত, লাই (অঙ্ক খুদিংদা বিদূষক) | শৃঙ্গার | ৫-৮ |
| ৩। প্রকরণিকা | লৈবাক্লা খঙনবা নৎত্রগা কল্পনাগী | বৈশ্য | শৃঙ্গার | ৫ ফাওবা |
| ৪। সট্টক | কল্পনাগী | ধীরললিত | অদ্ভুত | ৪ |
| ৫। সংলাপক | ইতিহাসকী ফাওরবা (শন্দোক্লা) | নাপল তৌবা ফত্তবা মী | শৃঙ্গার করুণ য়াওদবা | ৪ |
| ৬। শিল্পক | মোংফম, ভূত-প্রেতনচিংবগী | ব্রাহ্মণ | শান্ত হাস্য নত্তবা | ৪ |
| ৭। দুর্মল্লিকা | পুং ১ গী ৱারী | ১বা অঙ্কদা বিটকী ২বদা বিদূষকী, ৩বদা পীঠমর্দগী, ৪বদা নাগরিকশিংগী কুন্মৈ | হাস্য, শৃঙ্গার | ৪ |
| ৮। উল্লাপ্য | অগুকপা | ধীরোদাত্ত | শৃঙ্গার, হাস্য, করুণ | ১ নৎত্রগা ৩ |
| ৯। প্রস্থানক | ইতিহাসতা ফাওরবা | অতোনবা, মীনাই | শৃঙ্গার | ২ |
| ১০। গোষ্ঠী | ইতিহাসতা ফাওরবা | ধীরোদাত্ত | সংযোগ, শৃঙ্গার | ১ |
| ১১। নাট্যরাসক | কল্পনাগী | ধীরোদোত্ত | শৃঙ্গার, হাস্য | ১ |

| মখল | ব্বারী | নায়ক | মরুওইবা রস | অঙ্ক |
|---|---|---|---|---|
| ১২। কাব্য | লৈবাকনা খঙনবা নৎত্রগা কল্পনাগী | ধীরললিত ধীরোদাত্ত | হাস্য, শৃঙ্গার (ঈশৈ) | ১ |
| ১৩। রাসক | ইতিহাসতা ফাওরবা, (অব্বাংবা ব্বাখল মথং- মথং | অপঙবা (সুত্রধার) য়াওদবা) | শৃঙ্গার | ১ |
| ১৪। প্রেঙ্খণ | ইতিহাসতা ফাওরবা | অতোনবা | শৃঙ্গার, বীর | ১ |
| ১৫। শ্রীগদিত | ইহিতাসতা ফাওরবা | ধীরোদাত্ত | শৃঙ্গার, বীর | ১ |
| ১৬। বিলাসিকা | ইতিহাসতা ফাওরবা | বিদূষক, বিট, পীঠমর্দ | শৃঙ্গার, হাস্য | ১ |
| ১৭। হল্লীশ | কল্পনাগী | ধীরোদাত্ত | শৃঙ্গার, হাস্য (ঈশৈ) | ১ |
| ১৮। ভাণিকা | ইতিহাসতা ফাওরবা | অপঙবা | শৃঙ্গার | ১ |

## নায়কী মখল

নাটক[১] কী ব্বারীগী হৌফম-লোইফম ওইবা খ্বাইদগী মরু ওইবা নিপা অদুবু নায়ক[২] হায়না খঙনৈ। নাট্যশাস্ত্রদা নায়কী মখল ৪ থোক্লা খায়দোকই :—

(১) ধীরোদাত্ত[৩] — মবূক তপ্পা, পূকচেল চাউবা, চীংলেম্বা ঙাকপিহৈবা, ব্বাশক চেৎপা নায়ক। বীর রসকা চূনৈ। খূদম :— রামচন্দ্র, নরসিংহনচিংবা।

(২) ধীরোদ্ধত[৪] — মবূক তপ্পা, থোয়চৎনবা, শাউগনবা, তয়াং-তশোইবা নায়ক। রৌদ্র রসকা চূনৈ। খূদম :— পরশুরাম, টিকেন্দ্রজীৎনচিংবা।

(৩) ধীরললিত[৫] — মবূক তপ্পা, মথম্মোয় থোৎপা, হরাও-তয়াম পামজবা, কলা-বিদ্যা হৈনজবা নায়ক। শৃঙ্গার রসকা চূনৈ। খূদম :— দুষ্যন্ত, হেঞ্জুনহানচিংবা।

---

[১]নাটক = রূপক। [২]নায়ক = মরু ওইবা মীশক (Hero)। [৩]ধীর +উদাত্ত = অতপ্পা + পূকচেল চাউবা। [৪]ধীর +উদ্ধত = অতপ্পা + থোয়চৎনবা। [৫]ধীর + ললিত = অতপ্পা + অথোৎপা।

(৪) ধীরপ্রশান্ত[1] — মবূক তপ্পা, ব্রাখল ঈংবা, মীচম ক্ষেত্রিয় ব্রাহ্মণ নৎত্রগা বৈশ্য ওইবা নায়ক। শান্তরসকা চূনৈ। খূদম :— 'মালতী-মাধব' নাটক্কী মাধব, 'চিংঙু খোংনাংথাবা' নাটক্কী খোংনাংথাবা অসিনচিংবা।

## নর্মসচিবগী মখল

শৃঙ্গার অমসুং হাস্য রসশিংদা নায়ক্কী মতেং পাংবা মীশকশিংবু নর্মসচিব[2] কৌই। নর্মসচিবশিংগী মখল ৪ থোক্লা খায়দোকই :—

(১) পীঠমর্দ — নুপীশিংগী মপূক্লীং লায়না হরাওহনবা ঙম্বা নায়ক্কী মরুপ।

(২) বিট — কামশাস্ত্রগী কলাদা হৈ-শিংবা, হরাও-তয়াম্বা পাম্বা নায়ক্কী মরুপ।

(৩) বিদূষক — মীৎয়েং, ফিজেৎ, ব্রাঙাঙনচিংবা খোঙথাং-খোঙথাং খুদিংমক্তা অতোপ্পবু নোকহনবা ঙম্বা, য়াম্না চাগন-থক্কনবা, লৌশিং চাউবা নায়ক্কী মরুপ।

(৪) চেটক — নায়ক-নায়িকা অনীবু উন্নহনবদা থোইদোক্লা হৈ-শিংবা নায়ক্কী মরুপ।

## (খ) শ্রব্যকাব্য

নাকোঙনা তারগা নৎত্রগা চীন্না পারগা রসকী নুংঙাইবা ফংহনবা ঙম্বা কাব্য অদুবু শ্রব্য[3] কাব্য কৌই। শ্রব্য কাব্যগী মখল অনী শুই :— (অ) প্রবন্ধ অমসুং (আ) মুক্তক।

## (অ) প্রবন্ধ

ৱারীগী মাঙ-তুং শম্নহনবা মরী নাইবা পদ্য অদুবু প্রবন্ধ[4] কাব্য কৌই। কাব্য অসিগী হৌবদগী লোইবা ফাওবদা ৱারী অমা মথংশিংনা চখৈ। কাব্য অসিগী মখল অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই : (i) মহাকাব্য (ii) খণ্ডকাব্য।

### (i) মহাকাব্য

মীওইবা পুন্সিগী পাক-শনবা শক্তম পাক-চাউনা বর্ণন তৌবা কাব্যবু মহাকাব্য[5] হায়না খঙনৈ। মহাকাব্য অমদা করম-করম্বা মচাক য়াওগদগে হায়বা

---

[1]ধীর +প্রশান্ত = অতপ্পা + অঙৈংবা। [2]নর্ম +সচিব = নুংঙাইবা পীবা + অশীল-অয়াঙ তৌবা মী। [3]শ্রব্য = তাননবা। [4]প্রবন্ধ = লেংশিল্লবা। [5]মহা + কাব্য = অচৌবা + কাব্য।

ৱাফম অসিদা মফম-মতম খেন্নবগী মতুংইন্না অখণ্ড-অহেশিংগী মত তোঙান-তোঙাল্লি। ভারতকী মীৎয়েং মতুংইন্না চাউরাক্লা য়ানবা ৱাফমশিংদি :— মহাকাব্যগী অহৌবদা মঙ্গলাচরণ য়াওগদবনি; মসিদা লাই নৎত্রগা শাগে-জাৎ ফবা অথোইবা মশক্লাইবা মীওই অমগী পুন্সিগী থৌদোকশিং মপৃংফানা উৎকদবনি; মীওইবগা তোৎন-তোয়রিবা প্রকৃতিগী নীংথিবা শক্তমশিংসু মপৃংফানা বর্ণন তৌগদবনি; পুরাণ-ইতিহাসনচিংবদা ফাওরবা লৈবাক্লা খণ্ডনরবা ৱারী ওইগদবনি; অফববু থাগৎকদবনি, ফত্তববু হুন্থগদবনি; ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ — মরি অসিগী মনুংদা অমনা পান্দম ওইগদবনি; শৃঙ্গার, বীর নৎত্রগা শান্ত রসনা মরু ওইরগা অতৈ রস পূম্নমক মশা ওইনা য়াওগদবনি; ৱারীগী পন্দুপ (সর্গ) ৮ দগী হেনবা ১৫ দগী হন্থবা ওইগদবনি; পন্দুপ অমমমদা তোঙান-তোঙানবা ছন্দ অমমম শীজিন্নগদবনি; অসিনচিংবা। [হৌজিক্কী মতমদা অয়াম্বনা শাস্ত্রগী কূপ্লবা নিয়মশিং অসি চপচানা ইন্ননবা হোৎনদ্রে।] খূদম :— 'রামায়ণ', 'বাসুদেব মহাকাব্য' অসিনচিংবা।

## (ii) খণ্ডকাব্য

পুন্সিগী শরুক অমতং শন্দোক্লা নৈনবা কাব্য অদুবু খণ্ডকাব্য[১] হায়না খঙনৈ। নৈনরিবা শক্তম অদু পুন্সিগী শরুক অমতং ওইজরবসু বর্ণনগী শক্তিনা মথন্তনা মপূং ফাজবা মরম্না মপূম ওইবগী গুণ চেল্লি। বিষয়গী পাকশনবা ৱাৎপা অসি নত্তনা খণ্ডকাব্য ইবগী মওঙদি অয়াম্বা শরুক্তা মহাকাব্যগা মান্নে। [মহাকাব্যগী মচেৎ অমবু খণ্ডকাব্য হায়না কৌবা য়াদে।] খূদম :— 'মেঘদূত', 'কংসবধ' অসিনচিংবা।

## (আ) মুক্তককাব্য

লীশাং শীৎনা ৱারী চত্থদুনা মাঙ-তুংগী মরী থন্বা নত্তবা, চোইনা-চোইনা তাবা পদ্যবু মুক্তক[২] কাব্য কৌই। খূদম :— 'গাথাসপ্তশতী'। ঈশৈগী মওঙদা লেংবা মুক্তক কাব্যবু গীতিকাব্য[৩] কৌই। খূদম :— 'গীতগোবিন্দ'।

## (৩) পূক্নীং হূবগী মীৎয়েংদা কাব্যগী মখল

কাব্যগী গুণ, রীতি, অলঙ্কার, রস অসিনচিংবনা কাব্যদা পূক্নীং হূবা ঙম্বগী শক্তি পোকহল্লি। শক্তি অসিগী মীৎয়েংদা কাব্যগী মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা

---

[১]খণ্ড + কাব্য = মচেৎ ওইবা + কাব্য। [২]মুক্তক = মনীং তন্বা, চোইনা তাবা। [৩]গীতা = ঈশৈ।

য়াই :— (ক) ধ্বনি কাব্য নৎত্রগা উত্তম কাব্য, (খ) গুণীভূত ব্যঙ্গ্য কাব্য নৎত্রগা মধ্যম কাব্য অমসুং (গ) চিত্র কাব্য (অলঙ্কার কাব্য) নৎত্রগা অবর কাব্য।

## (ক) ধ্বনি কাব্য (উত্তম কাব্য)

ধ্বনিনা মপূং ওইবা কাব্যবু ধ্বনি[1] কাব্য নৎত্রগা উত্তম[2] কাব্য কৌই। কাব্য মখল অসিনা খ্বাইদগী অথোইবা কাব্যনি।

## (খ) গুণীভূত ব্যঙ্গ্য কাব্য (মধ্যম কাব্য)

ধ্বনি য়াওরবসু মরু ওইদবা কাব্য অদুবু গুণীভূত ব্যঙ্গ্য[3] কাব্য নৎত্রগা মধ্যম[4] কাব্য কৌই। কাব্য অসিদা বাচ্যার্থ[5] গা ব্যঙ্গ্যার্থ[6] গা মরুওইবা মান্নবা নৎত্রগা বাচ্যার্থনা হেনবা নৎত্রগা ব্যঙ্গ্যার্থনা হন্থবা ওই। কাব্য মখল অসিবু ময়ায় ওইনা ফবা থাক্কীনি হায়না লৌনৈ।

## (গ) চিত্রকাব্য (অবর কাব্য)

শুপ্নগী ৱাহৈ ৱাতা ফজহন্নবা লৈতেংগীদমক লেংবা কাব্য নৎত্রগা বাচ্যার্থদগী হেন্দোকপা অতোপ্পা অর্থ অমত্তা য়াওদবা কাব্য অদুবু চিত্র[7] কাব্য নৎত্রগা অলঙ্কার[8] কাব্য নৎত্রগা অবর[9] কাব্য কৌই। মসিবু হন্থবা থাক্কী কাব্যনি হায়না লৌনৈ। অতোনবা কাব্য ওইনা লৌনবা মরম্না মসিবু অধম[10] কাব্য হায়নসু খঙনৈ।

কাব্য মখল অসিবু চিত্রকাব্য হায়বগী মরমদি কনাগুম্বা কবিনা কাব্যগী ৱাহৈশিংবু নিয়ম নিয়ম নাইনা থম্বাল, সীরুং, চক্র, থাঙশাং অসিনচিংবগী মওঙ মান্না লেংশিন্দুনা ইনরম্মী।

---

[1]ধ্বনি = নাকোয়নবা অর্থ। [2]উত্তম = অথোইবা। [3]ব্যঙ্গ্য + গুণীভূত = ব্যঙ্গ্যার্থ + মরু ওইদবা। [4]মধ্যম = ময়ায় ওইবা। [5]বাচ্যার্থ = ৱাহৈনা ফংবা অর্থ। [6]ব্যঙ্গ্যার্থ = ইঙ্গিংনা ফংবা অর্থ। [7]চিত্র = লাই। [8]অলঙ্কার = লৈতেং। [9]অবর = অথোইবা নত্তবা। [10]অধম = অতোনবা, ফত্তবা।

# রস

## পরিভাষা

কাব্য পাবদা, তাবদা নৎত্রগা য়েংবদা পারিবা, তারিবা নৎত্রগা য়েংলিবা মীশক অদুনা মথম্মোয়দা ফাওরকপা, চীনবালথোঙদদি মপূংফানা ফোঙদোকপা ঙমদবা, জগৎকী অতৈ পোৎশকশিংদা ফংদবা খ্বাইদগী তোপতোপ্পা মনুংঙাই অদুবু কাব্যগী রস[১] হায়না কৌনৈ।

### রসকী তোপতোপ্পা মওঙ

কাব্য পাবদা, তাবদা নৎত্রগা য়েংবদা ফাওরকপা রসকী মনুংঙাই অদুগা জগৎকী অতোপ্পা পোৎশকশিংদা ফংবা মনুংঙাইশিংগা খেন্নে। জগৎকী পোৎশকশিংদা ফংবা মনুংঙাইশিং অদু হঞ্জিন-হঞ্জিন ফংলবদি নুংঙাইবগী চাং হন্থরকই। অদুবু কাব্যদা ফংবা মনুংঙাইদি হঞ্জিন-হঞ্জিন ফংলগা থোইনা হেন্না নুংঙাইবগী চাং হেনগৎলকই। অমরোমদা অমুক, কাব্যদা ইরিবা নৎত্রগা উৎলিবা বারীগী অৱাবা, নুংঙাইবা, অকিবা, হঙ্গোইবা, নোক্নীংবা অসিনচিংবা মখল খুদিংমক্কী মতাং পূন্নমক কাব্য অদু পারুবা, তারুবা নৎত্রগা য়েংলুবদা থম্মোয়দা নুংঙাইনীংঙাইগী মশক্তমক ওই। খূদম ওইনা, মোইরাংপর্বগী 'শামু খোঙয়েৎপা' দা খম্বগী অৱাবা মতাং অদু কাব্য ওইরবদি মীওগী পি তাজরবসু নুংঙাই; মতাং অদু হন্না-হন্না পানীংই, তানীংই নৎত্রগা য়েংনীংই। থৌদোক অদুমক খম্বগুম ইশা-ইশাগী পুক্নিদা থোকপা তারবদি নুংঙাইরোই, অমুক ফাওবা থোকহন্নীংলোই। মতৌ অসুম্না জগৎকী থাঙ্গৈশেংবা পোৎশকশিংদদি মতম পূন্নমক্তা নুংঙাইবা হায়বদি ওইথোক্তে, কাব্যদদি মতম পূন্নমক্তা নুংঙাইনীংঙাইগী মশক্তমক ওই।

### রস ফাওরকপগী মওঙ

মী খুদিংমক্কী থম্মোয়দা নুংশিবা, শাউনীংবা, হঙ্গোইবা, অকিবা, নোক্নীংবা অসিনচিংবা পূক্নীংগী ঈহুল কয়ামরুম মতম পূন্নমক্তা লেঙদনা তুম্মিন্না লৈ। মী

[১]রস = নুংঙাইবা।

অদুনা কাব্য পারুবা, তারুবা নংত্রগা য়েংলুবা মতমদা ৱারীগী মতাং-মতাং অদুগা চূনবা অখন্নবা পূক্লীংগী ঈহূল য়াকায়রকই অদুগা রস ওইনা থাক-থাক নাইদুনা মপূং ফানা ফাওরকই।

## রস ফাওরকপগী থাকশিং

মীওইবগী থম্মোয়দা লেঙদনা তুমিন্না লৈবা পূক্লীংগী ঈহূল 'স্থায়ী ভাব' শিংনা থাক-থাক নাইনা মথংশিংনা 'বিভাব' কী মতেংনা শাগৎলগা, 'অনুভাব' কী পাম্বৈনা ফোঙদোক্লুনা অমদি 'সঞ্চারী ভাব' কী পাম্বৈনা মপাঙ্গল কনখৎহন্দুনা 'রস' কী থাক ফাওবা য়ৌরকই। হায়বদি, বিভাব, অনুভাব, অমসুং সঞ্চারী ভাব হায়রিবা কান্নাৎ অহুম অসিনা পূনশিন্নগা মপূংফাবা রস অমা ওই। কান্নাৎ অহুম অসিগী মনুংদা অমতং ৱাৎপদা পূক্লীংগী ঈহূল অদু 'রস' ওইবা ঙমদে। রস ওইবা ঙমদবা ঈহূল অদুবু 'ভাব' হায়না খঙনৈ।

## স্থায়ী ভাব

মীওইবগী থম্মোয়দা মতম পূম্নমক্তা লেঙদনা লৈবা ভাবশিং অদুবু স্থায়ীভাব[১] কৌই। কাব্যদা মরুওইবা স্থায়ী ভাবশিংগী মশীং মাপলনি হায়না লৌনৈ। মদুদি :— রতি (অপাম-নুংশি), হাস (নোক্লীংবা), শোক (অৱাবা), ক্রোধ (অশাউবা), উৎসাহ (থৌনা), ভয় (অকিবা), ঘৃণা (হঙ্গোইবা), বিস্ময় (অঙকপা) অমসুং নির্বেদ (পূক্লীং হন্দোকপা)। স্থায়ী ভাবশিং অসি মীওইবগী থম্মোয়দা, লৈ হায়বা খঙদনা, লেঙদনা তুমিন্না লৈ; মতাং চাবা মতমদা স্থায়ী ভাবশিং অসি, তূন্নম্বদগী হৌগৎলকপগুম, থম্মোয়নুংদা তুমিন্না লৈরম্বদগী কাঙখৎলকই অমদি বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারী ভাবশিংগা তিন্নরগা রস ওইরকই। মতৌ অসুম্না মথক্তা পনখিবা স্থায়ী ভাব মাপল অসিদগী রস মাপল পোক্লকই। মদুদি মথংশিংনা :— শৃঙ্গার, হাস্য, করুণ, রৌদ্র, বীর, ভয়ানক, বীভৎস, অদ্ভুত অমসুং শান্ত। খূদম ওইনা :— মোইরাং কংলৈরোনগী 'শামু খোঙয়েৎপা' গী মতাংদা খম্ববু মোইরাং খোরী কৈথেলদা নোংবালগা চীংখুবা যুবরাজগা অনীনা শীন্দুনা শামুখোঙদা পুন্নগা কৈথেলগী চেগায় সৌশাবদা উপ্ন-তার উপ্নচিং লোংন-তার লোংন-চিং ঈঙাং পাক্তক্লরম্বা ঈমু পাম্ফেম্নরম্বা উরগা মজাইবেম্মা থোইবীনা মথংলেনগীদমক তেংথা নাওইনা কপ্পকপদা ঐখোয়গী থম্মোয়সু অৱাবা অদু শরুক য়াবগুম তৌই। অসুম্না ঐখোয়গী থম্মোয়দা ফাওরকপা অৱাবগা মরী লৈনবা পূক্লীংগী ঈহূল অসিবু 'শোক' স্থায়ী ভাব হায়না খঙনৈ।

---

[১]স্থায়ী + ভাব = লেঙদবা + ঈহূল।

## বিভাব

থম্মোয়নুংদা লেঙদনা তুমিন্না লৈবা ঈহুল (স্থায়ী ভাব) শিংবু অথন্নবা মওঙ অমদা য়াকায়হন্দুনা ফোঙদোকহন্নবগী মরম ওইবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অদুবু বিভাব[1] কৌই। কাব্যদা বিভাবকী মখল অনী শুই :— আলম্বন অমসুং উদ্দীপন। করিগুম্বা ঈহুল অমা পোক্লক্লবগী মরম ওইরিবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অদুনা আলম্বন[2] হায়না খঙনৈ। (ঈহুল পোক্লিবা মীশক অদুনা আশ্রয়[3] হায়না কৌনৈ)। ঈহুলশিংগী ময়াই হেনগৎহন্নবগী মরম ওইবা থবক নৎত্রগা পোৎশকশিংবু উদ্দীপন[4] হায়না খঙনৈ। উদ্দীপন বিভাবকী অমুক মখল অনী লৈ :— (ক) আলম্বন মশাদা য়াওবা উদ্দীপন অমসুং (খ) আলম্বন মশাদগী তোঙান্না মথন্তা লৈজবা উদ্দীপন। খুদম ওইনা :— খম্ববু শামু খোঙয়েৎপগী মতাংদা তেংথারিবী থোইবীদা 'অব্রাবা' ঈহুল (শোক) পোকখি, মরম অসিনা থোইবীনা আশ্রয়নি। শামুখোঙদা পুল্লম্বা খম্বনা 'অব্রাবা' ঈহুল পোক্লবগী মরম্নি, মরম অসিনা খম্বনা আলম্বন্নি। মথংলেন খম্বনা শামুখোঙদা পুল্লম্বা, ঈঙাং পাক্তক্লরম্বা, অয়ো নাহেরম্বা, অসিনচিংবা ফিভমশিংনা থোইবীগী 'অব্রাবা ঈহুলগী ময়াই হেনগৎহল্লি, মরম অসিনা ফিভমশিং অসি উদ্দীপন ওাক্তনি। মখোয়শিং অসি আলম্বন খম্বগী মশাদা য়াওবা উদ্দীপনশিংনি। অহিং মমৈ ওইরকপগী অচিকপা মতম, খোরী কৈথেলদা খম্বগী মতেং পাংবীনবা মী কনা লৈরমদবা মওঙ, মফম অদুদা শারুংহনবনা লীবা পুক্লীং শোকপা ব্রারী অসিনচিংবনা থোইবীগী 'অব্রাবা' ঈহুল অদু অমুকসু হেনগৎহল্লি। মখোয়শিং অসিনা আলম্বনগী মশাদা য়াওদবা তোঙান্না লৈজবা উদ্দীপনশিংনি।

## অনুভাব

পুক্লীংগী ঈহুল ফোঙদোকপা আশ্রয়গী ফিভম, থবক, ব্রাঙাঙনচিংববু অনুভাব[5] কৌই। অনুভাব মখল অনী শুই :— সাত্ত্বিক অমসুং কায়িক। থৌওইনা ওইহনগে হায়দুনা ওইহনবা নত্তবা মথন্নতা ওইজরকপা আশ্রয়গী হকচাং-কায়াৎকী অহোংবা ফিভম অদুবু সাত্ত্বিক[6] অনুভাব হায়না খঙনৈ। স্তম্ভ (উংবা), স্বেদ (হমাং কাবা), রোমাঞ্চ (তু চুংবা), স্বরভঙ্গ (খোল নীকপা), বৈবর্ণ্য (কুচু

---

[1]বি + ভাব = অথন্নবা মওঙদা + ঈহুল (য়াকায়হনবা মরম)। [2]আলম্বন = পাম্নৈ। [3]আশ্রয় = ভৃংফম। [4]উদ্দীপন = হেনগৎহনবা। [5]ভাব + অনু = ঈহুলগী + মতুং তারকপা (থবক্লচিংবা)। [6]সাত্ত্বিক = সত্ত্ব (অফবা মায়কৈদা ঈনশিনবা) গুণগী ওইবা।

ওনবা), অশ্রু (পি তাবা) অমসুং প্রলয় (ৱাম্বুবা) — নিপাল অসি সাত্ত্বিক অনুভাবনি। হকচাংগী কায়াৎশিংনা থৌওইনা পাঙথোকপা আশ্রয়গী থবক, ৱাঙাঙনচিংববু কায়িক[১] অনুভাব কৌই। মীৎচিনা য়েংবা, খুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবা, খোঙনা কাওবা, চীন্না থীনা চৈবা অসিনচিংবা পূম্নমক কায়িক অনুভাব ওাক্তনি। খম্ববু শামু খোঙয়েৎপগী মতাংদা 'অৱাবা' ঈহল ফাওরিবী আশ্রয় থোইবীনা তেংথাবদা খোল নীকপা (স্বর ভঙ্গ), পি তাবা (অশ্রু) অসিনচিংবনা সাত্ত্বিক অনুভাবশিংনি। তেংথাবা, খম্ববু মতম্বাক্তা পমখৎপা অসিনচিংবনা কায়িক অনুভাবশিংনি। [আলম্বনগী ফিভম, থবক, ৱাঙাঙনচিংবদি অনুভাব কৌদে।]

## সঞ্চারী ভাব (ব্যভিচারী ভাব)

আশ্রয়গী থম্মোয়দা হৌরকপা স্থায়ী ভাব অদুবু হেন্না মপূং ফাহন্নবগীদমক মতম খরদং মতেং পাংবা ওইনা ফাওরক্লগা খুদক্তা অমুক মাঙখিবা পূক্নীংগী ঈহলশিংবু সঞ্চারী[২] ভাব নৎত্রগা ব্যভিচারী[৩] ভাব কৌই। কাব্যদা সঞ্চারী ভাবশিংগী মশীং ৩৩ লৈ। মদুদি :— ১। অপস্মার (শারে হৌবা), ২। অবহিত্থা (ঈহল লোৎপা), ৩। অমর্ষ (খাঙওমদবা), ৪। অসূয়া (কল্লকপা), ৫। আবেগ (থম্মোয় ফুকপা), ৬। আলস্য (তম্বুবা), ৭। উগ্রতা (শাথীবা), ৮। উন্মাদ (বুদ্ধি চোইবা), ৯। ঔৎসুক্য (ওাইওমদবা), ১০। গর্ব (নাপল তৌবা), ১১। গ্লানি (খোয়জওদবা, ইকায়বা), ১২। চাপল্য (ফিংবা), ১৩। চিন্তা (নুংনাংবা), ১৪। জড়তা (ফকচিনবা), ১৫। ত্রাস (মিপাইবা), ১৬। দৈন্য (তোম্বুবা), ১৭। ধৃতি (অপেনবা), ১৮। নিদ্রা (তূম্নীংবা), ১৯। নির্বেদ (পূক্নীং হন্দোকপা), ২০। বিতর্ক (মরৈ য়েৎপা), ২১। বিবোধ (মীৎ-না শিংবা), ২২। বিষাদ (থৱায় ৱাবা), ২৩। ব্যাধি (থম্মোয় শোকপা), ২৪। ব্রীড়া (ইকায়বা), ২৫। মতি (লৌশিং লাকপা), ২৬। মদ (ময়াই কাবা), ২৭। মরণ (শিবা), ২৮। মোহ (চঙক্লবা), ২৯। শঙ্কা (লৈতাদবা, চিংনবা), ৩০। শ্রম (চোকথবা), ৩১। স্বপ্ন (মঙ মঙবা), ৩২। স্মৃতি (নীংশিংবা) অমসুং ৩৩। হর্ষ (হরাওবা)। খুদম ওইনা 'শামু খোঙয়েৎপা' গী মতাংদা খম্বনা লফূ মতুপকুম তাদুনা লৈপ্রবদা থোইবীনা করি তৌগদগে খঙদবমখৈ ওাইহাক ফকচিন্দুনা লৈবা অদু 'জড়তা' সঞ্চারী ভাব হায়না খঙনগনি।

---

[১]কায়িক = হকচাং কায়াৎকী ওইবা। [২]সঞ্চারী = কোয়না চত্তুনা লৈবা। [৩]ব্যভিচারী = লেঙদনা লৈতবা।

## রসকী মখল

রসকী মখল মাপল শুই :— ১। শৃঙ্গার, ২। হাস্য, ৩। করুণ, ৪। রৌদ্র, ৫। বীর, ৬। ভয়ানক, ৭। বীভৎস, ৮। অদ্ভুত অমসুং ৯। শান্ত। খ্বাই পূন্নমক্না য়ানরবা রস মাপল অসিগী মথক্তা কনা-কনাগুম্বনা 'বাৎসল্য' হায়বা তরাশুবা রস অমসু লৈ হায়না লৌনে। ১০ অসিগী মথক্তা অমুক অতোপ্পা কনাগুম্বা খরনা 'ভক্তি' অমসুং 'সখ্য' হায়বা রস অনী অমসু হাপচিল্লী। অদুবু হাপচিল্লক্লিবশিং অসি মপুং ফাবা রসনি হায়না খ্বাই পূন্নমক্না য়েৎনবা লৈতনা য়ানবদি ওইদ্রি।

### শৃঙ্গার রস

নিপা-নুপীগী মক্তুবা নুংশি-নুংঙোলগী ঈহৈলদগী পোকপা রস অদুবু শৃঙ্গার[১] রস কৌই। শৃঙ্গার রসকী মখল অনী শুই :— ১। সংয়োগ নৎত্রগা সম্ভোগ অমসুং ২। বিয়োগ নৎত্রগা বিপ্রলম্ভ। নায়ক (নিপা) অমসুং নায়িকা (নুপী) না অমগা-অমগা উন্নরিঙৈ মতমগী নুংশি-নুংঙোলগী নুংঙাইবা ফিভমদগী পোক্লকপা রস অদুবু সংযোগ[২] নৎত্রগা সম্ভোগ[৩] শৃঙ্গার কৌই। নায়ক নায়িকা অনীনা কায়নরবা মতমদা ওইবা নুংশি-নুংঙোনগী অৱাবা ফিভমদগী পোক্লকপা রসপু বিয়োগ[৪] নৎত্রগা বিপ্রলম্ভ[৫] শৃঙ্গার কৌই। বিয়োগ শৃঙ্গারগী মখল অহুম শুই। মদুদি :— (ক) পূর্বরাগ (উন্নদ্রিঙৈগী মমাঙদা পাউ খঙনরকপদগী থৌরাংনা পাম্নরকপা), (খ) মান (নুংশিবা হেনগৎহন্নবা নায়িকানা নায়ক্তা ওইনবা) অমসুং (গ) প্রবাস (লংফৈ চৎলমদাইদা নৎত্রগা লংফৈ চৎপ্রবদা খাইনবগী অৱাবা)। শৃঙ্গার রসকী —

স্থায়ী ভাব — রতি (অপাম-নুংশি)

আলম্বন বিভাব — অথোইবা গুণ চেনবা, মশক-মতৌ ফজবা, কুইনা লোনদিন্নরক্লবা নায়ক নৎত্রগা নায়িকা।

উদ্দীপন বিভাব — নায়ক নৎত্রগা নায়িকাগী ফিজেৎ-লৈতেং, শাওঙ-শাথেক, থাজ, থাবল, চন্দন, বসন্ত, মলয়া নুংশিৎ, অচিকপা মফম, কোকিল মখোল, খোইমু-খোঞ্জেল, অসিনচিংবা।

[নায়ক নায়িকাদগী তোঙানবা প্রকৃতিগী উদ্দীপন বিভাবশিং অসিনা সংযোগকী ফিভমদা নুংঙাইবা হেনগৎহল্লি অদুগা বিয়োগকী ফিভমদা অৱাবা হেনগৎহল্লি।]

---

[১]শৃঙ্গ + আর = নুংশি-নুংঙোল পোকপা + ফংবা। [২]সংযোগ/ [৩]সম্ভোগ = তিন্নবা। [৪]বিয়োগ/ [৫]বিপ্রলম্ভ = খাইনবা।

অনুভাব — সংয়োগকী ফিভমদা আশ্রয়না নুংশিনা ঙাঙবা, য়েংবা, হকচাংনচিংবনা থেংবা, কোনবা, চুপ্পা, মীৎচিনা য়েংবা অসিনচিংবা। বিয়োগকী ফিভমদা পি তাবা, কুচু ওনবা, চিন্তা তৌবা, তেংথাবা অসিনচিংবা।

সঞ্চারী ভাব — সংয়োগকী ফিভমদা আলস্য, উগ্রতা, জুগুপ্সা অমসুং মরণ হায়বা সঞ্চারী ভাব মরি অসি নত্তবা অতৈ লেমহৌরিবা সঞ্চারী ভাব কুনমাপল ওইবা য়াই। বিয়োগকী ফিভমদদি সঞ্চারী ভাব কুপ্পাহুমদোইমক অমতা চিখদনা ওইবা য়াই।

শৃঙ্গার নত্তবা অতৈ রস অমতদা সঞ্চারী ভাব পূম্নমক অসি অমতা চিখদনা য়াওবা ওইথোক্কে। মরম অসিনা শৃঙ্গার রসনা অতৈ রসশিংদগী খ্বাইদগী পাক-চাউবা হেল্লি। রস অসিবু লম খুদিংগী, মখল খুদিংগী, ফিভম খুদিংগী অমসুং মতম খুদিংগী মীওইশিংনা খেন্নবা লৈতনা থম্মোয়দা ফাওবা ঙম্মী। মরমশিং অসিনা শৃঙ্গার রসপু 'রসরাজ' (রসনিংথৌ) হায়না কৌনৈ।

*খুদমশিং* :— (ক) সংয়োগ শৃঙ্গার —

**নুরা মাইথোং য়েংবদি নিংথৌ পূক্নীং ওমহৎপোই**
**মপু সনা খুদোপতো নুরা খূত্তা শিবিরে**
**ইকাই থিবী মহাক্তি ঙমজদে মিৎ চাননবা**
**সনা খুদোপ চিংনয়েং নুংশি থম্মোই নুংঙোললে**
**লোননা হুনা য়েংলগা মালেম লৈদা লূকথজে।**

— বরমনি, 'মেলৈ লৈন্না নুংজুম্না কদাম্না লৈনুংশি'

শৈরেং মতেক অসিদা 'নুরা' খুমন চনু শাফবীনা আশ্রয়নি, 'নিংথৌ' মৈদিংঙু লোইনাই থবান থাবনা আলম্বননি। নিংথৌনা শিবিবা সনা-খূদোপনা উদ্দীপন বিভাবনি। মীৎচাননা য়েংবা ঙমজদবা, চিংনা য়েংবা, মালেম লৈদা লূকথবা অসিনচিংবনা স্তম্ভ সাত্ত্বিক অনুভাবনি। চিংনা য়েংবা, লোন্না য়েংবা, লৈপাক্তা য়েংবা অসিনচিংবনা ব্রীড়া অমসুং নুংঙোনবনা হর্ষ সঞ্চারী ভাবনি। মরম অসিনা মফম অসিদা বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারী ভাবশিংগা তিন্নদুনা 'রতি' স্থায়ীভাবনা সংয়োগ শৃঙ্গার রস ওইরে।




(খ) বিয়োগ শৃঙ্গার –

**থাদোই হন্না য়েংবদা 'থংলেন উখিদরেদো**
**খম্বরুবা দুদগী পুনম চিংগোন অদুদা**
**লৈরাং মদোম কেনখরে।**

**– অঙাংহল, 'খম্বা-থোইবী শৈরেং' (থোইবীনা কবোদা লাকপা)**

শৈরেং মতেক অসিদা 'থাদোই' থোইবীনা আশ্রয়নি। 'থংলেন' খম্বনা আলম্বননি। মী তাদবা 'চিংগোন' না উদ্দীপননি। থোইবীনা মতোম্মতা ৱাছুখিবদা প্রলয় সাত্ত্বিক অনুভাবনি। কায়নবগী ৱাখল খুদক্তা খম্বরুদুনা ফাওরকপদা আবেগ সঞ্চারী ভাবনি। মরম অসিনা মফম অসিদা বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারী ভাবকা তিন্নদুনা 'রতি' স্থায়ী ভাবনা বিয়োগ শৃঙ্গার রস ওইরে।

## হাস্য রস

কনাগুম্বা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অমগী নোক্লীংবা মওঙদা ময়ামদগী তোপতোপ্পা মওঙ-মতৌ, ফিজেৎ-লৈতেং, শাজৎ-শাওঙ, ৱাঙাঙ-ৱাতা অসিনচিংবা পারু-তারু-উরুবদগী থম্মোয়দা পোক্লকপা রস অদুবু হাস্য[1] রস কৌই।

হাস্য রসতা অয়াম্বা মতমদা আলম্বনগী বর্ণনতমক তৌনৈ; আশ্রয়গী অনুভাবনচিংবা উৎপগী থোইদোকপা তঙাইফদবা লৈতে। হাস্য রসকী –

**স্থায়ী ভাব** – হাস (নোক্লীংবা)

**আলম্বন বিভাব** – নোক্লীংবা পোক্লা শকফম কায়রবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক।

**উদ্দীপন বিভাব** – আলম্বনগী তোপতোপ্পা শকফম, ৱাঙাঙ, শাজৎ অসিনচিংবা।

**অনুভাব** – আশ্রয়না মোমোন নোকপা, হৌনা নোকপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারী ভাব** – চাপল্য (ফিংবা), হর্ষ (হরাওবা), ঔৎসুক্য (ঙাইঙমদবা), আলস্য (তম্বুবা), অবহিত্থা (ঈহুল লোৎপা) অসিনচিংবা।

খূদম :– **মুক্ত্রাম কপ্পাক অদুদা কাখৎলুরে তোরোনা।।**
**মুক্ত্রাম মাদি খংদরি – মুক্ত্রাম লেংবান পায়দুনা**
**য়েংলে লৈপাক তিনবদো। মীগী কপ্পাক অদুদা –**
**নোকপগা খেবগা ''ফজরেদা ফজরেদা''**

---

[1]হাস্য = নোক্লীংবগী ওইবা।

তোরো পুন্নাং লাংণ্ডক্লে। তোরো মতা অমনি।
হৗয়িং ময়াম অদুগা কপ্পাক্লিকা থনখিদে।

— অঙাংহল, 'খম্বা থোইবী শৈরেং' (জগোই)

মথক্কী খুদম অসিদা তোরোনা আলম্বন বিভাবনি। তোরোনা মুত্ত্রামগী কপ্পাক্তা কাখৎলগা জগোই য়েংবা, নোকপা-খেবা, হৗয়িং ময়াম্না মঙোন্দা য়োম্বা অসিনচিংবনা উদ্দীপন বিভাবশিংনি। আলম্বন (তোরো) গী নোক্লীংবা পোকপা শাজৎশিং অসিতনা মফম অসিদা 'হাস' স্থায়ী ভাব য়াকায়হন্দুনা হাস্য রস ওইহল্লে।

## করুণ রস

পামজবা পোৎশক, নুংশিবা মীশক মাঙখি-শিখিবা থোকপগী অমসুং পামদবা-নুংশিদবা পোৎশক-মীশক ফংবগী অবাবা ফিভম বর্ণন তৌবদগী পোক্লকপা রস অদুবু করুণ[১] রস কৌই। করুণ রসকী —

স্থায়ী ভাব — শোক (অবাবা)

আলম্বন বিভাব — মাঙখি-শিখিবা পোৎশক, মীশক অসিনচিংবা।

উদ্দীপন বিভাব — মীশক অদুগী পোৎলোইবা, শোরাৎ অসিনচিংবা থৌরমশিং, মহাক্না শীজিন্নরম্বা পোৎ-চৈশিং, মহাক্কী মরমদা শানরকপা ৱারী-ৱাতাই অসিনচিংবা।

অনুভাব — ঈশ্বরবু নিন্দা তৌবা, নুংশাশ্বর মপী হোনবা, তেংথাবা, উংবা, কুচু ওনবা, ৱাহুবা অসিনচিংবা।

সঞ্চারী ভাব — মোহ (চঙক্লবা), বিষাদ (থৱায় ৱাবা), আবেগ (থম্মোয় ফুকপা), অপস্মার (শারৈ হৌবা), জড়তা (ফকচিনবা), উন্মাদ (বুদ্ধি চোইবা), ব্যাধি (থম্মোয় শোকপা), শ্রম (চোকথবা), গ্লানি (থোয়জংদবা), স্মৃতি (নীংশিংবা), চিন্তা (নুংনাংবা), দৈন্য (তোম্বুবা), নির্বেদ (পূক্নীং হন্দোকপা) অসিনচিংবা।

খুদম :—

থুংলরেদো গোপান্দো খুদক অদুমক্তদা।
স্বর্গ কিন্নরকপগুম গোপান পাজ্জল থোকখিদে,

---

[১]করুণ = অবাবগী ওইবা।

মীনা কৌবা খুম-ঙমদে গোপান পল্লন-লাকঅমদে।
মমাই মনাক তাম্নদি পাখং মানা চংলক্লে,
ময়াম পুন্বা উখিদে খাংপোক মনুং চংখরে!
উতুপ ওইরু’ মমাবু গোপান শংত্রিক য়েংউরে,
“ইমা! ইমা” হায়দুনা পাল্লি মানা কৌরুরে!

— অঙাংহল, “শিঙ্গেন ইন্দু”

মথক্কী খূদম অসিদা গোপালগী মমানা আলম্বন বিভাবনি। মহাক্কী অশিবা হকচাং উতুপ তাবগুম লৈবনা উদ্দীপন বিভাবনি। ময়াম্না কৌবা খুম্নমদবা, ‘ইমা! ইমা!’ হায়না তেংথাবা অসিনচিংবনা অনুভাবনি। ‘পল্লম-লাকঅমদে’ অমসুং ‘ময়াম পুন্বা উখিদে’ দা আবেগ সঞ্চারী ভাব অমদি ‘সংত্রিক য়েংউরে’ দা জড়তা সঞ্চারী ভাবনি। মরম অসিনা ‘শোক’ স্থায়ী ভাবনা মফম অসিদা বিভাব, অনুভাব, সঞ্চারী ভাবশিংগা লোয়ননা করুণ রস ওইহল্লে।

[করুণ রসকী ফিভমগা বিয়োগ শৃঙ্গার রসকী ফিভমগা য়াম্না মান্নে। খেন্নবা হায়ববু, বিয়োগ শৃঙ্গারদদি নায়ক্কা নায়িকাগা শিবা নৎত্রগা অতোপ্পা মরম অমদগী কায়ন-শেংনবা অদু নোংমা নৎত্রগা নোংমা অমুক উন্নরখিগনি হায়বগী আশা অমা য়াওই; করুণ রসতদি আশা অসি য়াওদে।]

## রৌদ্র রস

তানীংদবা ৱাঙাঙ, য়েংনীংদবা শাজৎ অসিনচিংবনা মরম ওইদুনা শাউবগী বর্ণনদগী পোক্লকপা রস অদুবু রৌদ্র[১] রস কৌই। রৌদ্র রসকী —

স্থায়ী ভাব — ক্রোধ (অশাউবা)

আলম্বন বিভাব — য়েক্লবা, মরাল লৈবা মী, ফত্তবা মী অসিনচিংবা।

উদ্দীপন বিভাব — আলম্বনগী মরাল, নাপল তৌবা ৱাঙাঙ, লমহেনবা শাজৎ, লৌনম, শরৌ অসিনচিংবা।

অনুভাব — মায়-মীৎ ঙাঙবা, পীশুম শৃক্তোকপা, য়া ক্রক-ক্রক চিকপা, ৱাঙাঙ কনবা, খূৎলাই থাঙ্গৎপা অসিনচিংবা।

সঞ্চারী ভাব — মদ (ময়াই কাবা), গর্ব (নাপল তৌবা), বিতর্ক (চিংনদুনা য়েংপা), অমর্ষ (খাঙঙমদবা), স্মৃতি (নীংশিংবা), উগ্রতা (শাথীবা), চাপল্য (ফিংবা), আবেগ (থম্মোয় ফৃকপা) অসিনচিংবা।

---

[১]রৌদ্র = অশাউবগী ওইবা।

খূদম :— ঙাইহাক পুজোই লৈরগা 'নচন্দুন হন্নকপ
নিপালগুব গর্ভদো নংগী মোংফম ওইরনি'
হাঙ্গবা লাইগী বাণী'ম কংশ'সিন তারুরে।
খূদক্তুদ নিপাদো অফগুণ'খৈ মাংখরে
মৈদা ঈকপ কোরিশুম মমিৎ অদু ঙাংলক্লে,
থৌরে হাঙ্গব থাংশাংদো খুত্ত চেৎন পাঙ্গদুনা
শন্নাং হায়েনদুন মচনদুবু হাত্তৌরে।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

শৈরেং মতেক অসিদা কংসগী মচন দেবকীনা আলম্বন বিভাবনি। লাইগী আকাশবাণীনা উদ্দীপন বিভাবনি। কংসগী মমীৎ ঙাঙবা, মখূত্তা থাঙ পায়খৎপা অমসুং মচনগী মশম য়েৎশিনবনা অনুভাবশিংনি। 'খূদক্তুদ......মাংখরে' দা উগ্রতা সঞ্চারী ভাবনি। মরম অসিনা মফম অসিদা বিভাব, অনুভাব, অমসুং সঞ্চারী ভাবনা শৌগত্তুনা 'ক্রোধ' স্থায়ী ভাবনা রৌদ্র রস পোকহল্লে।

## বীর রস

য়েক্লবা মাঙহন্নবা অমদি নুংশিবা কন্নবগীদমক পাঙথোকপা থৌনাফবা থবক্কী বর্ণনদগী পোক্লকপা রস অদুবু বীর[১] রস কৌই।

বীর (থৌনাফবা) গী মখল মরি শুই :— ১। যুদ্ধবীর (লানগীদমক থৌনাফবা), ২। দয়াবীর (থৌজালগীদমক থৌনাফবা), ৩। দানবীর (দানগীদমক থৌনাফবা), অমসুং ৪। ধর্ম্মবীর (ধর্ম্মগীদমক থৌনাফবা)। মখল মরি অসিগী মনুংদা যুদ্ধবীরনা খ্বাইদগী অথোইবনি হায়না লৌনৈ। বীর রসকী —

স্থায়ী ভাব — উৎসাহ (থৌনা) — যুদ্ধবীরদা য়েক্লবা মাঙহনবগী, দয়াবীরদা অতোন-অতাংগী অৱাবা কোকহন্নবগী, দানবীরদা কখোকপগী অমসুং ধর্ম্মবীরদা ধর্ম্ম কন্নবগী।

আলম্বন বিভাব — য়েক্লবা, অতোন-অতাং, চঙজরকপা মী, শাস্ত্র অমসুং ধর্ম্মদা থাজবা অসিনচিংবা।

উদ্দীপন বিভাব — লানগী থৌরাং, লাল্লাউ, মীকপ মীরাউখোল, মথৌ খঙবা, শাস্ত্র অমসুং ধর্ম্ম-কর্ম্মগী মরম পাবা-নৈনবা অসিনচিংবা।

---

[১]বীর = থৌনা ফবগী ওইবা।

অনুভাব — খুৎলাই পায়দুনা লান চঙবা, অরা-অনা কোকহন্নবা হোৎনরকপা, পুকচেল চাউবা উৎপা, অধর্ম্ম মাঙহন্নবা হোৎনরকপা, অসিনচিংবা।

সঞ্চারী ভাব — গর্ব (নাপল তৌবা), ঔৎসুক্য (ঙাইঙমদবা), উগ্রতা, (শাথীবা), ধৃতি (অপেনবা), হর্ষ (হরাওবা), স্মৃতি (নীংশিংবা), মরণ (শিবা) অসিনচিংবা।

খুদম :— (য়ুদ্ধবীর)

| | |
|---|---|
| য়েক্ল লাকই তাবদা | খুৎসু থাংদি মারকই। |
| "হাদ ওঝা তাবিয়ু | খুৎসু থাংদি পীবিয়ু, |
| মীৎতি পাংবা ঙমদরে | ঐগী খুৎলাই লানবিয়ু।" |
| খুৎলাই চেৎপাইনদুনা | হৈরাংখোংজা চৎখরে, |
| মমা লৈবাক নিংশিংনা | তাইবং লম্বী থাখরে। |

— নীলবীর শাস্ত্রী, 'খোংজোম তীর্থ'

মফম অসিদা 'য়েক্লবা' ব্রিটিশনা আলম্বন বিভাবনি। য়েক্লবা লাকই হায়বগী পাউনা উদ্দীপন বিভাবনি। হৈরাংখোংজানা থাঙ মারকপা, মহাক্কী ওঝা পাওনাদা থাঙ পীবিয়ু হায়জবা অমদি থাঙ চেৎনা পায়বনা অনুভাবশিংনি। 'মীৎতি........লানবিয়ু' দা ঔৎসুক্য, মমালৈবাক নীংশিংবদা স্মৃতি অমসুং 'তাইবং লম্বী থাখরে' দা মরণ সঞ্চারী ভাবশিং ওইরে। মতৌ অসুম্না 'উৎসাহ' স্থায়ী ভাবনা বিভাব, অনুভাব, সঞ্চারী ভাবশিংগা লোয়ননা মফম অসিদা বীর রস পোকহল্লি।

**[রৌদ্র রসকা বীর রসকা খেন্নবা :— রৌদ্র রসতা 'অশাউবা' পোকহল্লি; বীর রসতা 'থৌনা' পোকহল্লি।]**

## ভয়ানক রস

**অকিবগী মশক ফংবা দণ্ডি, মী, শা-উচেক, অসিনচিংববু কিবগী বর্ণনদগী পোক্লকপা রস অদুবু ভয়ানক[১] রস কৌই। ভয়ানক রসকী —**

স্থায়ী ভাব — ভয় (অকিবা)।

---

[১]ভয়ানক = আকিবগী ওইবা।

**আলম্বন বিভাব** — তমথীবা মী, হূরানবা, ডাকু, শাহীং চাবা শা-উচেক, ঈশিং-ঈচাউ, মৈ অকনবা, ভূত-প্রেত, হিংচাবা, অসিনচিংবা।

**উদ্দীপন বিভাব** — অকিবগী মশক ফংবা থৌদৌ, হিংসা, ঈথক, মৈরি, অশি-অনা, মীচিক-মীরাওখোল তারক্লবা মতম, অসিনচিংবা।

**অনুভাব** — তু চুংবা, থক-থক নীকপা, কুচু ওনবা, মীৎ চেজেৎ উইশিনবা, হুমাংনা লৃপ্পা, অসিনচিংবা।

**সঞ্চারী ভাব** — ত্রাস (মিপাইবা), দৈন্য (তোম্বুবা), আবেগ (থম্মোয় ফৃকপা), চিন্তা (নুংনাংবা), মরণ (শিবা), অসিনচিংবা।

খৃদম :— **পুরুম শনগা খম্বাগা অনি মতৌ উবদা,**
**থবাক লোইনা য়ৈনরে তম্পাক য়ূমগী মীয়ামদো।**
**কম্লো কম্লো হায়দুনা ইঙক ঙক্ল লৈহৌরে।।**
**কেগে মোইরাং লৈপাক্কী মী অপুম্বা থক্কৎলে।**
**কাওরেল লাক্লে হায়দুনা ঙম্মা চেন্সিন্নখরে।**

— অঙাংহল, 'খম্বা থোইবী শৈরেং' (শন শেনবা)

মথক্কী খৃদম অসিদা খম্বা অমসুং পুরুম শলনা আলম্বন বিভাবশিংনি। লমজাওদা কাওরেল অদুনা চেল্লকপনা উদ্দীপন বিভাবনি। তম্পাক য়ূমগী মীয়াম্না থবাক য়ৈনবা, 'কম্লো কম্লো' হায়নরকপা, ময়ূমদা চেনশিন্নখিবা অসিনচিংবনা অনুভাবশিংনি। থবাক য়ৈনবা অমদি য়ূমদা চেনশিন্নবদা আবেগ সঞ্চারী অমসুং ইঙক-ঙকপা অমদি থক্কৎপদা ত্রাস সঞ্চারী ভাবনি। মতৌ অসুম্না বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারী ভাবশিংনা শৌগত্তুনা 'ভয়' স্থায়ী ভাবনা মফম অসিদা ভয়ানক রস পোকহল্লে।

## বীভৎস রস

হঙোইনীংঙাই ওইবা অমোৎপা, ফত্তবা পোৎশকশিংগী বর্ণনদগী পোকপা রস অদুবু বীভৎস[১] রস কৌই। বীভৎস রসতা অয়াম্বা মতমদা আলম্বনগী বর্ণনতমক তৌনৈ, আশ্রয়গী অনুভাবনচিংবা উৎপগী তঙাইফদবা লৈতে। বীভৎস রসকী —

**স্থায়ী ভাব** — জুগুপ্সা (হঙোইবা)।

---

[১]বীভৎস = হঙোইবগী ওইবা।

আলম্বন বিভাব – হঙ্গোইনীংঙাই ওইরবা মীশক, পোৎশক নৎত্রগা দৃশ্য।

উদ্দীপন বিভাব – অপুম্বা, নমথীবা মনম, তীন চঙবা, হয়িংনা য়োম্বা, অসিনচিংবা।

অনুভাব – তিন শীৎপা, নাতোন মেনবা, মায় লৈথোকপা, মীৎ উইশিনবা, নাকোং মেনবা, অসিনচিংবা।

সঞ্চারী ভাব – মোহ (চঙক্লবা), আবেগ (থম্মোয় ফুকপা), গ্লানি (খোয়জঙদবা), ব্যাধি (থম্মোয় শোকপা), অপস্মার (শারৈ হৌবা), মরণ (শিবা), অসিনচিংবা।

খূদম :– নূং হৈবা অমাংশঙগী
অমাংবা অপুম্বা মরক্তা
হয়িংখোংয়াম্বী মরাম থুরমই –
পুক্সিগী মরাম
মরাম মরাম।
অপাম্বগী লান্দা
পেন্দবগী ভুৎ চুবনা।

– ইবোপিশক, 'পাইলোট'

মফম অসিদা 'অমাংশঙ' না আলম্বন বিভাবনি। অমাংবা, অপুম্বা, হয়িংখোংয়াম্বী মরাম অসিনচিংবনা উদ্দীপন বিভাবশিংনি। 'জুগুপ্সা' স্থায়ীভাব পোকহন্দুনা বীভৎস রস ওইহল্লে।

## অদ্ভুত রস

মহৌশাদগী তোপতোপ্পা অঙকপা মীশক, পোৎশক নৎত্রগা থবক্কী বর্ণনদগী পোক্লকপা রস অদুবু অদ্ভুত[১] রস কৌই। রস অসিদা অয়াম্বা মতমদা আলম্বনগী বর্ণনতমক তৌনে, আশ্রয়গী অনুভাবশিং তাকপগী থোইদোকপা তঙাইফদবা লৈতে। অদ্ভুত রসকী –

স্থায়ী ভাব – বিস্ময় (অঙকপা)।

আলম্বন বিভাব – অঙকপা পোৎশক, ওইথোক্তবা থৌদৌ, অঙকপা দৃশ্য, অঙকপা মীওই, অসিনচিংবা।

---

[১]অদ্ভুত = অঙকপগী ওইবা।

উদ্দীপন বিভাব — অঙকপশিং অদু উবা, মখোয়গী মরমদা তাবা, অসিনচিংবা।

অনুভাব — য়া কাবা, খুদোনবী চীকপা, তু চুংবা, শংত্রিক য়েংবা, খোন ফাইবা, অসিনচিংবা।

সঞ্চারী ভাব — আবেগ (থম্মোয় ফুক্কপা), হর্ষ (হরাওবা), বিতর্ক (চিংনদুনা য়েংপা), অসিনচিংবা।

খূদম :— অদুদসু নত্তেয়ে, সনা লুপা ঙাক্তগী
লৈরাং জাৎন শাৎলিব, হেদ ঙকই মফমদো !
লুপান মউ ওইরগ মনান্না পাল্লব
উরি-ব্বারী জাত্তুন মনিমুক্তা ঙাক্তগী
লৈরাংমক্ত শাত্তোকপ মদুতদ মউইয়ে।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা কৈলাস চীংনা আলম্বন বিভাবনি। কৈলাস চীংগী অঙকপা লৈ-শু, উরী-ব্বারী ময়াম্না উদ্দীপন বিভাবশিংনি। ময়াম অসি উরগা থম্মোয়দা অঙকপা পোক্লিবা কবি (আশ্রয়) গী অনুভাবনচিংবা উৎত্রবসু মফম অসিদা অদ্ভুত রস ওইরে।

## শান্ত রস

মায়াগী সংসারদগী তোপতোপ্পা ঈশ্বরগী অথোইবা, লেঙদবা মগুণ খঙলকপদা অফবা ব্বাখলনা ঈংথহল্লবা, মায়াদগী হন্দোক্লবা পূক্নীংগী বর্ণনদগী পোকপা রস অদুবু শান্ত[1] রস কৌই। শান্ত রসকী —

স্থায়ী ভাব — নির্বেদ (পূক্নীং হন্দোকপা)।

আলম্বন বিভাব — মায়াগী অরেপ্পা লৈতবা মওঙ, ঈশ্বরগী লেঙদ্রবা মগুণ, নোরোক্তা ওৎ-নৈবগী ব্বাখল, অসিনচিংবা।

উদ্দীপন বিভাব — অফবা সঙ্গ, অফবা পাউতাক, তীর্থ স্নান, মুনিশিংগী আশ্রম, শাস্ত্র নৈনবা, চহী য়াম্লকপা, অসিনচিংবা।

অনুভাব — তু চুংবা, তেংথাবা, যোগসাধন তৌবা, ঈশ্বর-ভক্তিদা পূক্নীং চঙবা, মায়াদগী নাম্ছোক্লবা হোৎনবা, অসিনচিংবা।

---

[1]শান্ত = অঈংবগী ওইবা।

সঞ্চারী ভাব — হর্ষ (হরাওবা), বিষাদ (থবায় য়াবা), মতি (লৌশিং লাকপা), ধৃতি (অপেনবা), বিবোধ (মীৎ-না শিংবা), স্মৃতি (নীংশিংবা), নির্বেদ (পূক্লীং হন্দোকপা), অসিনচিংবা।

খূদম :— নংগী লোইনাইদবা লীলা
শান্নহৌখিনি মতম চুপ্পা
মতম লোইরবা ঐখোয়তনি
নিংবা কায়না হনখিগদবা।
পুন্সি পোলোই তান্দুনা
চৎলমদাইদা লীলা ফম্পাক থাদুনা
খল্লুবদা নিংঙল্লক্লে হৌজিক্তা
চেকশিলহৌব্রবা পুন্সিগী লীলা।

— নীলবীর শাস্ত্রী, 'লীলা ফম্পাক্তা'

মফম অসিদা তাইবং মীওইবগী লোইনাইবা পুন্সি অমদি তাইবং মপুগী লোইবা নাইদবা লীলাগী জ্ঞান্না আলম্বন বিভাবনি। অহল ওইশিল্লকপা মতম অমসুং চেকশিলহৌব্রবা পুন্সিগী লীলানা উদ্দীপন বিভাবশিংনি। কবি (আশ্রয়) না মথম্মোয়দা নীংঙল্লক্তবনা অনুভাবনি। 'নংগী......হনখিগদবা' দা মতি সঞ্চারী ভাব, হৌখিবগী খল্লুবদা স্মৃতি সঞ্চারী ভাব অমসুং নীংঙল্লক্তবদা বিষাদ সঞ্চারী ভাবনি। মরম অসিনা মফম অসিদা বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারী ভাবশিংনা শৌগৎপা 'নির্বেদ' স্থায়ী ভাবনা শান্ত রস ওইহল্লে।

## বাৎসল্য রস

অহলনা অঙাংবু মচা-মশূ ওইবগী য়াখলদা নুংশিবগী মওঙ বর্ণন তৌবদগী পোক্লকপা রসপু বাৎসল্য[1] রস কৌই। বাৎসল্য রসকী —

স্থায়ী ভাব — স্নেহ (অহল ওইবশিংনা নুংশিবা)।

আলম্বন বিভাব — অঙাং, মচা-মশূ, ছাত্র-ছাত্রী, অসিনচিংবা।

উদ্দীপন বিভাব — আলম্বনগী নুংশিবা শাজৎশিং।

অনুভাব — খূবাক খূবা, মোমোন নোকপা, নুংশিনা য়েংবা, ভু চুংবা, কোনবিবা, অফবা পাউতাক পীবা, অসিনচিংবা।

---

[1]বাৎসল্য = মচা-মশূ নুংশিবগী ওইবা।

**সঞ্চারী ভাব** — আবেগ (থম্মোয় যৃকপা), হর্ষ (হরাওবা), মদ (ময়াই কাবা), মোহ (চঙক্লবা), ঔৎসুক্য (ঙাইঙমদবা), গর্ব (নাপল তৌবা), অসিনচিংবা।

খুদম :— **লাক্লে লাক্লে যোগিনীগী ফিজেৎ শেত্তুনা**
**মশম-মনা ইফা ফানা অকনবা নামিবা পুদুনা**
**শনখরে মায়কৈ থুংনা**
**মহাক্কী ফীজি ফিনানা।**
**অঙাওবীগুম পাইরক্লে মচাগী খৌরাংবা উদুনা,**
**"ইমা লাক্লে" হায়বা খোঞ্জেলনা নিনখরে থক-খা শীল্লা।।**

— সুরেন্দ্রজিৎ, 'নোংজু খতু'

মফম অসিদা 'মচা' (তাইবং মীওইবা) না আলম্বন বিভাবনি। মখোয়গী 'খৌরাংবা' মতৌনা উদ্দীপন বিভাবনি। 'লৈচিন' (আশ্রয়) না যোগিনীগী ফিজেৎ শেৎলকপা, 'অকনবা নামিবা' পুদুনা লাকপা অমসুং মায়কৈ থুংনা শন্দোকপনা অনুভাবশিংনি। 'মশম-মনা ইফা ফানা' দা আবেগ সঞ্চারী ভাব অমসুং 'অঙাওবীগুম পাইরক্লে' দা ঔৎসুক্য সঞ্চারী ভাবনি। মতৌ অসুম্না 'স্নেহ' স্থায়ী ভাবনা মফম অসিদা বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারী ভাবকী মতেং লৌদুনা বাৎসল্য রস পোকহল্লে।

## রসাভাস

রসকী নুংঙাইবা ঈহৌল পোকহনবা য়াবা কাব্যগী শক্তম অমনা রস মপূং ফানা পোকহনবগী মহুত্তা রস মানবা ঈহৌলগী থাক অমা ফাওবদং পোকহনববু রসাভাস' কৌই। সহৃদয়শিংগী থম্মোয়দা অহানবদা রস পোক্লক্কদবগী মওঙগুম তৌরম্লগা রস ওইবা য়াদবগী মরমশিং খঙলকপদগী রসকী মহুত্তা রসাভাস ওইরকই।

রসাভাসকী মখল মাপল শুই। মদুদি :—

১। **শৃঙ্গার রসাভাস** — নিপানা গুরুগী তালোয় অমদি ইকায়খুম্নফম থোকপী নুপীশিংগী মফমদা অমসুং নুপীনা মপুরোইবা নত্তবা অতোপ্পা নিপাদা নুংশি-নুংঙনগী থাখল থনবা, নায়ক নৎত্রগা নায়িকানা মহাক্কা ওন্নতৈনবা মীশক্তা

অপাম-নুংশি উৎপা অসিনচিংবদা লৈগনি। খূদম :— করিগুম্বা রামচন্দ্রনা উর্মিলাদা নৎত্রগা লক্ষ্মণনা সীতাদা অপাম-নুংশি পোকপা তারবা।

২। **হাস্য রসাভাস** — ওঝা-গুরু, মপা-মমা নৎত্রগা মথক থোংবা খুরুমজনীংঙাই ওইবা মীওইশিংবু নোক্লবা উৎপদা লৈগনি। খূদম :— রাবণনা রাম্বু নোক্লবা।

৩। **করুণ রসাভাস** — কনাগুম্বনা সংসারগী মায়া-লাংদগী নাছোকখিবগীদমক ৱাবা উৎপদা লৈগনি। খূদম :— গৌতম্না ধর্ম্মগীদমক লম্বোইখিবদা মমা-মপা, মরূপ-মপাংনা ৱাবা।

৪। **রৌদ্র রসাভাস** — ময়াম্বা, মমা, মপা, গুরু, অহল-লমন, সাধু, মহাপুরুষ, ঈশ্বরনচিংবা ইকায়খুম্ননীংঙাই ওইবা মথক থোংবা মীওইশিংবু শাউবা উৎপদা লৈগনি। খূদম :— ভরতনা মমা কৈকয়ীবু শাউবা।

৫। **বীর রসাভাস** — হূরানবা, ডাকু, ফত্তবা মী, অতোনবা মী, অসিনচিংবগী মফমদা থৌনাফবা উৎপদা লৈগনি। খূদম :— চাক্লিবা অমগী মফমদা নিংথৌনা শাউবা।

৬। **ভয়ানক রসাভাস** — অচৌবা, অথোইবা, মগুণ লৈবা মীশকপু কিবা উৎপদা লৈগনি। খূদম :— দূর্গাবু উবদা কিবা।

৭। **বীভৎস রসাভাস** — য়াম্না পাপী ওইরবা মীশক অমদি যজ্ঞদা কৎকদবা জীবনচিংবা হাৎপদা হঙ্গোইবা ফোঙদোকপদা লৈগনি। খূদম :— জন্মেজয়গী নাগযজ্ঞদা লিনশিংবু হাৎপদা হঙ্গোইবা পোকপা।

৮। **অদ্ভুত রসাভাস** — মন্ত্র, তন্ত্রনচিংবা ইন্দ্রজালনা পাঙথোকপা থবক্তা, অঙকপা ফোঙদোকপদা লৈগনি। খূদম :— মন্ত্র হৈবা নিপা অমনা কনাগুম্বা অমবু ঙাওহনবা ঙম্বদা ঙকপা।

৯। **শান্ত রসাভাস** — ৱাখল পিকপা মীওইশিংনা মায়া-লাংদগী পূক্নীং হন্দোকপা উৎপদা লৈগনি। খূদম :— ৱাখলগী থাক য়াম্না হম্বুরিবা চাওখত্তবা মীওই অমনা ইখঙ-খঙহৌদনা অরান-খূভম্নচিংবগী ৱাখলদা পূক্নীং লুপশিল্লকপা।

## ভাবাভাস

মওঙ কায়না বর্ণন তৌবা নৎত্রগা উৎলোইদবা মফমদা উৎপা ভাবপু ভাবাভাস[1] কৌই। খূদম :— সাধুশিংদা নুংশি-নুংওন, অশাউবা, কল্লকপা,

---

[1] [illegible]

মিহৌবা, অসিনচিংবা উৎপা; ফিদম্লিংঙাই ওইবা মী অমনা ওক্লক্তবা উৎপা; শান্ত অমসুং ভয়ানক রস অনীমক মফম অমতদা পূন্না উৎপা; মথৌনা লৈবা মীনা কিগল্লকপা উৎপা; অমরনা শিবা উৎপা; অসিনচিংবা।

## ভাবশান্তি

মতম কুইনগী মমাঙদগী থম্মোয়নুংদা লৈরক্লবা ভাবশিং করিগুম্বা মরম অমদগী অমুক্তদা পূন্না লোইখিববু ভাবশান্তি' কৌই।

খূদম :—

কুক্তাবু য়েংদুন থিন্দুন, নোক্লরম্বী নুজাশিংদো
কুক্তাবু উবদা মরু লুক্লা, ঈকায় ফিরুক খুমথরে
মীবু নোক্লবা-নাপল-থোয়বা, খুদক্তা থাদোকখি মন্নামদো।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

## ভাবোদয়

করিগুম্বা ভাব অমা হেক লোইখিবগা অতোপ্পা ভাব অমা খুদক্তা গোক্লকপবু ভাবোদয়' কৌই। খূদম :—

নাপল পুদুনা চংখিবা গদান হল্লকপ কান্দদি
নাপল য়াওদনা লাকপদ, জরাসন্ধনা নাপল থাদোকখি।
নাপলদি চংগ্রে শাউবদি, শিংলিদ থুপ্তুনা লৈহৌরে
অশাউব নুংশিৎন কাম্বদা, নাপল খাম্বী 'মূক হৌরক্রে।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

## ভাবসন্ধি

ভাব অনীগী বর্ণন পূন্না তৌববু ভাবসন্ধি' কৌই। খূদম :—

কালীবু ঙমদুনা ক্বাওগৎলকপ, বাসুদেবগী চূড়া মতোম
নীংথিব য়াহোং মমৈনা, ভপ্ন খর-খর থিনগৎপা
উরে মীয়াম অপূম্বা, অম্বা-নুংঙাই য়ান্নবী।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

---

'ভাব + উদয় = ভাব + য়াকায়রকপা। 'সান্ধি = তিন্নবা।

## ভাবশবলতা

অনীদগী হেনবা ভাবশিং পূন্না বর্ণন তৌববু ভাবশবলতা[১] কৌই।

খূদম :—

অঙকপ-অকিব-অশাউবা ঈথক্ল থম্মোই থুমথরে।
চিন্তা তৌই পাম্বোম তিংঙি, ব্রান নোকই হুমাং কায় !
মকোই নাপ্লি থৌওইদে, উশিত্তন নোকই কিসূ কি !

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

---

[১]ভাবশবলতা = ভাবকী + পাজল কনবগী মতৌ।

[ ৩ ]

# অলঙ্কার

## পরিভাষা

কাব্যগী ৱাহৈ অমসুং অর্থগী ফজবা হেনগৎহন্নবগীদমক লৈতেং ওইবা মচাকপু অলঙ্কার[১] কৌই।

### কাব্যদা অলঙ্কারগী মফম

কাব্যদা অলঙ্কারগী চাউরবা মফম অমা লৈ। কাব্য হায়বসি মহৌশানা ফজবগী খুৎশেম্লি। কাব্যবু শেম্লিবা তাইবং মীসু ফজবা পাম্বা জীবনি। মহৌশানা ফজবা ৱাৎলন্নবা পোৎশকপু তাইবং মীনা ফজনা পুথোক্লীংই, মহৌশানা ফজরম্লববুসু হেন্না ফজনা পুথোক্লীংই। মরম অসিদগী তাইবং মীনা ফজনবা মচাক ওইবা লৈতেংশিং শীজিন্নে। লৈতেংশিংগী মনুংদা মপাম্বোংগী হকচাংগী ওইবা লৈতেংদ নত্তনা থম্মোয়নুংগী ৱাখলবু ৱাহায় ওইনা ফোঙদোকপদা ফজহন্নবগীদমক ৱাহায়গী লৈতেং কয়াসু শীজিন্নে। ৱাহায়গী ওইবা অসিগুম্বা লৈতেংশিং অসিবু কাব্যগী লোন্দা 'অলঙ্কার' হায়না খঙনৈ। মশানা অসুম্না ফজহন্নবা মচাক ওইবা মরমদগী অলঙ্কারনা কাব্যবু ফজহল্লি — কাব্যগী ৱাহৈবু নীংথিহল্লি; কাব্যগী অর্থবু থোৎহল্লি, ময়েক শেংহল্লি অমসুং থম্মোয়দা চূশিনহল্লি। মরম অসিদগী আচার্য্যশিংনা কাব্যদা অলঙ্কারগী মফম য়াম্না ৱাংনা থম্মী। তৌইগুম্বসুং অলঙ্কারবু কাব্যগী খ্বাইদগী তঙাইফদবা পোৎশক অমা ওইনা আচার্য্য পূম্নমক্না লৌনবদি নত্তে। ভামহ, দণ্ডী, উদ্ভট, রুদ্রটনচিংবা অলঙ্কারবাদী আচার্য্য খর নত্তনা অতৈ আচার্য্যশিংনা অলঙ্কারগী মফম কাব্যদা রস, ধ্বনিনচিংবনা ফংবা মফমদগী হেন্না পিক্না থম্মী। আচার্য্য অয়াম্বনা রস, ধ্বনিনচিংববু কাব্যদা অলঙ্কারদগী হেন্না মরু ওইনা লৌনৈ; রসপু 'কাব্যগী থৱায়' হায়না প্রমাণ তৌনৈ; থৱায় অদুগী লৈফম হকচাং ওইনা কাব্যগী ৱাহৈ অমসুং অর্থবু লৌনৈ অদুগা হকচাং অদুবু ফজহন্নবা মচাক — লৈতেং — ওইনা অলঙ্কারবু লৌনৈ। অদুনা, থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদা লৈতেংগী কান্নবা লৈতবগুম রস য়াওদ্রবা ৱাহৈ অমসুং অর্থদা অলঙ্কারগী কান্নবা

---

[১]অলম্ + কার = লৈতেং + ওইবা।

লৈতে হায়বসি আচার্য্য অয়াম্বগী ফিরেপনি। মরম অসিনা কাব্যদা অলঙ্কারগী মফম অলঙ্কারনা কাব্য শেম্বদা ফজহন্নবা মচাক ওইরিবা মতাং অদু ফাওবদনি, কাব্য শেম্বগী পান্দম ফাওবদি নত্তে। অলঙ্কারগীদমক কাব্য শেমগদবা নত্তে, কাব্যগীদমক অলঙ্কার শেমগদবনি।

মতৌ অসুম্না কাব্যগী ফজবা হেনগৎহন্নবা মচাক অমা ওইবনা কাব্যদা অলঙ্কারগী অচৌবা মফম অমা লৈরবসু অলঙ্কার হায়বসি কাব্যদা তঙাইফদনা চঙদবা য়াদবা মচাক অমদি নত্তে।

## অলঙ্কারগী মশীং অমসুং শক্তম

অলঙ্কারশিংগী মশীং চপচানা অরেপ্পা লৈত্রি। চাওখৎলক্লিবা মীওইবা সমাজনা পৃক্লীংগী থাখল ফোঙদোকপদা নোংম-নোংমগী হৈশিংবা হেনগৎলকপা মরম্না সাহিত্যদা অলঙ্কারশিংগী মশীংসু মথং-মথং হেনগৎলক্লি। হীরম অসিদা খ্বাইদগী লিরবা ভরতমুনিগী লাইরিক 'নাট্যশাস্ত্র' (৩শুবা শতাব্দী) দা শুপ্পগী অলঙ্কার মরি — উপমা, দীপক, রূপক অমসুং যমক — গী মরমদা পল্লম্মী। অহৌবা অলঙ্কার মরি অসিনা আচার্য্য রুয়য়ক্কী মতম (১২শুবা শতাব্দী) ফাওবদা মশীং ১০০ হেনখি। মথং-মথং হেনগৎলক্তুনা ১৭শুবা শতাব্দীদা ইরম্বা পণ্ডিতরাজ জগন্নাথকী 'রস গঙ্গাধর' দা অলঙ্কারগী মশীং ১৮০ দগীসু হেনখি। তৌবমক্তি, মথং-মথং হেনগৎলক্লিবা অলঙ্কারশিংগী মশীং অসি আচার্য্য খুদিংমক্না য়েৎনবা লৈতনা য়ানরবা ঙাক্তা নত্তে। আচার্য্য খরনা অনৌবা অলঙ্কার খর পুথোকই, আচার্য্য খরনা মরু ওইদবা অলঙ্কার খরবু মরুওইবা অলঙ্কার খরগী মনুং চলহল্লি। মতৌ অসুম্না অলঙ্কারশিংগী মওঙ অমসুং মশীংদা হোংদোক-হোংজিন নাইবা অসিগুম অলঙ্কারশিংগী মমিংদসু আচার্য্য খরনা হোংদোক-হোংজিন তৌই। অদুমকপু য়াম্না তোয়না শীজিন্নবা মরু ওইবা অলঙ্কারশিংগী মওঙ-মমিংনচিংবদি থোইনা হোংবা লৈতে।

## অলঙ্কারগী মথল

কাব্যদা শব্দ অমসুং অর্থগী লৈতেং ওইবা মরম্না অলঙ্কারশিংগী মথল অনী শুই :— **শব্দালঙ্কার অমসুং অর্থালঙ্কার**। ৱাহৈদা লৈবা অলঙ্কারবু শব্দালঙ্কার[১] অমসুং অর্থদা লৈবা অলঙ্কারবু অর্থালঙ্কার[২] হায়না খঙনৈ। ৱাহৈ অমসুং অর্থ

---

[১]শব্দ + অলঙ্কার = ৱাহৈগী + অলঙ্কার। [২]অর্থ + অলঙ্কার = অর্থগী + অলঙ্কার।

অনীমক্তা পূন্না লৈবা অলঙ্কারবু উভয়ালঙ্কার' হায়না কৌনৈ। অলঙ্কারশিংনা পূনশিল্লগা শাবা মরম্না উভয়ালঙ্কারবু অলঙ্কারগী তোঙানবা মখল অমা ওইনা লৌনদে।

## শব্দালঙ্কার

ৱাহৈগী ফজবা হেনগৎহনবা ময়েক, ৱাহৈ নৎত্রগা ৱাহৈ-চবুনগী মখাপোনবা অলঙ্কারবু শব্দালঙ্কার কৌই।

শব্দালঙ্কারনা ৱাহৈশিংবু ফজহল্লি। মরম অসিনা শব্দালঙ্কারদা ৱাহৈনা মরু ওই। শব্দালঙ্কার লৈরিবা অখন্নবা ৱাহৈ অদু হোংদোক-হোংজিন তৌবা য়াদে। অখন্নবা ৱাহৈ অদুগী মহুত্তা অর্থ মান্নবা অতোপ্পা ৱাহৈ অমনা শিন্দোকপদা শব্দালঙ্গার অদু মাঙখিগনি। খূদম ওইনা,

নিংথিজৈদ : ফজরে খুৎশেম নংগী খুৎশেমসে
উরিরৈগী জাত্তুনা তাংজ উরি ওইদুনা
য়েংলি তলা পামেন্দা নুংশি থম্মোই তিন্নরা।

— ধীরেন, 'কেতুকী'

শৈরেং মতেক অসিদা 'খুৎশেম' হায়বা ৱাহৈ অসি অনীরক হন্না তোঙান-তোঙানবা অর্থদা অমুক্তগী হেন্না শীজিন্নরকপনা শৈরেং অসিদা ৱাহৈগী ফজবা হাপকৎলি। মরম অসিনা মসিদা শব্দালঙ্কার লৈরে। 'খুৎশেম নংগী খুৎশেমসে' হায়বগী মহুত্তা অর্থ মান্নবা মওঙদা ঐখোয়না করিগুম্বা 'প্রকৃতি নঙগী পোখোকসে' হায়বা তারবদি হান্নগী অলঙ্কারগী ফজবা অদু লৈত্রে। মতৌ অসুম্না হোংদোক-হোংজিন য়াদবা অকক্নবা ৱাহৈগী শক্তম্না অলঙ্কার অমবু শব্দালঙ্কার ওইহল্লি।

## শব্দালঙ্কারশিংগী মশীং অমসুং মখল

অলঙ্কারশাস্ত্রদা শব্দালঙ্কারশিংগী মশীং থোইনা য়ামদে। স্বর-ব্যঞ্জন ময়েকশিং অমসুং ৱাহৈশিংগী অকক্নবা মফমশিংনা শব্দালঙ্কারশিংগী মশীং অকক্নহল্লি। শব্দালঙ্কার খরনা অখন্নবা ময়েক্কী মখা পোল্লি, খরনা অখন্নবা ৱাহৈগী মখা পোল্লি, অমসুং খরনা অখন্নবা ৱাহৈ-চবুনগী মখা পোল্লি। মরু ওইবা শব্দালঙ্কারশিং — অনুপ্রাস,

'উভয় + অলঙ্কার = অনী [পূনবা] + অলঙ্কার।

যমক, পুনরুক্তিপ্রকাশ, পুনরুক্তবদাভাস, বীপ্সা, বক্রোক্তি, শ্লেষ অসিনচিংবা — গী মনুংদা অনুপ্রাস, যমক্লচিংবা অলঙ্কারশিং ময়েক্কী অমসুং ৰাহৈগী মখা পোল্লি; লাটানুপ্রাসনচিংবনা ৰাহৈ-চবুনগী মখা পোল্লি।

## অনুপ্রাস

ব্যঞ্জন ময়েকশিংবু রসকী মতুংইন্না নীংথিজনা, অমগা-অমগা নক্লনা হন্না-হন্না শীজিন্নববু অনুপ্রাস[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

**শিঙেল লৈরাং কেতুকী শক্তম মাগী শকহেন্বী**
**লৈরাং লৈনম লৈহেন্বী লৈশক লৈচু লৈপান্বী।**

— ধীরেন, 'কেতুকী'

শৈরেং মতেক অসিদা 'শ' ব্যঞ্জন ময়েক অনীরক অমসুং 'ল' ব্যঞ্জন ময়েক তরুক্রক নক্লনা শীজিন্নদুনা তাবদা নীংথিবা মওঙ অমা ওইহল্লি। মরম অসিনা মসিদা অনুপ্রাস অলঙ্কার লৈরে।

### অনুপ্রাস অলঙ্কারগী মখল মঙা শুই :—

#### ক) বৃত্ত্যনুপ্রাস

ব্যঞ্জন ময়েকশিং শৈরেংগী খোঙচৎকী মতুংইন্না মথং-মনাউ কায়রবসু কায়দ্রবসু হঞ্জিন-হঞ্জিন তাবদা নীংথিবা মওঙদা নক্লনা থম্ববু বৃত্ত্যনুপ্রাস[২] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

**খঙলে ইমা নঙ মঙাইরে লাঈরবা লৈরাং**
**ভারতকী লৈকোন নুংসিদা।**

— কমল, 'হৌজিক্কী মৈতৈ সাহিত্য'

শৈরেং মতেক অসিদা 'ল' ব্যঞ্জন মরিরক লাকপা মরম্না বৃত্ত্যনুপ্রাস অলঙ্কার লৈরে।

#### খ) ছেকানুপ্রাস

ব্যঞ্জন ময়েকশিং হৈশিংনা হায়বদি তপ্পবা নৎত্রগা তপ্পদবা মওংদা, মথং-মনাউ কায়দনা, অনীরক্তং হঞ্জিন্দুনা, তাবদা নীংথিবা মওঙদা নক্লনা থম্ববু ছেকানুপ্রাস[৩] অলঙ্কার কৌই।

---

[১]অনু + প্র = আস [রসকী] মতুংইন্না + নক্লনা + হন্না হন্না থম্বা। [২]বৃত্তি + অনুপ্রাস = খোঙচৎকী + অনুপ্রাস। [৩]ছেক + অনুপ্রাস = হৈশিংবা + অনুপ্রাস।

খূদম :— তীর্থ স্নান তৌরিবা চহি খুদিংগী
পুন্যগী ৱারীদি নুপা 'সিগী
নিম্নগে লৈরক খুন্নত্তা
শকনা-শোম্নগে মচী মচীদা।

— কমল, 'নির্জ্জনতা'

শৈরেং মতেক অসিদা 'শ' ব্যঞ্জন ময়েক্কা ৱাহৈগী অহানবা খোম্হোক ওইনা অনীরক্তং অমসুং 'চ' ব্যঞ্জন ময়েক্কা ৱাহৈগী অনীশুবা খোম্হোক ওইনা অনীরক্তং হঞ্জিল্লে। মরম অসিনা মফমশিং অসিদা ছেকানুপ্রাস অলঙ্কার লৈরে।

## গ) শ্রুত্যনুপ্রাস

খোম্হোক তিন্নবা[1] ব্যঞ্জন ময়েকশিং হঞ্জিন-হঞ্জিন তাবদা নীংথিবা মওঙদা নক্লনা থম্ববু শ্রুত্যনুপ্রাস[2] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

লৈচিন অনী মরক্তা মচুনদি মুরবা
তশুপ তরেং থোকচরি দশমীগী থাজনা।

— ঝলজিৎ, 'লমহেনবা ফাদোক'

শৈরেং মতেক অসিদা য়াদগী থোকপা ল, ন, ত, থ, দ ব্যঞ্জন ময়েকশিংনা হঞ্জিন-হঞ্জিন লাকপা মরম্না শ্রুত্যনুপ্রাস অলঙ্কার লৈরে।

## ঘ) লাটানুপ্রাস

করিগুম্বা ৱাহৈ অমা নৎত্রগা খরনা অর্থ চপ মান্ননা হঞ্জিন-হঞ্জিন লাক্লবসু মতাং-মতাংগী মতুংইন্না অর্থ তোঙানহনবা য়াববু লাটানুপ্রাস[3] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

অদুবু নমৌ অসিনা মচা পোক্তবা অসিনা
পেলহন্বা ঙমদে ঐহাকপু রত্নপোকপী মেদিনীনা।

— ইবোয়াইমা, 'রঘুবংশ' (অনু)

---

[1]খোম্হোক তিন্নবা ব্যঞ্জনশিং :— (খোরাদগী) ক, খ, গ, ঘ, ঙ, হ। (তৌদগী) চ, ছ, জ, ঝ, য়, শ। (কোক্তগী) ট, ঠ, ড, ঢ, ণ, র, ষ। (য়াদগী) ত, থ, দ, ধ, ন, ল, স। (চীনবান্দগী) প, ফ, ব, ভ, ম। (নাতোন্দগী) ঙ, ঞ, ণ, ন, ম, ং। (য়া-চীনবান্দগী) ব।

[2]শ্রুতি + অনুপ্রাস = খোম্হোকী + অনুপ্রাস। [3]লাট + অনুপ্রাস = অর্থ তোঙানবা + অনুপ্রাস।

শৈরেং মতেক অসিদা 'অসিনা' হায়বা ৱাহৈনা চপমান্নবা অনীরক হৃঞ্জিল্লবসু অকোনবা 'অসিনা' গী অর্থ 'মরম্না' হায়না লৌদুনা অহানবদগী অর্থ তোঙানহনবা য়াই। মরম অসিনা মসিদা লাটানুপ্রাস অলঙ্কার লৈরে।

### ঙ) অন্ত্যানুপ্রাস

শৈরেং অকক্লবা পরেংশিংগী অরোইবদা খোন্থোক মান্নহনববু অন্ত্যানুপ্রাস[1] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

**ফৈজোম গুঞ্জা তাখৎসি**
**লাঈর পাম্বী ফুক্তোকসি**
**লাও হুমাংমন লমন শিংলসি।।**

— অঙাংহল, 'লমন'

মফম অসিদা 'স' ব্যঞ্জন ময়েক্লা শৈরেংগী পরেং খুদিংমক্কী অরোইবদা খোন্থোক মান্নবা লাক্লে। মরম অসিনা মসিদা অন্ত্যানুপ্রাস অলঙ্কার লৈরে।

## যমক

করিগুম্বা ৱাহৈনা অনীরক হৃঞ্জিন্না তোঙান-তোঙানবা অর্থদা লাকপবু যমক[2] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

**নিংথিজেদ : ফজরে। খুৎশেম নংগী খুৎশেমসে**
**উরিরৈগী জাত্তুনা তাংজ উরি ওইদুনা**
**য়েংলি তলা পামেন্দা নুংশি থম্মোই তিন্নবা।**

— ধীরেন, 'কেতুকী'

শৈরেং মতেক অসিদা 'খুৎশেম' হায়বা ৱাহৈনা অর্থ তোঙান-তোঙান্না অনীরক লাক্লে। অহানবগী অর্থ — প্রকৃতি। অনীশুবগী অর্থ — প্রকৃতিনা শেম্বা পোৎ-চৈশিং। মরম অসিনা মসিদা যমক অলঙ্কার লৈরে।

### যমক অলঙ্কারগী মথল অনী শুই :—

### (ক) অভঙ্গ যমক

যমক লৈরিবা ৱাহৈ অদু মচেৎ তাদনা হৃঞ্জিল্লক্লবদি মদুবু অভঙ্গ[3] যমক কৌই। খুদম :—

**নিংথিজেদ : ফজরে। খুৎশেম নংগী খুৎশেমসে**

— ধীরেন, 'কেতুকী'

---

[1]অন্ত্য + অনুপ্রাস = অরোইবগী + অনুপ্রাস। [2]যমক = অনী। [3]অভঙ্গ = মচেৎ তাদবা।

খূদম অসিদা 'খুৎশেম' হায়বা ৱাহৈ অসি মচেৎ তাদনা হন্জিল্লকপা মরম্না অভঙ্গ যমক লৈরে।

**খ) সভঙ্গ যমক**

যমক লৈরিবা ৱাহৈ অদু মচেৎ তানা হন্জিল্লক্লবদি মদু সভঙ্গ[১] যমক কৌই। খূদম :—

**নুংঙৌ থক্তা য়োৎথাং য়ৈ, শক্তম হকপা অহকপা !**

**কেতু মাগী শক্তম্বু হকপা গুমদ মতোকখি।।**

— ধীরেন, 'কেতুকী'

শৈরেং মতেক অসিদা 'হকপা' হায়বা ৱাহৈ অসি 'অহকপা' হায়বা ৱাহৈদা মচেৎ ওইনা হন্জিল্লক্লে। অহানবা 'হকপা' গী অর্থ — খূৎলাইনা শেম্বা। অনীশুবা ৱাহৈ মচেৎ 'হকপা' গী অর্থ — থোইদোকপা, য়াম্না হৈবা। মরম অসিনা মসিদা সভঙ্গ যমক লৈরে।

**শব্দ-শ্লেষ**

করিগুম্বা ৱাহৈ অমখক্তদা তোঙান-তোঙানবা অর্থশিং নপুনা লৈববু শব্দ-শ্লেষ[২] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

**বর পীনরিবা মহাদেবসু নহাক্লি**
**ঐনা নিরিবা বরসু নহাক্লি।**

— কমল, 'মাধবী'

খূদম অসিগী 'বর' হায়বা ৱাহৈ অসিদা অর্থ অনী নপ্লি — ১। ঈশ্বরদা নিবা বর, ২। কন্যাগী মপুরোইবা বর। মরম অসিনা মসিদা শব্দ-শ্লেষ অলঙ্কার লৈরে।

**শব্দ-শ্লেষকী মথক অনী শুই :—**

**ক) অভঙ্গ শ্লেষ**

শ্লেষ লৈরিবা ৱাহৈগী অমদগী হেনবা অর্থশিং অদু ৱাহৈ অদুদা থোইদোকপা মচেৎ তাহনবা তৌদনা ফংলবদি মফম অদুদা অভঙ্গ শব্দ-শ্লেষ ওইগনি।

---

[১]সভঙ্গ = মচেৎ তাবা। [২]শব্দ + শ্লেষ = ৱাহৈদা + নপুনা লৈবা।

খূদম :—

**মর্ত্ত্যলোক্ত চারিবা হিংচা য়াইতম অপুম্ব**
**লোইন মরু ফুক্তুনা ধরণীগী অম্বাব**
**কোক্কদব পুংলৈদি মিকুপ খুদিং মশিং য়াম্মরোই।**

— দরেন্দ্রজি, 'কংসবধ'

শৈরেং মতেক অসিগী 'চারিবা' হায়বা ৱাহে অসিগী অর্থ অনী থোক্না লৌবা য়াই — ১। মচাঙ্গাক ফংলিবা, ২। কোয়না চৎলিবা। অর্থ অনীমক্তা 'চারিবা' হায়বা ৱাহে অসি মচেৎ তাদবা মরম্না মসিদা অভঙ্গ শ্লেষ লৈরে।

## খ) সভঙ্গ শ্লেষ

শ্লেষ লৈরিবা ৱাহেগী অমদগী হেনবা অর্থশিং অদু ৱাহে অদুদা খাইদোক-খাইজিন তৌদুনা মচেৎ তাহল্লগা ফংলবদি মফম অদুদা সভঙ্গ শব্দ-শ্লেষ অলঙ্কার ওইগনি। খূদম :—

**লৈপাক্কী ৱায়েল লাংলোন্দা য়েক্লবা-য়ৈখাই লাল্লোংদা**
**প্রজাগী পেন্নবা থৌরমদা লাইৱোইবা**
**ঈশ্বর কোলোয়না কোরৌগুম ঙানখিবা।।**

— দরেন্দ্রজিৎ, 'ইরৈবাক'

শৈরেং মতেক অসিদা 'লাইৱোইবা' হায়বা ৱাহে অসি অর্থ অনী থোক্না লৌবা য়াই — ১। কুইনা লৈরবা, ২। লাইগী মশক ওইরবা। অহানবা অর্থগী 'লাইৱোইবা' ৱাহে অসি অনীশুবা অর্থদা মচেৎ তাদুনা 'লাই ৱোইবা' ওইরে। মরম অসিনা মসিদা সভঙ্গ শ্লেষ অলঙ্কার লৈরে।

## বীপ্সা

থম্মোয়গী অৱা-নুংঙাই, ইকাই-ইকি, হঙ্গোইবা-তুক্কচবা, অঙকপা — অপেনবা অসিনচিংবা ফিভম ফোঙদোকপা ৱাহেশিং থম্মোয় শীনবা থুংহন্নীংবদগী ৱাহে হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়ববু বীপ্সা[1] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

**হাই হাই লমজা মাঙঙেদো ! ইমা শকপী ইচেগী**
**লমজা সেবা ঙম্বরা য়েংজগেদি লাকপনি।**

— অঙাংহল, 'খম্বা থোইবী শৈরেং' (শন শেনব)

---

[1]বীপ্সা = শীনবা থুংবা অপাম্বা।

মফম অসিদা 'হাই' হায়বা ৱাহৈ অসি অনীরক হন্না শীজিন্নদুনা অৱাবা ফোঙদোক্লি। মরম অসিনা মসিদা বীপ্সা অলঙ্কার লৈরে।

## পুনরুক্তবদাভাস

করিগুম্বা ৱাহৈ অমগী তুংদা মদুগা অর্থ মান্নবা অতোপ্পা ৱাহৈ অমা লাকপদগী হঞ্জিন্না হায়বগুম মানবা তৌইগুম্বসুং অর্থ অমখক্তদা থাঙ্গৈশেংনা হঞ্জিনবমক্তি নত্তববু পুনরুক্তবদাভাস[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

চাইথবগী মতৌগুম ঈরুজখ্রে বীরেন্দো।

— বীরেন, 'কেতুকী'

'চাইথবা' অমসুং 'ঈরুজবা' হায়বা ৱাহৈ অনী অসি মহৌশানা অর্থ মান্নবা ৱাহৈশিংনি। অদুবু মফম অসিদা শীজিন্নবদা অর্থ মান্নহন্দ্রে। অর্থ মান্ননা হঞ্জিল্লকপা মাল্লবসু মফম অসিদা থাঙ্গৈশেংনা অর্থ হঞ্জিন্না হায়বা নত্তে। মরম অসিনা মসিদা পুনরুক্তবদাভাস অলঙ্কার লৈরে।

## পুনরুক্তিপ্রকাশ

করিগুম্বা ৱাহৈনা চুম্না ফজহন্নবগীদমক হঞ্জিন-হঞ্জিন চপ-মান্নবা অর্থদা লাকপবু পুনরুক্তিপ্রকাশ[২] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

নিংথীজৈদা ফজৈদা জেল ৱাংমা হায়বসে !
য়েংবগীদি পেনদেদা হন্না হন্না য়েংবসে।

— কমলজিৎ, 'লমহেনবা ফাদোক'

শৈরেং মতেক অসিগী 'নিংথীজৈদা' 'ফজৈদা' হায়বা ৱাহৈশিং অসি অর্থ চপ মান্ননা হঞ্জিল্লকপনি। মরম অসিনা মফম অসিদা পুনরুক্তিপ্রকাশ অলঙ্কার লৈরে। মতৌ অসুম্না 'হন্না-হন্না' দসু অলঙ্কার অসি লৈ।

## বক্রোক্তি

ৱাফম অমা নাকোয়ননা হায়রকপনি খন্দুনা মদুগী অর্থসু নাকোয়ননা লৌবা উৎপবু বক্রোক্তি[৩] অলঙ্কার কৌই।

---

[১]পুনঃ + বদ্ + আভাস = হঞ্জিন্না + হায়বা + গুম + মানবা। [২]পুনঃ + উক্তি + প্রকাশ = হঞ্জিন্না + হায়বা + ফোঙদোকপা। [৩]বক্র + উক্তি = নাকোয়ননা + হায়বা।

খুদম :—

**লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন !**
**শিঙেল নপাও তাবদা খৌরাংদবা কনানো ?**

— অঙাংহল, 'য়েৎথংবা লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন তুবা'

শৈরেং মতেক অসিদা 'খৌরাংদবা কনানো' হায়বা ৱাহৈ অনী অসিনা 'খৌরাংদবা কনা অমত্তা লৈতে' হায়বা নাকোয়নবা অর্থ ফোঙদোক্লি। মরম অসিনা মফম অসিদা বক্রোক্তি অলঙ্কার লৈরে।

## বক্রোক্তি অলঙ্কারগী মখল অনী শুই :—

### ক) কাকু বক্রোক্তি

ৱাফম অমা হায়দোকপদা খোঙ্হোক হোংবদগী মনুংগী ভাব মতুংইন্না ইতোপ তোপ্পা নাকোয়নবা অর্থ অমা লৌববু কাকু[১] বক্রোক্তি কৌই। খুদম :—

**লাংথবানগী লৈহাও লৈরেণ !**
**শিঙেল নপাও তাবদা খৌরাংদবা কনানো ?**

— অঙাংহল, 'য়েৎথংবা লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন তুবা'

মফম অসিদা 'খৌরাংদবা কনানো' হায়বা ৱাহৈ অনী অসিনা ইচম-চম্না অহংবা খঙনবা মওঙগী খোঙ্হোক্তগী হোংদোক্লুনা নাকোয়নবা অর্থ 'খৌরাংদবা কনা অমত্তা লৈতে' হায়বসি খঙহল্লি। মরম অসিনা মসিদা কাকু বক্রোক্তি লৈরে।

### খ) শ্লেষ বক্রোক্তি

অর্থ য়াম্বা ৱাহৈ অমগী তোঙান-তোঙানবা অর্থ (শ্লেষ) লৌনদুনা নাকোয়ননা ঙাঙনববু শ্লেষ বক্রোক্তি[২] কৌই। খুদম :—

**মরুপ — ফম কাঙেদগী নহাক য়াম্না চাউথোকএ হায়নৈ।**
**ওফিসর — ফম কাঙেদগী ঐদি কংবু কংশিল্লে হায়রিবনি।**

খুদম অসিদা মরুপকী ৱাঙাঙদা 'চাউথোকএ' হায়বা ৱাহৈগী 'নাপল তৌরে' হায়বা অর্থ লৌদদুনা ওফিসরনা 'হকচাং নোয়থোকএ' হায়বা অর্থ অদু লৌরি। মসি 'চাউথোকএ' ৱাহৈগী শ্লেষ তৌদুনা পুথোরকপা নাকোয়নবা অর্থনি। মরম অসিনা মসিদা শ্লেষ বক্রোক্তি লৈরে।

---

[১]কাকু = খোঙ্হোক হোংবা। [২]শ্লেষ বক্রোক্তি = শ্লেষনা ওইহনবা বক্রোক্তি।

## অর্থালঙ্কার

অর্থগী ফজবা হেনগৎহনবা অর্থগী মখাপোনবা অলঙ্কারবু অর্থালঙ্কার কৌই।

অর্থালঙ্কারনা অর্থবু ফজহল্লি। মরম অসিনা অর্থালঙ্কার ৱাহৈগী মখা পোন্দে। ৱাহৈগী ফজবা হেনগৎহনবা শব্দালঙ্কারদি ৱাহৈগী মখা পোল্লি। অলঙ্কার য়াওরিবা অখন্নবা ৱাহৈ অদু অতোপ্পা ৱাহৈ অমনা হেক মহুৎ শিন্দোকখিবদা শব্দালঙ্কার অদু মাঙখি। অর্থালঙ্কারদদি অলঙ্কার য়াওরিবা ৱাহৈ অদু অতোপ্পা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ অমনা শিন্দোক্লবসু অলঙ্কার অদু মাঙখিদে, হান্নগী মতৌগুম অদুম লৈ। খূদম ওইনা,

মতম কুইনগী তুংদা,
লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু,
মৈতৈ সাহিত্য-মন্দির মনুংদা;
য়েন্দাই থম্না লৈহাপ্তুনা,
কংলুসি ইমাগী খুয়াদা।

— কমল, 'মৈতৈ চনু'

শৈরেং মতেক অসিদা 'সাহিত্য-মন্দির' হায়না সাহিত্যবু মন্দিরগী মওঙ লৌহন্দুনা উৎলি। মরম অসিনা ৱাহৈ অসিদা রূপক অলঙ্কার লৈরে। করিগুম্বা অর্থ মান্নবা মওঙদা ৱাহৈ অসি ওন্থোক্তুনা ঐখোয়না 'কাব্য-শঙলেন' হায়বা থোক্লগসু কাব্যবু শঙলেনগী মওঙ ওইনা উৎপগী হান্নগী ফজবা অদু অদুম্মক লৈরি। মতৌ অসুম্না অর্থ মান্নবা ৱাহৈনা ওন্ন-ওন্ন শীজিন্নরবসু হান্নগী অলঙ্কারগী ফজবা মাঙহন্দবা অসিনা অলঙ্কার অমবু অর্থালঙ্কার ওইহল্লি।

## অর্থালঙ্কারগী মশীং

অর্থালঙ্কারগী চপচাবা অকক্লবা মশীং লৈতে মরমদি তোঙান-তোঙানবা অর্থদা মীওইবগী ৱাঙাঙনা মখল মথেল হোংলকপগী মতিক অর্থালঙ্কারগী মশীং হেনগৎলকই। থায়নঙৈদগী অলঙ্কারগী মশীং মথং-মথং হেনগৎলকই। অলঙ্কার সম্প্রদায়গী অহানবা সংস্কৃত আচার্য্য ভামহ (৬/৭ শুবা শতাব্দী) না মহাক্কী 'কাব্যালঙ্কার' দা অর্থালঙ্কার ৩৫ তমক পল্লম্মী অদুবু অর্থালঙ্কারগী মশীং অসি মথং মথং ভগবানদীনগী 'অলঙ্কারমঞ্জুষা' (খৃ: ১৯১৬) ফাওবদা ১০৮ য়ৌনা হেনগৎলকখি।

## অর্থালঙ্কারগী মখল

মীওইবগী জ্ঞান অমসুং বুদ্ধিনা নোংম-নোংমগী চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না অঙকপা ফংনা নীংথিবা ৱাহায় কয়া মশীং ককওমদনা থোকখিবা অমসুং থোক্লকপা য়াবগী মরম লৈরবসু ৱাহায়শিং অসিগী মনুংদা চেল্লিবা মপূং ওইবা মান্নবা ৱাখল-শক্তমশিংনা য়ূম্ফম ওইদুনা ৱাহায়শিং অসি কাণ্ডলুপ-কাণ্ডলুপ ওইনা খায়দোকপা ওইথোকই। মরম অসিদগী সংস্কৃত আচার্য্য কয়ামরুম্না মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা মতমদা নীংথিবা ৱাহায়শিংদা য়াওরিবা অলঙ্কারশিংগী মখল খায়দোক্লবা হোৎনরম্মী। খরনা অলঙ্কারশিংগী মচাকশিংদা য়ূম্ফম ওইদুনা খায়দোক্লম্মী, খরনা অলঙ্কারশিংগী মথৌদা য়ূম্ফম ওইদুনা অদুগা খরনা অলঙ্কারশিংগী হীরম্না য়ূম্ফম ওইদুনা খায়দোক্লম্মী। তোঙান-তোঙানবা আচার্য্যশিংনা খায়দোক্লম্বা মখলশিংগা চাংদম্নবদা 'অলঙ্কারসর্বস্ব' লেংলম্বা আচার্য্য রুয়্যক (১২ শুবা শতাব্দী) না অলঙ্কারশিংগী মরু ওইবা মচাক (মূল তত্ব) কী মতুংইন্না খায়দোক্লম্বা মখলশিংনা হেন্না ময়েক শেংবা, হেন্না চূনবা, হেন্না পরিং মান্নবা অমসুং হেন্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মরম্না মখলশিং অসিবু অখণ্ড-অহে অয়াম্বনা য়ানৈ।

আচার্য্য রুয়্যক্না মহাক্কী মতম ফাওবদা লৈরম্বা অর্থালঙ্কারশিংগী কাণ্ডলুপ মঙা থোক্লা খায়দোক্লম্মী।

আচার্য্য রুয়্যক্না খায়দোক্লম্বা অলঙ্কার-কাণ্ডলুপশিংগী মতুংইন্না অর্থালঙ্কারশিংগী মখল মখাগী অসুম্না খায়দোকপা য়াই :—

১। **সাদৃশ্যমূল (মান্নবা মওঙনা মরু ওইবা) অলঙ্কারশিং** :— অলঙ্কারশিং অসিদা পোৎশক অনীগী মওঙ-মতৌ নৎত্রগা লমচৎ-শাজৎকী মান্নবা মওঙ উৎলি। অর্থালঙ্কার অয়াম্বা কাণ্ডলুপ অসিগী মনুংদা চল্লি। কাণ্ডলুপ অসিবু কাণ্ডলুপ মচা-মচা থোক্লা অমুক খায়দোকপা য়াই :—

ক) **অভেদপ্রধান (খেন্নবা মওঙনা মপূং ওইবা)** — মসিদা চাংদম্নরিবা পোৎশক অনী অদুগী মান্নবা মতৌ খেন্নবা লৈতবা মওঙদা উৎলি। রূপক, পরিণাম, সন্দেহ, ভ্রান্তিমান, উল্লেখ, অপহ্নুতিনচিংবা অলঙ্কারশিং মসিগী মনুং চল্লি।

খ) **ভেদপ্রধান (খেন্নবা মওঙনা মপূং ওইবা)** — মসিদা চাংদম্নরিবা পোৎশক অনী অদুগী মান্নবা মতৌদা খেন্নবা মওঙ অমা উৎলি। তুল্যয়োগিতা, দীপক, প্রতিবস্তূপমা, দৃষ্টান্ত, নিদর্শনা, ব্যতিরেক, সহোক্তি, বিনোক্তিনচিংবা অলঙ্কারশিং মসিগী মনুং চল্লি।

গ) ভেদাভেদপ্রধান (খেন্নবা-খেন্নদবা মওঙনা মপূং ওইবা) — মসিদা চাংদম্নরিবা পোৎশক অনী অদু চপ মান্নরবসু অমনা অমদগী হেন্দোক-হেঞ্জিন খেন্নবা নাইনা উৎলি। উপমা, স্মরণনচিংবা অলঙ্কারশিং মসিগী মনুং চল্লি।

ঘ) প্রতীতিপ্রধান (পূক্নীংদা লৈবা মওঙনা মপূং ওইবা) — মসিদা চাংদম্নরিবা পোৎশক অনীগী মান্নবা মতৌ অদু নমদুনা মান্নহনবনি হায়বা থাঙ্গৎশেংনা খঙলবসু পূক্নীংদা মান্নমাল্লে হায়না ভাবনা শাবগী মওঙদা লৈ। উৎপ্রেক্ষা, অতিশয়োক্তি-নচিংবা অলঙ্কারশিং মসিগী মনুং চল্লি।

ঙ) গম্যপ্রধান (অর্থ থঙথবা মওঙনা মপূং ওইবা) — মসিদা চাংদম্নরিবা পোৎশক অনীগী মান্নবা মতৌ অদুগা লোয়ননা অতোপ্পা অর্থ খরসু থঙথরক্কনা য়াওই। অর্থান্তরন্যাস, ব্যাজস্তুতি, অপ্রস্তুতপ্রশংসা, পর্য্যায়োক্তি, আক্ষেপনচিংবা অলঙ্কারশিং মসিগী মনুং চল্লি।

চ) অর্থ-বৈচিত্র্যপ্রধান (অর্থগী অঙকপা মওঙনা মপূং ওইবা) — মসিদা চাংদম্নরিবা পোৎশক অনীগী মান্নবা মতৌগা লোয়ননা ৱাহৈ নৎত্রগা ৱারেং অদুগী অর্থদা অঙকপা মওঙ অমসু য়াওই। সমাসোক্তি, পরিকর, পরিকরাঙ্কুর, অর্থশ্লেষনচিংবা অলঙ্কারশিং কাঙলুপ অসিগী মনুং চল্লি।

২। বিরোধমূল (ওন্ন-তৈনবা মওঙনা মরু ওইবা) অলঙ্কারশিং :— অলঙ্কারশিং অসিদা পোৎশক অনীগী লৈনরিবা মরী অদু অমনা অমগী ওন্ন-তৈনবা ওইবা মওঙদা উৎলি। বিরোধাভাস, বিষম, অসঙ্গতি, বিভাবনা, বিশেষোক্তি, সম, বিচিত্র, অধিক, অন্যোন্য, বিশেষ, ব্যাঘাত, অত্যন্তাতিশয়োক্তিনচিংবা অলঙ্কারশিং কাঙলুপ অসিগী মনুং চল্লি।

৩। শৃঙ্খলামূল (মথং-মনাউ নাইবা মওঙনা মরু ওইবা) অলঙ্কারশিং :— অলঙ্কারশিং অসিদা অনী নৎত্রগা অনীদগী হেনবা পোৎশকশিং মথং-মনাউ নাইনা অমগা অমগা পরেং ওইনা শম্নদা বর্ণন তৌই। একাবলী, কারণমালা, মালাদীপক, সারনচিংবা অলঙ্কারশিং কাঙলুপ অসিগী মনুং চল্লি।

৪। ন্যায়মূল (মরম্না মরু ওইবা) অলঙ্কারশিং :— অলঙ্কারশিং অসিদা প্রমাণ য়াওবা মরৈনা, লৈবাক্কী চৎনবীনা নৎত্রগা ৱারেংগী ফমফম্না মরম ওইদুনা ৱারেংশিং অদুবু পূক্নীং হুহল্লি। কাঙলুপ অসিবু অমুক কাঙলুপ-মচা অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই :—

ক) তর্ক-ন্যায়মূলক (মরৈগী মরম্না মরু ওইবা) — মসিদা মরম, প্রমাণ অসিনচিংবা পীদুনা য়েৎপা মরৈনা ৱারেংগী ফজবা উৎলি। কাব্যলিঙ্গ, অনুমাননচিংবা অলঙ্কারশিং মসিগী মনুং চল্লি।

খ) লোক-ন্যায়মূলক (লৈবাক্কী চৎনবীগী মরম্না মরু ওইবা) — মসিদা লৈবাক্কী, সমাজগী চৎনবী-শাজৎ শীজিন্নদুনা ৱারেংগী ফজবা উৎলি। প্রত্যনীক, মীলিত, উন্মীলিত, সামান্য, তদ্‌গুণ, অতদ্‌গুণ, পূর্বরূপ, উত্তর, প্রতীপনচিংবা অলঙ্কারশিং মসিগী মনুং চল্লি।

গ) বাক্য-ন্যায় মূলক (ৱারেংগী মরম্না মরু ওইবা) — মসিদা ৱারেংশিংবু অখন্নবা মথং-মনাউ অমদা থম্বা মরম্না নৎত্রগা তোপতোপ্না মওঙদা লৈনহনবা ৱারেংশিংগী মরীনা মরম ওইদুনা ৱারেংশিং অদুদা ফজবা পোকহল্লি। য়থাসংখ্যা, পর্য্যায়, পরিবৃত্তি, পরিসংখ্যা, কাব্যার্থাপত্তি, বিকল্প, সমুচ্চয়, সমাধিনচিংবা অলঙ্কারশিং মসিগী মনুং চল্লি।

৫। গূঢ়ার্থপ্রতীতিমূল (মনুং হুপ্পিনবা অর্থ খঙবনা মরু ওইবা) অলঙ্কারশিং :— অলঙ্কারশিং অসিদা মপাম্ছোংগী ৱাঙাঙ শাজৎশিংগী অর্থগী মহুত্তা মনুং হুপ্পিন্না লৈবা অর্থনা ৱারেংগী ফজবা পোকহল্লি। ব্যাজোক্তি, অন্যোক্তি, স্বভাবোক্তি, উদাত্ত, সূক্ষ্ম, মুদ্রা, পিহিতনচিংবা অলঙ্কারশিং কাঙলুপ অসিগী মনুং চল্লি।

## উপমা

করিগুম্বা পোৎ অনী নক্লনা থমদুনা অমগা অমগা মান্নবা মতৌ চাংদম্নবা উৎপবু উপমা[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

শালগ্রামগুম লৈপরেং মনুংদা
ঙাম্ছোইহরি থায়নগী কাঞ্চীপুর।

— কমল, 'কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মখাক'

মফম অসিদা কাঞ্চীপুরনা ঙাম্ছোইবগা শালগ্রাম্না ঙাম্ছোইবগা অনী অসি নক্লনা পুশিন্দুনা চাংদম্নরি। মরম অসিনা মসিদা উপমা অলঙ্কার লৈরে।

## উপমাগী কায়াৎ

করিগুম্বা পোৎ অনী চাংদম্নবা মতমদা চঙদবা য়াদবা মচাক মরি লৈ। মখোয়শিং অদুদি :—

[১] উপ + মা = নক্লনা চাংদম্নবা।

১। উপমেয় — মহাক্কীদমক্তা চাংদম্নগদবা পোৎশক (মীশক) অদুবু উপমেয়[১] কৌই। 'শালগ্রামগুম ঙাহ্বোইবা কাঞ্চীপুর' হায়বা অসিদা ঐখোয়না চাংদম্নগদৌরিবা পোৎশক্তি 'কাঞ্চীপুর' হায়বা অসিনি। মরম অসিনা মসিদা 'কাঞ্চীপুর' না উপমেয়নি। উপমেয়বু 'প্রস্তুত'[২] হায়নসু খঙনৈ।

২। উপমান — করিগুম্বা পোৎশক অমবু চাংদম্নগে হায়রবদি অতোপ্পা পোৎশক অমা চাংদম্নফম প্রমাণ ওইনা দরকার লৈ। চাংদম্নবগীদমক প্রমাণ ওইনা শীজিন্নরিবা চাংদম্নফম পোৎশক অদুবু উপমান[৩] কৌই। 'শালগ্রামগুম ঙাহ্বোইবা কাঞ্চীপুর' হায়বা অসিদা উপমেয় 'কাঞ্চীপুর' গা চাংদম্ননবগীদমক প্রমাণ ওইনা 'শালগ্রাম' হায়বা চাংদম্নফম পোৎশক অমা পুশিল্লক্লি। মরম অসিনা 'শালগ্রাম' হায়বা পোৎশক অসি উপমান ওইরে। উপমান হায়বসি অয়াম্বা মতমদা মাঙদা লৈগদবা (কল্পনানা পুশিল্লকপা) মরম্না 'অপ্রস্তুত'[৪] হায়নসু খঙনৈ।

৩। সাধারণ ধর্ম্ম — উপমেয়গা উপমানগা অনীগী মান্নবা গুণ নৎত্রগা শাজৎ অদুবু সাধারণ ধর্ম্ম[৫] কৌই। 'শালগ্রামগুম ঙাহ্বোইবা কাঞ্চীপুর' হায়বদা উপমেয় 'কাঞ্চীপুর' গা উপমান 'শালগ্রাম' গা অনীগী মান্নবা গুণ (শাজৎ) দি 'ঙাহ্বোইবা' হায়বা অসিনি। মরম অসিনা মসিদা 'ঙাহ্বোইবা' হায়বসি সাধারণ ধর্ম্মনি।

৪। বাচক শব্দ — উপমেয় অমসুং উপমান অনীগী সাধারণ ধর্ম্ম চাংদম্নবা ফোঙদোক্লিবা ৱাহৈ অদুবু বাচক শব্দ[৬] কৌই। 'শালগ্রামগুম ঙাহ্বোইবা কাঞ্চীপুর' হায়বা মতমদা উপমেয় 'কাঞ্চীপুর' অমসুং উপমান 'শালগ্রাম' অনীগী 'ঙাহ্বোইবা' সাধারণ ধর্ম্ম চাংদম্নবা অসি 'গুম' হায়বা ৱাহৈনা ফোঙদোকই। মরম অসিনা মসিদা 'গুম' বাচক শব্দনি।

## উপমাগী মখল

উপমাগী মখল কয়ামরুম লৈ। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা মরু ওইবা খরদং মখাদা নৈনরি :—

### ক) পূর্ণোপমা

কায়াৎ খুদিংমক মপুং ফানা হায়বদি অমত্তা চিখদনা য়াওবা উপমা অদুবু পূর্ণোপমা[৭] কৌই। খুদম :—

---

[১]উপমেয় = চাংদম্নগদবা পোৎশক। [২]প্রস্তুত = মাঙদা লৈবা। [৩]উপমান = চাংদম্নফম পোৎশক। [৪]অপ্রস্তুত = মাঙদা লৈতবা। [৫]সাধারণ + ধর্ম্ম = মান্নবা + গুণ। [৬]বাচক + শব্দ = ফোঙদোকপা + ৱাহৈ। [৭]পূর্ণ + উপমা = মপুংফাবা উপমা।

থমচেৎকুম থম্বালগী মনুংদা,
শালগ্রামগুম লৈপরেং মনুংদা
ঙাম্মোইরি থায়নগী কাঞ্চীপুর।

— কমল, 'কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মথাক'

মফম অসিদা 'কাঞ্চীপুর' না উপমেয়নি, 'থমচেৎ' অমসুং 'শালগ্রাম' না উপমানশিংনি, 'ঙাম্মোইরি' না সাধারণ ধর্ম্মনি অমসুং 'কুম' 'গুম' না বাচক শব্দশিংনি। উপমাগী কায়াৎ মরিমক মপূং ফানা য়াওবা মরম্না মসিদা পূর্ণোপমা লৈরে।

## খ) লুপ্তোপমা

উপমাগী কায়াৎ অমা নৎত্রগা খর লোৎশিন্দুনা উৎত্রবদি মদুবু লুপ্তোপমা[1] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

মাইথোং থম্বাল লকাদো নুমিৎকুম্বা মুণিদ
তোইন তোইনা য়েংদুনা মকাফম্না শাৎলকই।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

শৈরেং মতেক অসিগী 'নুমিৎকুম্বা মুণিদ' হায়বা ৱাহৈশিংদা 'মুণি' না উপমেয়নি, 'নুমিৎ' না উপমান্নি অমসুং 'কুম্বা' না বাচক শব্দনি। মফম অসিদা 'লংবা' হায়বা সাধারণ ধর্ম্ম অদু উৎত্রে, লোত্তুনা লৈরে। মরম অসিনা মসিদা লুপ্তোপমা ওইরে।

## গ) মালোপমা

উপমেয় অমগা উপমান কয়ামরুমগা পরেং ওইনা চাংদম্নববু মালোপমা[2] কৌই। খুদম :—

ভাগিরথী গঙ্গাগুম শেংলবী,
কালিন্দী যমুনাগুম পুক্তল্লী,
ত্রিবেণীগুম মমিং চৎলবী
তীর্থ পুম্বদই অথোইবী,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।

— নীলবীর শাস্ত্রী, 'খোংজোম তীর্থ'

---

[1]লুপ্ত + উপমা = অয়োৎপা + উপমা। [2]মালা + উপমা = পরেং ওইবা + উপমা।

মফম অসিদা 'খোংজোম তীর্থ' উপমেয়গা 'ভাগিরথী গঙ্গা' 'কালিন্দী যমুনা' অমসুং 'ত্রিবেণী' হায়বা উপমান কয়ামরুমগা মথংশিংনা 'শেংলবী' 'পৃক্তন্নী' অমসুং 'মমিং চংলবী' হায়বা সাধারণ ধর্ম্ম কয়ামরুমদা পরেং ওইনা চাংদম্নরি। মরম অসিনা মসিদা মালোপমা ওইরে।

**ঘ) অনন্বয়োপমা**

অতোপ্পা করিগুম্বা উপমান অমগা মরী শুক্লে লৈনদনা উপমেয় অদুমক্তা মশাগী উপমান ওইজরগা চাংদম্নববু অনন্বয়োপমা[১] কৌই। খূদম :—

**নিংথৌরাণী অনিবু থেমজিল্লক্লে মুণিন,**

**মং হাঙ্গবসে মংগুম্মি মংগী অর্থ লৈতে—এ।**

**— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'**

খূদম অসিদা 'মং' উপমেয়গা চাংদম্ননবা উপমা 'মং' মশামক্তা ওইরি। মরম অসিনা মসিদা অনন্বয়োপমা অলঙ্কার লৈরে।

**রূপক**

উপমেয়বু উপমানগী মওঙ লৌহন্দুনা অনীমকপু চপমান্ননা অমত্তা ওইনা উৎপদা লৈবা অলঙ্কারবু রূপক[২] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

**মতম কুইনগী তুংদা,**
**লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু,**
**মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মনুংদা;**
**য়েন্দাই থল্লা লৈহাগুনা,**
**কৎলুসি ইমাগী খুয়াদা।**

**— কমল, 'মৈতৈ চনু'**

মফম অসিদা 'মৈতৈ সাহিত্য' (উপমেয়) বু 'মন্দির' (উপমান) গী মওঙ লৌহন্দুনা অনী অসি খেন্নবা লৈতনা মান্নহল্লে। মরম অসিনা মসিদা রূপক অলঙ্কার লৈরে।

---

[১]অনন্বয় + উপমা = মরী লৈনদবা + উপমা। [২]রূপ + ক = মওঙ + লৌবা।

## রূপককী মখল

রূপককী মখল কয়ামরুম লৈ। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা মরু ওইবদি :—

### ক) সাঙ্গরূপক

উপমেয়গা উপমানগা চপমান্নবা উৎপদা মখোয়-মখোয়গী কায়াৎশিংসু চপমান্নবা উৎলবদি মদুবু সাঙ্গরূপক[১] কৌই। খুদম :—

মপায় মাংগোন খেঙ্গংলাং পুম্ভ্রি চাওগোই ওইখরে,
মাঙ্গোন ফক্লাংশিংদুনা পুম্ভ্রি চাংদোন শকখরে,
পম্বৌ মাংগোন য়ুম্বীনা থম্মা খেঙ্গোং ওইখরে,
মাঙ্গোন মাইকৈ মরিদা য়ুখল ইপোম হৌখরে।
পম্বৌ মমাং থোংজাওনা ইথোই-চিংবা ইশৎ ওই
মাঙ্গোন শিরি অদুনা পুম্ভ্রি থাকপু তম্ন ওই;
দেব্রাংগিরি থাংমৈনা কোরৌ নুমিৎ ওইনা ঙান,
নূরা মাইথোংশিংদগী তুবুম উনা শেংনা ঙান;
থম্বাল লকা ওইদুনা নুরাশিংনা শাৎলক্লে,
খোইমু ওইবা পাখংশিং থম্বাল লৈফম থিরক্লে।

— অঙাংহল, 'শিঞ্জেন ইন্দু'

মফম অসিদা ইন্দুগী মপা যাত্রাগী লিক্লোল শান্নফম ওইরিবা মাঙ্গোল (উপমেয়) বু পুম্ভ্রী (উপমান) গী মওঙ লৌহন্দুনা মাঙ্গোলগী তোঙান-তোঙানবা কায়াৎশিং হায়বদি ফক্লাং, য়ুম্বী, য়ুখল, থোঙজাউ, মাঙ্গোল সীড়ি, দেব্রাংগিরি থাউমৈ, নুজাশিং অমসুং পাখংশিংবু পুম্ভ্রীগী তোঙান-তোঙানবা কায়াৎশিং হায়বদি চাংদোন, থম্মা খেঙ্গোং, ঈপোম, ঈশৎ, পুম্ভ্রীগী থাক, নুমিৎ, থম্বালশিং অমসুং খোইমুশিংগা মথংশিংনা মান্নহল্লে। মরম অসিনা মফম অসিদা সাঙ্গরূপক অলঙ্কার ওইরে।

### খ) নিরঙ্গরূপক

উপমেয়গা উপমানগা চপমান্নবা উৎপদা মখোয়-মখোয়গী কায়াৎশিং মান্নবগী মরমদা থোইদোকপা পন্দ্রবদি মদুবু নিরঙ্গ[২] রূপক কৌই। খুদম:—

---

[১]সাঙ্গ = কায়াৎ য়াওবা। [২]নিরঙ্গ = কায়াৎ য়াওদবা।

মতম কুইনগী তুংদা
লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈচনু,
মৈতৈ সাহিত্য-মন্দির মনুংদা;
য়েন্দাই থম্না লৈহাপ্তুনা,
কৎলুসি ইমাগী খুয়াদা।

— কমল, 'মৈতৈ চনু'

মফম অসিদা 'মৈতৈ সাহিত্য' গা 'মন্দির' গা চুম্না মান্নহল্লি, মখোয়গী মান্ন-মান্নবা কায়াৎশিংগী বর্ণন য়াওদে। মরম অসিনা 'মৈতৈ সাহিত্য-মন্দির' দা নিরঙ্গ রূপক অলঙ্কার লৈরে।

গ) পরম্পরিত রূপক

করিগুম্বা রূপক অমনা মহাক্কী মরী চৎপা ওইনা অতোপ্পা রূপক অমবু শৌগৎলবদি মদুবু পরম্পরিত[১] রূপক কৌই। খুদম :—

মাগী অনৌবা নোংগী কুচু,
করম করম্বী নুজাশিংগী,
পরেং-পরেং পাইনিংলোই ?

মাল্লবা-থবাক চীঙয়াদ
থম্মোয়-চেক্লা উরোক্লা
হায়য়ুগব ঈতারোই।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা 'থবাক-চীঙয়া' হায়বা রূপক অসি লাকপদা 'থম্মোয় চেক্লা' হায়বা অতোপ্পা রূপক অসি অহানবা রূপক্তা মরী লৈননা লাকপনি। মরম অসিনা মসিদা পরম্পরিত রূপক লৈরে।

## উৎপ্রেক্ষা

উপমেয়বু উপমান ওইনা মপূং ফানা নমদুনা ভাব (কল্পনা) তৌবদা ওইবা অলঙ্কার অদুবু উৎপ্রেক্ষা[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

তাজমহল ! মতম পুম্নমক্তা নিংথিজরবা
নংগী নিংথিবা নুংঙৌগী মূর্ত্তি অসিনা
মাংবা লৈত্রবা মতমগী সভ্যতা ওইরিবোইদো।

— রজনীকান্ত, 'তাজমহল'

---

[১]পরম্পরিত = মরী চৎপা। [২]উৎ + প্র + ইক্ষা = মপূং ফানা + নমদুনা + ভাব তৌবা (মান্নহনবা)।

মফম অসিদা তাজমহলগী 'নুংঙৌগী মূর্ত্তি' (উপমেয়) বু কবিনা 'মাংবা লৈত্রবা মতমগী সভ্যতা' (উপমান) ওইনা নমদুনা কল্পনা তৌরি। মরম অসিনা মসিদা উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার লৈরে।

## উৎপ্রেক্ষাগী মখল

উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কারগী মরু ওইবা মখল অনীনি :—

ক) বাচ্যোৎপ্রেক্ষা

'গুম', 'মাল্লে', 'গুম্মী', 'ওইরমাল্লে', 'ওইবা তাই' অসিনচিংবা ওইবা য়াবা খণ্ডনবা ৱাহৈশিংনা খণ্ডহনবা উৎপ্রেক্ষা অদুবু বাচ্যোৎপ্রেক্ষা[১] কৌই। খূদম :—

তাজমহল ! মতম পুম্নমক্তা নিংথিজরবা
নংগী নিংথিবা নুংঙৌগী মুর্ত্তি অসিনা
মাংবা লৈত্রবা মতমগী সভ্যতা ওইরিবোইদো।

— রজনীকান্ত, 'তাজমহল'

মফম অসিদা তাজমহল (উপমেয়) বু সভ্যতা (উপমান) ওইনা নমদুনা কল্পনা তৌবদা 'ওইরিবোইদো' হায়বা ওইবা য়াবা খণ্ডনবা ৱাহৈ অসি শীজিন্নবা মরম্না বাচ্যোৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার লৈরে।

খ) প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষা

'গুম', 'মাল্লে', 'গুম্মী', 'ওইরমাল্লে', 'ওইবা তাই' অসিনচিংবা ওইবা য়াবা খণ্ডনবা ৱাহৈশিং শীজিন্নদ্রবসু মশাগী অর্থনা খণ্ডহনবা উৎপেক্ষা অদুবু প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষা[২] কৌই। খূদম :—

অমত ওইবা নুংশিবা মাগী, কায়ন মৈদা তাবদি
ফুদোংবনি সনাবু মৈদা ফবগী মথক্তা ফহনবনি।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা কৃষ্ণ-প্রেমগী কায়ন মৈদা তাববু সনা ফুদোংবগা মান্নে হায়না নমদুনা কল্পনা তৌরি। মতৌ অসুম্না উৎপ্রেক্ষা অসিদা ওইবা য়াবা খণ্ডনবা ৱাহৈশিং শীজিন্নদবা মরম্না প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার লৈরে।

---

[১]বাচ্য = ৱাহৈনা খণ্ডবা। [২]প্রতীয়মান = অর্থনা খণ্ডবা।

## অতিশয়োক্তি

করিগুম্বা পোৎশক অমগী মগুণ হেনগৎহন্নবগীদমক কা হেন্না হায়জিনবদা ওইবা অলঙ্কার অদুবু অতিশয়োক্তি[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

মখ্বাং অদু কোনবন মাইন লৈপাক শোক্তনি
মনম অদু পোনবন উৎকী শায়োং মানখরে।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা কুব্জাগী অকোনবা মখ্বাঙ অমসুং অপোনবা মনমগী মরমদা কা হেন্না হায়জিন্দুনা ফজবা হেনগৎহল্লি। মরম অসিনা মফম অসিদা অতিশয়োক্তি অলঙ্কার লৈরে।

## অতিশয়োক্তিগী মখল

অতিশয়োক্তি অলঙ্কারগী মরু ওইবা মখল ৭ লৈ। মদুদি :—

### ক) রূপকাতিশয়োক্তি

কাহেন্না হায়মনখিদুনা উপমানতমক হায়রগা উপমেয়বুসু খঙনরবদি মফম অদুগী অলঙ্কারবু রূপকাতিশয়োক্তি[২] কৌই। খূদম :—

ভীষ্ম দ্রোণনা হায়রম্মি,
কেগে পাম্বীমক্ত পুরক্লবোই ?
নুংকুপ ময়াম খোম্লকলবোই;

"চন্দন পাম্বী 'ম পুরক্তদুনা
মণিমতং লৌনি চৎখ্রগা
অদু মঙায়রে চ্যেকশিল্লু।"

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা 'চন্দন পাম্বী' অমসুং 'মণি' (উপমানশিং) তমক হায়রগা শ্রীকৃষ্ণ (উপমেয়) বু খঙহল্লি। 'কেগে পাম্বী' অমসুং 'নুংকুপ' (উপমানশিং) তমক হায়রগা নারায়ণী তেঙ্গোল (উপমেয়) বু খঙহল্লি। মরম অসিনা মসিদা রূপকাতিশয়োক্তি অলঙ্কার লৈরে।

### খ) ভেদকাতিশয়োক্তি

কা হেন্না হায়মনখিদুনা উপমেয়বু উপমানদগী খেন্নফম থোক্লবসু খেন্নবগী মওঙদা হায়রবদি মফম অদুগী অলঙ্কারবু ভেদকাতিশয়োক্তি[৩] কৌই। খূদম :—

---

[১]অতিশয় + উক্তি = হোৎজন্না + হায়বা। [২]রূপক = মশা অমত্তা ওইবা। [৩]ভেদক = খেন্নহনবা।

অসুম তৌনা নোংম নোংমগী, লোন্নবীশিংগা মুন্নানবগী
খৎন-চৈনবা নুংঙাইনদবা, মরক্তা নুংঙাইনা বাসুদেব
লৈরি দ্বারকা নগরদা, স্বর্গগী অনিশুবা নিংথৌগুম মর্ত্যদা।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা 'অনিশুবা' হায়বা ৱাহৈনা বাসুদেব কৃষ্ণগা স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রগা নুংঙাইবদা খেন্নবা লৈত্রবসু খেন্নবগুম উৎলি। মরম অসিনা মসিদা ভেদকাতিশয়োক্তি ওইগনি।

[ভেদকাতিশয়োক্তি অলঙ্কারদা 'অনীশুবা', 'অতোপ্পা', 'তোঙানবা' অসিনচিংবা খেন্নবা খঙনবা ৱাহৈশিং হাপ্লে।]

গ) সম্বন্ধাতিশয়োক্তি

কা হেন্না হায়মনখিদুনা উপমেয়গা উপমানগা মরী লৈনফম থোক্ত্রবসু মরী লৈনবা মওঙদা হায়রবদি মফম অদুগী অলঙ্কারবু সম্বন্ধাতিশয়োক্তি[১] কৌই।

খুদম :— সনামক্ত পুল্লব মণিমক্ত থান্নবা
দোলাই থক্ত ফন্নিব নিংথৌরেলগী লুহুপ্ত
মণিপরেং ঙানবদি করিদ মফজবনো।
চিংয়া তানব নুমিৎন মণি মঙাল অদুন
মাইথিচৈনা ফংদুনা খোংকাপ শাফু কনখরে।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা কংসগী লুহুপ্পা ঙানবা মণি-পরেংগা তারমদাই নুমিৎকা থোইদোকপা মরী লৈনদ্রবসু লৈনবগুম উৎলি। মরম অসিনা মসিদা সম্বন্ধাতিশয়োক্তি লৈরে।

ঘ) অসম্বন্ধাতিশয়োক্তি

কা হেন্না হায়মনখিদুনা উপমেয়গা উপমানগা মরী লৈনদবা মওঙদা হায়রবদি মফম অদুগী অলঙ্কারবু অসম্বন্ধাতিশয়োক্তি[২] কৌই। খুদম :—

থৌরাং চাউব নিংথৌরেল ঙকই নংগী থৌরাংসে
নংগী নতৌ তম্বদি লাইমক্লসু ঙম্মরোই।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

---

[১]সম্বন্ধ = মরী লৈনবা। [২]অসম্বন্ধ = মরী লৈনদবা।

শৈরেং মতেক অসিদা ঙন্নীংবদা ঙন্না লাইশিংফাওববু কংসগী মতৌ তন্না ঙন্নোইদবগী মওঙদা উংলি। মরম অসিনা মসিদা অসম্বন্ধাতিশয়োক্তি অলঙ্কার লৈরে।

### ঙ) অক্রমাতিশয়োক্তি

কা হেন্না হায়মনখিদুনা অকোন-অহান নাইদবা থোকপা থবক্কী মরমগা থবক্কা অনীমক মতম অমতদা থোকই হায়রবদি মফম অদুগী অলঙ্কারবু অক্রমাতিশয়োক্তি[১] কৌই। খূদম :—

সনা কোনুং লমদমদা মপুই মঙ্গল তৌরকপা,
তোপতি খঙ্রাং থারকপা সনা খোংলেং-থোরকপা,
তোপকী মখোল তাবগা মখোং ফুকপা মান্নেদো,
তাইবং মীনা কৈদৌনি খাবক লাঙোই শা-নিদো।

— অঙাংহল, 'শিঙ্গেন ইন্দু'

মফম অসিদা তোপকী মখোল তাবগা শামু মখোঙ ফুকপগা অকোন-অহান নাইনা মীৎকুপ খর খেন্নফম থোকপা অদু হায়দদুনা মতম অমত্তদা চপ মান্ননা থোকখি হায়রি। মরম অদুনা মসিদা অক্রমাতিশয়োক্তি ওইরে।

### চ) চপলাতিশয়োক্তি

কা হেন্না হায়মনখিদুনা থবক্কী মরম হেক খঙবমক্তদা থবক মপূংফানা ওইরে হায়রবদি মফম অদুগী অলঙ্কারবু চপলাতিশয়োক্তি[২] কৌই। খূদম :—

পাইমনুংদ খল্লকই কৃষ্ণনা, অঙকপনিদ ব্রজগী প্রেম !
থম্মোয়, "নংনা খোইমু ওইনা, পাইরুরবদি নুংঙাইগনিদা !"
হায়নন খল্লুবতদা নহাক্তি, পাইরুরবোরে বৃন্দাবনদা ?

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মথক্কী খূদম অসিদা কৃষ্ণনা খোইমু ওইনা পাইবগী খাখল (থবক্কী মরম) হেক খনবতদা পাইবগী থবক মপূং ফাগ্রে। মরম অদুনা মসিদা চপলাতিশয়োক্তি ওইরে।

### ছ) অত্যন্তাতিশয়োক্তি

কা হেন্না হায়মনখিদুনা থবক্কী মরম ফাওবা লৈত্রিঙৈদা থবক মপূং ফানা ওইরে হায়রবদি মফম অদুগী অলঙ্কারবু অত্যন্তাতিশয়োক্তি[৩] কৌই। খূদম :—

---

[১]অক্রম = অকোন-অহান নাইদবা। [২]চপল = কা হেন্না থুবা। [৩]অত্যন্ত = কা হেনবা।

**নুজা খবেৎ উইববু উইবু উইথফাৎতরি,**
**কোক্কা মোনগা তাইনবা পুমতাবুদি তাদরি,**
**খোম্রেন মণ্ডবু মণ্ডখরে নুরা মাগী কাদুদা।**

— অঙাংহল, 'শিঙ্গেন ইন্দু'

মফম অসিদা মীৎ উইশিনবা অমসুং মোন খাণ্ডদুনা হিপথবা হায়রিবা থৌরমশিং অসি মপূংফানা ওইদ্রিঙৈদা মণ্ড মণ্ডবা হায়বা থবক অদুদি মপূং ফানা ওইখ্রে। মরম অসিনা মসিদা অত্যন্তাতিশয়োক্তি অলঙ্কার লৈরে।

## অপহ্নুতি

উপমেয়বু অশেংবা নত্তে হায়না লোৎশিল্লগা উপমানবু অশেংবা ওইনা পুথোকপদা লৈবা অলঙ্কারবু অপহ্নুতি[1] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

**কাওরেন মাবু য়েংলগা — "খনেক নত্তে য়াংকোক্নি,**
**নাতোন নত্তে মৈহুম্নি, মমিৎ নত্তে থব্রান্নি, ...।"**

— অঙাংহল, 'খম্বা থোইবী শৈরেং' (কাও)

মফম অসিদা উপমেয় ওইরিবা কাওগী অশেংবা খনেক, নাতোন অমসুং মমীৎপু অশেংবা নত্তে হায়না লোৎশিন্দুনা থল্লগা মখোয়গী মহুত্তা মথংশিংনা উপমান ওইরিবা য়াংকোক, মৈহুম অমসুং থব্রানমিচাকপু অশেংবা ওইনা পুশিল্লক্লে। মরম অসিনা মসিদা অপহ্নুতি অলঙ্কার লৈরে।

## ভ্রান্তিমান

য়াম্না মান্নমনখিদুনা উপমেয়বু উপমান ওইনা শেরান্ননা লৌবগী অলঙ্কারবু ভ্রান্তিমান[2] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

| | |
|---|---|
| **ফীগে ফৈজোম শেৎলবা,** | **কৃষ্ণগী মওং মাল্লবা** |
| **উদ্ধবনা তুমিন্ন লাকপদা,** | **মরায় থাংগৎ থাংগত্তুনা,** |
| **গোবর্দ্ধন তময়াদা লৈরম্বা,** | **ষণবী ষম্নাউ পুম্নমক।** |
| **কৃষ্ণ ওইরবোই খন্দুন,** | **তফিং তফিং চেল্লকই।** |

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

---

[1]অপহ্নুতি = লোৎশিনবা। [2] ভ্রান্তিমান = শেরান্ননা লৌবা।

মফম অসিদা উদ্ধব (উপমেয়) পু কৃষ্ণ (উপমান) ওইনা শেন্নান্নবা লৌবা মরম্মা ভ্রান্তিমান অলঙ্কার লৈরে।

## সন্দেহ

য়াম্না মান্নমনখিদুনা উপমেয়বু উপমান ওইনা চিংনদুনা লৈবগী অলঙ্কারবু সন্দেহ[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

**লোইবী চিংদা তোংজবা হাওব কনাগুম্বরা !**
**হাওনি হায়সি কদায়নো নত্তে হায়সি মসিবু**
**নাওং-নাতা অসিগা চিংউ কনাগুম্বরা !**
**অচম্বদি ওইররোই চানবিরগে লাকপরা— ।**

— অঙাংহল, 'খম্বা থোইবী শৈরেং' (শন শেনবা)

মফম অসিদা খম্বা (উপমেয়) বু হাওবা (উপমান) ওইরমগদ্রা চিংউ (উপমান) ওইরমগদ্রা হায়না চিংনরে। মরম অসিনা মসিদা সন্দেহ অলঙ্কার লৈরে।

## স্মরণ

উপমান উরগা উপমেয় নীংশিংলকপদা ওইবা অলঙ্কারবু স্মরণ[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

| | |
|---|---|
| **চান্নবী ঈতা বিশাখা** | **নমীত্ত থাব কাজলসে** |
| **তৈথোকউ সখী হৌজিকমক,** | **অমুব মাবু নীঙশিংঙি** |
| **শ্যামাসখী মুরৈনবী** | **চঙহল্লক্কনু ঈনাক্তা** |
| **শ্যাম মাবু নীংশিংঙি,** | **থম্মোয় চাকপ হেল্লিদো।** |

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

শৈরেং মতেক অসিদা রাধানা বিশাখাগী মীৎকী অমুবা কাজল (উপমান) অমসুং মুরৈনবী গোপী শ্যামাসখী (উপমান) বু উরগা অমুবা কৃষ্ণ (উপমেয়) বু নীংশিংলকপা উৎলি। মরম অসিনা মসিদা স্মরণ অলঙ্কার লৈরে।

## প্রতীপ

উপমেয়গা উপমানগা ওন্থোক্লনা হায়বদি উপমেয় ওইফম থোকপনা উপমান ওইনা অদুগা উপমান ওইফম থোকপনা উপমেয় ওইনা উৎপবু প্রতীপ[৩] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

---

[১]সন্দেহ = চিংনবা। [২]স্মরণ = নীংশিংবা। [৩]প্রতীপ = ওন্থোক্লবা।

অঙাং মীনোক তমদুনা শাৎচরিবা লৈরাংদো
মীরম্রেনগী মীশিংনা মশক ’মত্তা খংদে হায়।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা চৎনবী মতুংইন্না উপমেয় ওইফম থোকপা 'অঙাং মীনোক' না উপমান ওইনা লৈরে অমসুং উপমান ওইনা লৈফম থোকপা 'লৈরাং' না উপমেয় ওইনা লৈরে। মরম অসিনা মসিদা প্রতীপ অলঙ্কার লৈরে।

## ব্যতিরেক

উপমেয়বু উপমানদগী হেনগৎনা নৎত্রগা উপমানবু উপমেয়দগী হন্থনা উৎপবু ব্যতিরেক[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

পোইরৈ লৈপাক অসিগী সংবান্নবা নোংদোন্দা
থাজ মঙান মক্রুবা মপু সনা মাইথোংদা,
কোরৌ ফম্পাক লৈতেংবা থাশি থানিন নাইজবা
মপুং ফন ফানসু থাজ মাইহিং মকাবা,
লোইদাম মাগী মতৌগুম করম মাইহিং থমগনি।

— অঙাংহল, 'শিঙ্গেন ইন্দু'

মফম অসিদা অহানবদা মৈতৈ নিংথৌগী সনা মাইথোং (উপমেয়) গা থাজ (উপমান) গা মান্নহল্লগা মথংদা হেনগৎহন্থ নাইদবা অমসুং অমকপা লৈতবা সনা মাইথোংনা থাজদগী হেল্লি হায়বা উৎলি। মরম অসিনা মসিদা ব্যতিরেক অলঙ্কার লৈরে।

## বিরোধাভাস

পোৎশক অনী অমগা-অমগা ওন্নতৈনবা মান্না পূন্না লৈমিন্নবা উৎপগী অলঙ্কারবু বিরোধাভাস[২] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

য়াক্লেন য়াকপা নুংশাসু নুংদা লুপ্তুনা
য়েনিং-হন্থা ঋতুগী মেংবা শক্তম লৌখিনা।

— শীতলজিৎ, 'বাল্মীকি'

শৈরেং মতেক অসিদা কালেনগী অয়াকপা অমসুং বসন্তগী অমেংবা অনীমক পূন্না লৈমিন্নবা উৎলি। অনী অসি মহৌশানা অমগা অমগা ওন্নতৈনবা ওইরবসু

---

[১]ব্যতিরেক = হেনবগী মতৌ। [২]বিরোধ + আভাস = ওন্নতৈনবা + মানবা।

ভগবান শ্রীরামচন্দ্রগী মিংখৈনা রত্নাকরগী মফমদা অনীমক পূন্না ওইখোকহল্লি। মতৌ অসুম্না মফম অসিদা পোৎশক অনী ওন্নতৈনবা মান্না লৈরগা কুপ্না খম্বদা ওন্নতৈনরমদবগী মওঙ ওইবা মরম্না বিরোধাভাস অলঙ্কার লৈরে।

## বিষম

অমগা অমগা মান্নদবা, মরী লৈনদবা থবক-থৌরম অনী পূন্না উৎমিন্নবদা ওইবা অলঙ্কারবু বিষম[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

মরুপ মপাং মপাসু খংগ্রে ঐগী ইবুকসু
চেৎননবা ওইখরে চৎপিখরো নিংবসু
ঐগী ফন' শেম্বদি ঐগী মাংন' ওইররে,
ঐদগীদি খুজিন্না ইচা পুমকাই কাইনরে।

— অঙাংহল, 'শিঙেন ইন্দু'

মফম অসিদা অফবগীদমক হোৎনরিবা থৌরমশিংগা ফত্তবা ওইরক্লিবা থবকশিংগা মান্নদ্রে, থৌরমগা থবক্কা মরী লৈনদ্রে। মরম অসিনা মফম অসিদা বিষম অলঙ্কার লৈরে।

## অসঙ্গতি

থৌরমগা থবক্কা পূন্না লৈমিন্নদবা হায়বদি থৌরম্না মফম অমদা অদুগা থবক্লা মফম অমদা ওইবগী অলঙ্গারবু অসঙ্গতি[২] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

মৈতে সনা লৈপাক্তা শাৎলি শিঙেন মহাক্লা
মালু কৌবা খুঙ্গংদা চৎলি লৈরাং লৈনম্না।

— অঙাংহল, 'শিঙেন ইন্দু'

মফম অসিদা ইন্দু (থৌরম) না মৈতে লৈপাক্তা লৈরগা মহাক্কী মিংচৎ (থবক) না কাছারগী মালু খুঙ্গংদা শন্দোকপা উৎলি। মরম অসিনা মসিদা অসঙ্গতি অলঙ্কার লৈরে।

## বিভাবনা

থৌরম লৈত্রবসু থবক লৈবা উৎপা অলঙ্কারবু বিভাবনা[৩] অলঙ্কার কৌই। অলঙ্কার অসিদা মপাঙ্গোংগী থৌরম লৈতবা মরম্না মনুংগী থোইদোকপা থৌরম অমা কল্পনা তৌবা তাই। খূদম :—

---

[১]বিষয় = মান্নদবা। [২]অসঙ্গতি = পূন্না লৈমিন্নদবা। [৩]বি + ভাবনা = থোইদোকপা + কল্পনা।

নশক্তি লৈহৌরে মিৎলূদা, নখোয় নাকোংদ লৈহৌরে,
নুংশিব মনম লৈহৌরে নাতোন্দা, থম্মোই হৱাম্বা করম্ন চেন্নি।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা শ্রীকৃষ্ণ (থৌরম) লৈত্রবসু মহাক্কী শক্তম, মখোন অমসুং নুংশিবা মনম লৈবা উৎলি। মরম অসিনা মসিদা বিভাবনা অলঙ্কার লৈরে।

## বিশেষোক্তি

থৌরম লৈরবসু থবক লৈতবগী মতৌ থোইদোকপা অমা ওইনা হায়ববু বিশেষোক্তি[1] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

নুমিদাংৱাইগী মতমদ তময়া কোরী চেন্বদা,
ব্রজগী থানিম্ন থোকপদা, থাজ মাগী মঙানবু
রাধাগী মিৎল্লা নোংঙিলনীনা হন্না হন্না থকপদ
থক্ল-থক্লগ থনখিন্রে, ঈখৌ লাংবদ হেন্নিদো।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা হন্না-হন্না থকপগী থৌরম লৈরবসু ঈখৌলাংবা কোকপগী থবক লৈত্রে। মরম অসিনা মসিদা বিশেষোক্তি অলঙ্কার ওইরে।

## স্বভাবোক্তি

করিগুম্বা পোৎশক অমগী মশাতগী ওইবা তোপতোল্লা শাজৎ অদু চপচানা, কৃপ্না, পূক্লীং হূনা বর্ণন তৌববু স্বভাবোক্তি[2] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

লাইজ খুজেং য়ৌন কূম সনা খোংনাং কয়ানা,
তিংথৌ হৌবা মখোংনা, মউনদি ৱাওথাংনা,
মনা-দুনা ইশং-শং পুংনা-হায়থ-লাইজদা,
কৎলি ঈশিং খুজোক্তো মপুগীদি চরন্দা।

— অঙাংহল, 'শিঙেন ইন্দু'

মফম অসিদা তুরেল মপান্দা হৌবা সনা খোংনাং পান্বীশিংগী শাজৎ চপচানা (হেঙিন্দনা) কৃপ্না, নীংথিনা বর্ণন তৌবা মরম্না স্বভাবোক্তি অলঙ্কার লৈরে।

---

[1]বিশেষ + উক্তি = থোইদোকপা ওইনা + হায়বা। [2]স্বভাব + উক্তি = তোপতোল্লা শাজৎ + হায়বা।

## সমাসোক্তি

প্রস্তুতকী মরমদা তৌবা বর্ণননা পূন্না অপ্রস্তুতকী বর্ণনসু ওইবা য়ানা উৎপবু সমাসোক্তি[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

চাঁদথখয়ে কোরৌসু ! নুরা অহিং কৌবীগী
প্রেমগী বাসর লৈকোন্দ থাজ মাইথোং ফন্নক্নে।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা প্রস্তুত ওইরিবা অহিং অমসুং থাজগী বর্ণননা প্রকৃতি মশাগী লীলা-বর্ণন ওইবতা নত্তনা অপ্রস্তুত কুব্জা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম-লীলাগী বর্ণনসু ওইরি। মরম অসিনা মসিদা সমাসোক্তি অলঙ্কার লৈরে।

## অপ্রস্তুতপ্রশংসা

হায়নীংবা ৱাফম অমা তশেংনা হেক হায়বগী মহুত্তা নাকোয়ননা অতোপ্পা হায়রোইদৌবা ৱাফম (অপ্রস্তুত) অমগী মরমদা হায়রগা খণ্ডহন্নবদি মদুবু অপ্রস্তুতপ্রশংসা[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

থুন খুন্ত্রে নারদ য়াথং অদু তাবদ,
বনগী উনুং হাঙবসে পাম্ব কৈরেন নোংশাবু
থেংনরুনি হায়বগী চংঙুবা জগৎন
অকি অথং পোকপনি, খৈরোই উচি লমহুইন
থম্ন লৈরে হাঙদুন কিনরুদে কনাসু। — দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মথক্কী শৈরেং মতেক অসিদা কংসনচিংবা শাথীনা তমথীবা হিংচাবশিং শ্রীকৃষ্ণনা হাৎপিগদবনি হায়বা হায়নীংলিবা (প্রস্তুত) ৱাফমদি নারদনা শেংনা হায়দ্রি। মদুগী মহুত্তা মহাক্না ৱাফম অসিবু নাকোয়ননা কংসনচিংবা অকনবা হিংচাবশিংগা কৈ-নোংশানচিংবগা অমসুং ধেনু, বক্লচিংবা অচম্বা হিংচাবশিংগা খৈরোই-উচিনচিংবগা প্রমাণ তৌরগা বনগী অতোপ্পা হায়রোইদৌবা ৱাফম (অপ্রস্তুত) অমা মচেক্না ফোঙদোক্লি। মরম অসিনা মসিদা অপ্রস্তুতপ্রশংসা অলঙ্কার লৈরে।

## অর্থান্তরন্যাস

ময়ামগী ওইবা (সামান্য) ৱাফম অমবু অথন্নবা (বিশেষ) ৱাফম অমা পুশিন্দুনা নৎত্রগা অথন্নবা (বিশেষ) ৱাফম অমবু ময়ামগী ওইবা (সামান্য) ৱাফম অমা পুশিন্দুনা শৌগৎপদা ওইবা অলঙ্কারবু অর্থান্তরন্যাস[৩] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

[১]সমাস + উক্তি = পূন্না + হায়বা। [২]অপ্রস্তুত + প্রশংসা = অপ্রস্তুতকী মরমদা + হায়বা।
[৩]অর্থান্তর+ ন্যাস = অতোপ্পা অর্থ (ৱাফম) + পুশিনবা।

(১) ময়ামগী ওইবা ৱাফস্ত অখন্নবা ৱাফম্না শৌগৎপা —

মশাতবু ককপন পাম্বী শিব ম্নাদেয়ে
মন্নাতদ কক্লগা পাম্বী লেপ্ন কংবনি,
কৃষ্ণ 'সিন শিরগ কোচিনয়ুন্নাল শারিব
লাইগী তিঙ্গ্লা ময়ামদো লেপ্ন মমি শামগনি।

— দয়েন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা পাম্বী কংহন্নবগীদমক মরু কক্কদবনি হায়বা অচম্বা ময়ামগী ওইবা ৱাফম অসিবু লাইশিং মাঙহন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণ হাৎকদবনি হায়বা অখন্নবা ৱাফম অসিনা শৌগৎলি। মরম অসিনা মসিদা অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কার লৈরে।

(২) অখন্নবা ৱাফস্ত ময়ামগী ওইবা ৱাফম্না শৌগৎপা —

অহিং থেংলবা অদুদা
যমুনাদ কুমথগ্রে বসুদেব,
মচা নুংশিবগী লম্বীবু,
ঈথক কম হৌরবী
নীঙাইবা অকিবা লৈতনা,
শিব কিবন থিংঙমদে।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা বসুদেবনা কৃষ্ণ পুরগা যমুনা তুরেলদা কুমথখিবগী অখন্নবা ৱাফস্ত 'মচা নুংশিবগী লম্বীবু শিব কিবন থিংঙমদে' হায়বা ময়ামগী ওইবা অচম্বা ৱাফম অসিনা শৌগৎলি। মরম অসিনা মসিদা অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কার লৈরে।

## প্রতিবস্তুপমা

উপমেয় ওইবা ৱারেংগা উপমান ওইবা ৱারেংগা শাজৎ (ধর্ম্ম) অমতদা অর্থ মান্নবা ৱাহৈশিং শীজিন্নদুনা চাংদম্নবা উৎপদা ওইবা অলঙ্কারবু প্রতিবস্তুপমা[1] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

কম্ব্রৌবদা থোইদোকপ তৃনাবত্ত অথৌব
থা-ফান্রিব অঙাংন চিংথদুনা হাত্তোকপা —
শিরিষকুসুম পরেংন চিংগু উবু ফুকত্তৎপ
নৌন পোকপ শজিন সনজিংবু ৱাইথুব
তাহৈদেব ৱাফম্নি তমফদব ৱান্নীনি।

— দয়েন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

---

[1]বস্তু + প্রতি + উপমা = ৱারেং + খুদিংমক + চাংদম্নবা।

মফম অসিদা নৌরিবা অঙাং (শ্রীকৃষ্ণ) না কল্লবা তৃনাবত্ত হাৎপা হায়বা উপমেয়-ৱারেং অসিগা শিরিষকী লৈপরেংনা চিংগু কৃকপা অমসুং শজিমচানা চীং ৱাইথুবা হায়বা উপমান-ৱারেংশিং অসিগা ওইথোক্তবা হায়বা শাজৎ অমখক্তদা 'হাত্তোকপা, 'ফুকতৎপ', 'ৱাইথুব' হায়বা মাঙহনবা খঙনবা অর্থগী ৱাহৈশিং শীজিন্নদুনা মান্নবা মতৌ চাংদম্নরি। মরম অসিনা মসিদা প্রতিবস্তুপমা অলঙ্কার লৈরে।

## দৃষ্টান্ত

মান্নবা শাজৎ অমসুং মান্নবা তাকপা ৱাহৈ য়াওদ্রবসু উপমেয় ওইবা ৱারেংগা উপমান ওইবা ৱারেংগা মান্নে হায়না বর্ণনগী অরোইবদা উহনবগী অলঙ্কারবু দৃষ্টান্ত[1] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

**হৌখরব অদুগী অনুতাপ্পু তৌফদ্রে**
**শিখরব পাম্বীবু ঈশিংন 'মুক হৌঙমদে।**

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা 'হৌখরব........তৌফদ্রে' হায়বা উপমেয়-ৱারেং অসিগা 'শিখরব.........হৌঙমদে' হায়বা উপমান-ৱারেং অসিগা মান্নবগী মমি অমা বর্ণনগী অরোইবদা ৱাখলনা উবা ফংই। চাংদম্নবা অসিদা অহানবা ৱারেংগী 'অনুতাপ্পু তৌফদ্রে' অমসুং অনীশুবা ৱারেংগী 'ঈশিংন 'মুক হৌঙমদে' হায়বা শাজৎ অনী অসি অর্থ মান্নদে। চাংদম্নবা অসিদা 'গুন্না' 'অদুগুন্না' অসিনচিংবা মান্নবা খঙনবা ৱাহৈসু য়াওদে। মরম অসিনা মসিদা দৃষ্টান্ত অলঙ্কার লৈরে।

## উদাহরণ

করিগুম্বা ৱাফম অমগা মান্নবা মতৌ চাংদম্নবগীদমক মান্নবা খঙনবা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা অতোপ্পা ৱাফম অমা খুদমগী মশক ওইনা পুশিল্লকপবু উদাহরণ[2] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

**থাপ্পা লৈবা দৃশ্যনা**
**লৈচিন নোংফাই লোয়ননা**
**থোইনা পুক্লিং হুবগুম**
**হৌগ্রবা নংগী কবিতা**
**পুক্লিং হল্লেদা ওম্লোক্লসু!** — ৱলজিৎ, 'অমর কবিতা'

---

[1]অন্ত + দৃষ্ট = অরোইবদা + উবা। [2]উদাহরণ = খুদম।

মফম অসিদা হৌগ্রবা কবিতানা পুক্নীং হুবগা চাংদম্নবা য়াবা খুদম পীবদা থাগ্না লৈবা শেংকাওবা দৃশ্যনা পুক্নীং হুবগী ৱাকম পুশিল্লক্লি অমসুং চাংদম্নবা অসিদা মান্নবা খঙনবা ৱাহে 'গুম' শীজিন্নরি। মরম অসিনা মসিদা উদাহরণ অলঙ্কার লৈরে।

## নিদর্শনা

পোংশক অনীগী ওইবা য়াবা নংত্রগা ওইবা য়াদবা মরীনা উপমেয় অমসুং উপমানগী মওঙদা মান্নবগী মতৌ উংপবু নিদর্শনা[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

(১) ওইবা য়াবা মরী —

তাংলৌ পুজোই তেল্লবা সন্ধ্যা মাংজিন তাংফমদ
নোংচুপ নোংদোন ফিমাইদ লৈচিন ফিজং পরেং
গোলাপমচু শংদুন শাংথ লেংথ তাবদি
তাইবং নুংশি-কুম্মেসে চাকতোন ফিদোন লোমদন
তাইবং মীওই পুন্নবগী পেন্দ লাইনা চুদুন
থুন লোইখি তাকপগী ময়েক লাবা চিত্রনি।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা নুমিদাংৱাইরমগী ঙাঙ্গানবা লৈচিনশিং (উপমান) গা পুন্সিগী লোইশিল্লকপদা নীংবা থুংহৌদ্রবা তাইবং মীওইবশিংনা পেন্দ-লায়না চুবগী শক্তম (উপমেয়) গা মান্নবগী মতৌ উংলি।

অসুম্না চাংদম্নবা অসিদা পোংশক অনী অসিগী ওইবা য়াবা মরী অমা লৈ, মরমদি নুমিদাংৱাইরমদা শাংলবা লৈচিলশিংগী ঙাঙশিল্লকপা মচুনা পুন্সি লোইরমদাইদা চহী য়াল্লবা মীওইশিংগী পেন্দ-লায়না চুবা মতৌ খঙহনবা ঙম্বা মওঙ ওইথোকই। মরম অসিনা মসিদা ওইবা য়াবা মরীগী নিদর্শনা অলঙ্কার লৈরে।

(২) ওইবা য়াদবা মরী —

অশেংবা শকুন্তলাবু
তাম্মোকপ্রগা দুষ্যন্তনা
অয়েকপা মূর্তিবু কোনবদি
অচৌবা ঈপাক হম্দোক্লগা
নুংশা তরঙবু চানবনি।

— ব্রজবিহারী, 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম্' (অনু)

[১]নিদর্শনা = উংপা।

মফম অসিদা দুষ্যন্তনা অশেংবা শকুন্তলা থাদোক্লগা অয়েকপা শকুন্তলা কোনবা (উপমেয়) বু থাঙ্গৈশেংবা সমুদ্র ঈপাক হন্দোক্লগা থাঙ্গৈশেংদবা নুংশা তরঙ লুনা তৌবগা মান্নহল্লি। অসুম্না নীংথিজনা চাংদম্নরিবা অসিদা ওইবা য়াদবা মরী অমা লৈ, মরমদি দুষ্যন্তনা অশেংবা শকুন্তলা থাদোক্লগা মহাক্কী অয়েকপা মূর্ত্তিবু কোনখি, সমুদ্র থাদোক্লগা নুংশা তরঙবু কোনবদি তৌখিদে। মরম অসিনা মসিদা ওইবা য়াদবা মরীগী নিদর্শনা অলঙ্কার লৈরে।

## তুল্যয়োগিতা

প্রস্তুতশিং নৎত্রগা অপ্রস্তুতশিংবু মান্নবা শাজৎ (ধর্ম্ম) অমতনা তিন্নহনবা উৎপবু তুল্যয়োগিতা[1] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

থৈবোং, হৈনৌনচিংবা হৈপাল,
লৈহাউ, শিংঘারৈনচিংবা লৈপাল,
মশাগা মশাগা লোনশিন্নদুনা,
অৱাবা ফোংদোকলি তুমিন তুমিন্না।

— কমল, 'কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মথাক'

মফম অসিদা থৈবোং, হৈনৌ, লৈহাউ, শিংঘারৈনচিংবা প্রস্তুত কয়ামরুম্বু 'অৱাবা ফোংদোক্লি' হায়বা মান্নবা শাজৎ অমতনা তিন্নহল্লি। মরম অসিনা মসিদা তুল্যয়োগিতা অলঙ্কার লৈরে।

## দীপক

প্রস্তুত অমসুং অপ্রস্তুত কয়ামরুম্বু পুন্নপ শাজৎ (ধর্ম্ম), অমতনা তিন্নহনবা উৎপবু দীপক[2] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

লায়রবা প্রজা ব্রাহ্মণনা
মাঙলে হায়বা মতাঙম,
নীঙবা কায়দুনা হনগ্রবদি
বাসুদেব থোঙদা চেপ্পোকখি।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা 'ব্রাহ্মণ' (সুদামা) না প্রস্তুতনি, 'লায়রবা প্রজা' না অপ্রস্তুতনি। অনী অসিবু 'হনগ্রবদি' হায়বা ধর্ম্মনা তিন্নহল্লি। মরম অসিনা মসিদা দীপক অলঙ্কার লৈরে।

---

[1] তুল্য + য়োগিতা = মান্ন-মান্নবা (শাজৎনা) + তিন্নবগী মতৌ। [2] দীপক = থাউমে (থাউমে অমতগী মঙালনা পোৎশক কয়ামরুম্বু পুন্নপ উহনবা)।

কারক (সংজ্ঞা/সর্বনাম) অমগী ক্রিয়া ময়াম লৈবা উৎপবুসু দীপক অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

সমাজগী মরম্তা লৈবসু
লাংতকনরকই পুকনিং য়ামনা,
পাইনিংলকই ইশা পান্দুনা,
তেংথানিংলকই লোল থোক্নুনা।

— কমল, 'নির্জনতা'

মফম অসিদা 'লাংতকনরকই', 'পাইনিংলকই' অমসুং 'তেংথানিংলকই' হায়বা ক্রিয়া কয়ামরুমগা কারক ('ঐ' অরোৎপা সর্বনাম) অমতগা মরী লৈনবা মরম্না দীপক অলঙ্কার লৈরে।

## কারণমালা

মমাঙ-মমাঙগী পোৎশক্না মতুং মতুংগী পোৎশক্কী মরম মথং-মথং ওইহন্দুনা মরম পরেং অমা শেম্ববু কারণমালা[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

অতিয়ানা ঈথক হৌরগা, মালংবনা শকলোন পুরকই।
মালংবনা ঈপোম হৌরগা কন্না, খাম্বী মশক লৌরকই।
মথক্কী শকলোনগা তিন্নরগা, খাম্বীনা লাইজ মশক ওই।
অসুম্না লাইজদগী লৈপাক ওই, মতুংদা মালেম শকলোন পুই।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা অতিয়ানা মালংবা ওইরক্লবা, মালংবনা খাম্বী ওইরক্লবা, খাম্বীনা লাইজ ওইরক্লবা অমসুং লাইজনা লৈপাক ওইরক্লবা মরম মথং-মথং ওইনদুনা মরমশিংগী পরেং অমা শেম্লি। মতৌ অসুম্না মসিদা কারণমালা অলঙ্কার লৈরে।

## একাবলী

মতুং-মতুংগী পোৎশক্না মমাঙ-মমাঙগী পোৎশক্কী থোইদোকপা মগুণ মথং-মথং উত্তুনা মাঙ-তুং তাইশিন্নবা পরেং অমা শেম্ববু একাবলী[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

[১]কারণ + মালা = মরম + পরেং। [২] অবলী + এক = পরেং + অমা।

ঈশিংমক্ত লৈবসু লোইন থম্বাল শাংলম্মী
থম্বালমক্ত শাংপসু লোইন খোইমু ইল্লম্মি
খোইমুমক্ত ইনবসু লোইন ঈশে শক্লম্মি
ঈশেমক্ত শকপসু লোইন পুক্লীং হুরম্মি।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা মথংশিংনা তুংগী থম্বালনা মাঙগী ঈশিংগী, তুংগী খোইমুনা মাঙগী থম্বালগী, তুংগী ঈশেনা মাঙগী খোইমুগী অমসুং তুংগী পুক্লীং হূবা মতৌনা মাঙগী ঈশেগী থোইদোকপা মগুণ (বিশেষণ) ওইনা ফোঙদোক্লি। মরম অসিনা মসিদা একাবলী অলঙ্কার লৈরে।

## সার

মমাঙ-মমাঙগী পোৎশকশিংদগী মতুং-মতুংগী পোৎশকশিংনা মথং-মথং ফবা নৎত্রগা ফত্তবা হেনগৎলকপা উৎপবু সার[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

ঈশিং কংফালগী মনুঙদা কংফালনা থোইদোকই
কংফালদগীসু কোনুংনা কোনুংদগীসু সঙ্গায়না
সঙ্গায়দগীসু ফজবা ফমুংনা অথোইবনি হায়নিঙ্ঙি।

— ব্রজবিহারী, 'সাহিত্যদর্পণ' (অনু)

মফম অসিদা ঈশিংদগী কংফালনা, কংফালদগী কোনুংনা, কোনুংদগী সঙ্গায়না অমসুং সঙ্গায়দগী ফজবা ফমুংনা মথং-মথং ফবা হেনগৎপা উৎপা মরম্না সার অলঙ্কার লৈরে।

## কাব্যলিঙ্গ

বর্ণন তৌগদৌরিবা বিষয় অমগী মনুং হুঞ্জিনবা ফজবা মরম ওইনা করিগুম্বা বাহৈ খরগী অর্থ শীজিন্নববু কাব্যলিঙ্গ[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

লৌরুবরা শেংন হায়মুনে কয়া ঈকায়ব থবকনো!
নন্দগী মচানি হায়রগা, মীগী মপোৎ হৱানবা!

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

---

[১]সার = মচং (= থোইগৎপা)। [২]কাব্য + লিঙ্গ = কাব্য ওইবা (ফজবা) + মরম।

মফম অসিদা 'কয়া ঈকায়ব থবকনো' হায়বা বর্ণন তৌগদৌরিবা বিষয় অসিগী মরম ওইনা 'নন্দগী মচা ওইরগা' হায়বা ৱাহৈ খরসিগী অর্থবু শীজিন্নরি অমসুং মরম অসি চুমদ্রিংনা হায়দোকপগী মহুত্তা 'ৱাত্ত-পাদবা গোপ-নিংথৌ অমগী নিংথৌ মচা ওইবা নহাক্না মীগী মপোৎ হুরানবা হৌনব্রা' হায়বনচিংবা মনুং হুঞ্জিনবা ফজবা অর্থ (ব্যঙ্গার্থ) দা ফোঙদোক্লি। মরম অসিনা মসিদা কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কার লৈরে।

## অর্থাপত্তি

বর্ণন তৌরিবা ৱাফমগী অর্থদা বর্ণন তৌদবা ৱাফমশিংগী অর্থসু থোকহনববু অর্থাপত্তি[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

ষনবী ষন্নাউ খিবিকনা, পোম্বী চেক্লা পূম্বনা
বনগী হৈপাল লৈপাম্না, মাগী কায়ন-মৈচাক্লা
ফীভম অসি ওইরবদা, উদ্ধব ঐন করমনা
ব্রজ গোপ গোপীশিংগী, কায়ন মৈবু মুৎহনগনি ?

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা তাইবং মী নত্তবা শা-উচেক, হৈপাল-লৈপাল ফাওবা কৃষ্ণগী কায়ন-মৈচাক অসি য়ৌনা ফংলবদা তাইবং মীওইবা গোপ-গোপীশিংনা ফংলমগদৌবা খায়ন-মৈশা অঙকপা ওইগনি অমসুং মৈশাদুবু ফহনবা উদ্ধব ঐনা ঙমগদবা লৈতে হায়বা অতোপ্পা অর্থশিং অসি ফোঙদোকই। মরম অসিনা মসিদা অর্থাপত্তি অলঙ্কার লৈরে।

## অর্থশ্লেষ

ৱাহৈগী অর্থ অমখক্তা ওইরবসু মদুনা অনী নৎত্রগা অনীদগী হেনবা ৱাফমশিংদা পানশিনবা য়াববু অর্থশ্লেষ[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

ফীজোল লীক্লোল অরেম্বনি, নুপী ওইবী ঐখোয়গী,
"ঈকায় থীবনা" লৈতেংনি, অসিবু য়াওদ্রবী নুপীদি,
সনা লুপা শিদুনা ফনা, মশক ফন ফজদুনসু,
সমাজনা মীৎয়েং অমা ওইনা, য়েংঙিদো নুজা মহাকপু
তৌরনু লাউ হাকমল্লি, মীনা করি হায়খিনি ?

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

---

[১]অর্থ + আপত্তি = অর্থ + থোকহনবা। [২]অর্থ + শ্লেষ = অর্থদা লৈবা + শ্লেষ।

শৈরেং মতেক অসিদা য়াওরিবা ৱাফম খুদিংমক্কী অমসুং ৱাহৈ খুদিংমক্কী অর্থ অমমমতনি। অদুবু অমমমতা ওইবা অর্থশিং অসি নুপী ওইবীশিং অমসুং কৃষ্ণ-কায়নরবী রাধা — ৱাফম অনীমক্তা চপমান্নরা পানশিনবা য়াই। মরম অসিনা মসিদা অর্থ শ্লেষ অলঙ্কার লৈরে।

## ব্যাজস্তুতি

তাৎ তৌনা থাগৎপা হায়বদি থাগৎপা মালহল্লগা থীনা হায়বা নৎত্রগা থীনা হায়বা মালহল্লগা থাগৎপা উৎপবু ব্যাজস্তুতি[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

ক) থাগৎপা মালহনবা —

**ফজেদকো য়েংবদা ! মথুরাগী মনুংদ**
**পাগদব ইতাবু কনা লৈগে খন্নসি**
**কোন্ন হৌবা শাথেক্তি কামগী লিরুং ঙমজনি,**
**পোন্ন হনব নত্রেন্দি সনজিংন কৈদৌনি ?**

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মথক্কী খুদম অসিনা মথুরাগী শকহেনবীশিংনা মনম পোনবী কুব্জাবু থাগৎপা মালহল্লগা লক্করি। মরম অসিনা মসিদা ব্যাজস্তুতি অলঙ্কার লৈরে।

খ) থীনা হায়বা মালহনবা —

**কবি হাঈব ঐখোইসে মচিন্থিবা ঙাক্লিকো,**
**খিত্ত অম থোকপদ শেমগত্তুন কবিন**
**হাঈজিল্লকপ অদুদি মীন ঙকপ পোৎনিদা !**

— দরেন্দ্রজিৎ 'কংসবধ'

মকম অসিদা কবিশিংবু 'মচিন্থিবা' হায়দুনা থীনা হায়বা মালহল্লগা কবিশিংগী অঙকপা ফংনা বর্ণন তৌবা ঙম্বগী শক্তিবু থাগৎলি। মরম অসিনা মসিদা ব্যাজস্তুতি অলঙ্কার লৈরে।

## ব্যাজোক্তি

অরোনবা ৱাফম অমা ফোংলক্লবদা মদুবু লোৎশিন্নবা অতোপ্পা ওইদবা ৱাফম অমা শেমজিন্দুনা হায়বা উৎপবু ব্যাজোক্তি[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

---

[১]ব্যাজ + স্তুতি = তাৎ তৌনা + থাগৎপা। [২]ব্যাজ + উক্তি = শেমজিন্দুনা + হায়বা।

বাসুদেব রুক্মিণীদা য়েংদুনা, মোমোন নোক্নুনা লৈহৌই।
খঙবা ঙমদেদা ইবেম্মা ! যোগী মুনি হায়রবশিংসিনা
অউ-অউবা মীশকপু, লেঙিঙ পাল্লিব পুম্নবু
নারায়ণ ওইনা উখরে, ওয়োকপ মতৌ হায়রবদুনি।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

রুক্মিণীগী মমাঙমক্তদা নারদ মুনিনা বাসুদেব কৃষ্ণবু নারায়ণ হায়দুনা লৈশি লৈথোল্লম্মী। অওইবা ৱাফম অসিবু রুক্মিণীগী মফমদা লোৎশিন্নবগীদমক বাসুদেবনা ওইদবা ৱাঙাঙ অমা শেমদুনা হায়জিল্লি। মরম অসিনা মসিদা ব্যাজোক্তি অলঙ্কার লৈরে।

## পর্য্যায়োক্তি

করিগুম্বা ৱাফম অমা চুমদ্রিং হায়বগী মহুত্তা কোইনা অতোপ্পা মওঙদা হায়রবদি মদুবু পর্য্যায়োক্তি[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

চৎলু কবি—খোংবিরু অমুক্তা মাগী নাক্তা —
শকপিরু চঙদুনা মনাকোং ময়াদা —
'পোক্লন্নবদি লৈরাংগী মপোক্তা, হে খৌরাংলবা যাত্রী !
লৈহী মরীক অমতা ওইরবসু পীরমগদবনি নঙোন্দা !'

— সুরেন্দ্রজিৎ, 'বাঁশীগী থমোই ঈহৌরো'

মফম অসিদা 'তোল্লবা তাইবং মী ওইরুবনা যাত্রী নহাক্কী নতেং করিসু পাংবা ঙমদ্রে' হায়বা ৱাফম অসিবু চুমদ্রিং হায়বগী মহুত্তা লৈহী পীদুনা মতেং পাংবা ঙম্বা লৈরাংগী ৱাফম পুশিল্লরুগা কোইনা অতোপ্পা মওঙদা ফোঙদোক্লি। মরম অদুনা মসিদা পর্য্যায়োক্তি অলঙ্কার লৈরে।

## পর্য্যায়

পোৎশক অমতনা মথং-মথং ওইনা মফম কয়ামরুমদা লৈবা নৎত্রগা পোৎশক কয়ামকন্না মথং-মথং ওইনা মফম অমতদা লৈবা উৎপবু পর্য্যায়[২] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

---

[১]পর্য্যায় + উক্তি = অতোপ্পা মওঙদা + হায়বা। [২]পর্য্যায় = মথং-মথং।

**(ক) মিংলুদগী তরংন তুরেল ঈচেল মতৌগুম**
**চাইরুং খেঙ্লোং থুমদুন লৈমাইথক্ত পাথরে।**

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

বর্ণন অসিদা মীৎকী পিরাংনা মথং-মথং তোঙান-তোঙানবা মফমশিং — মীৎলু, চাইরুং অমসুং লৈমায় — দা লৈবা উৎপা মরম্না পর্য্যায় অলঙ্কার লৈরে।

**(খ) হায় ষষ্ঠী ষনাইন থম্ন তাব লম্বীদো**
**নুংন ইন্দ্রি শিত্তুন শিত্তি নায় লৈরম্মে।**

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

খূদম অসিদা তোঙান-তোঙানবা পোৎশকশিং — ষষ্ঠী ষনাই অমসুং নুং — না তোঙান-তোঙানবা মতমদা মথং-মথং ওইনা সুদামগী য়ুমগী লম্বীদা লৈবা উৎপা মরম্না পর্য্যায় অলঙ্কার লৈরে।

## পরিণাম

উপমান মশা মথন্তনা থবক পাঙথোকপা ঙমদবদগী উপমেয় ওইনা ফিভম হোংলগা থবক পাঙথোকপা উৎপবু পরিণাম[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

**রাধা থম্মোই 'তিয়াদা, নিন্দুং নিম্মাং নাইদনা**
**ঙানখরে ব্রজগী থানিন্না নন্দগী মচা ওইদুনা।**

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

বর্ণন অসিদা ব্রজগী থানিন (উপমান) না রাধাগী থম্মোয়দা নিন্দুং নিম্মাং নাইদনা ঙানবা ঙমদবদগী শ্রীকৃষ্ণ (উপমেয়) ওইনা শক্তম ওন্নগা ঙানবা উৎলি। মরম অসিনা মসিদা পরিণাম অলঙ্কার লৈরে।

## উল্লেখ

করিগুম্বা পোৎশক অমগী মরমদা (ক) মী কয়ামরুম্না মাগী-মাগী মীৎয়েংদগী নৎত্রগা (খ) মী অমতনা মীৎয়েং কয়ামরুমদগী তোঙান-তোঙানবা বর্ণন তৌবা উৎপবু উল্লেখ[২] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

---

[১]পরিণাম = ফিভম হোংবা। [২]উল্লেখ = (তোঙান-তোঙান্না) হায়বা।

(ক) মীনা ঐবু হেক য়েংবদা
নিংনৈ শান্তি লাইরেম্বীনি
অদুগা কনাগুম্বা অমনসু
খন্নে অৱাবা লাইরেম্বীনি !

— কমল, 'নির্জ্জনতা'

মফম অসিদা অচিকপা লাইরেম্বীবু তোঙান-তোঙানবা মীওইশিংনা মাগী-মাগী মীৎয়েংদগী 'শান্তি লাইরেম্বী' অমসুং 'অৱাবা লাইরেম্বী' ওইনা তোঙান-তোঙান্না বর্ণন তৌবা উৎপা মরম্না উল্লেখ অলঙ্কার লৈরে।

(খ) নঙদি ফজবীনি
নঙদি তাংজবীনি
পুন্সি চুপ্পা নৌজবীনি।

— সমরেন্দ্র, 'সীতা'

মফম অসিদা মৈতৈ চনূগী মরমদা কবিনা তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েংদগী তোঙান-তোঙান্না হায়রি। মরম অসিনা মসিদা উল্লেখ অলঙ্কার লৈরে।

## সহোক্তি

'লোয়ননা', 'তিন্ননা', 'পূন্না' অসিনচিংবা লোয়নবা খঙনবা ৱাহৈগী মতেং লৌদুনা ৱাহৈ অমখক্তনা থবক অনী লোয়নবগী মতৌ হায়ববু সহোক্তি[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

অপন শেরাং থাংলবা য়াইথিবসে কংসসে
থদক্তুনা খুদক্ত যশ:কীর্ত্তি লোঈননা
তাইবংঈচাউখোম্বসে ঈচেল ঈথাই লোইহল্লো !

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা 'থদক্তুনা' হায়বা ৱাহৈ অসিনা 'কংসবু হাৎপা' অমসুং 'কংসগী যশ:কীর্ত্তি মাঙহনবা' হায়বা থবক অনী মতম অমতদা পূন্না লোয়নবগী মতৌ খঙহল্লি। লোয়নবগী মতৌ খঙহনবা অসিদা 'লোঈননা' হায়বা ৱাহৈনা মতেং পাংই। মরম অসিনা মসিদা সহোক্তি অলঙ্কার লৈরে।

---

[১]সহ + উক্তি = লোয়নবগী মতৌ + হায়বা।

## বিনোক্তি

'য়াওদনা', 'লৈতনা', 'নত্তনা' অসিনচিংবা য়াওদবা খণ্ডনবা ৱাহৈগী মতেংনা পোৎশক অমগী ফিভম অতোপ্পা পোৎশক অমা য়াওদ্রবদা ফগৎপা নৎত্রগা শোকথবা উৎপবু বিনোক্তি[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

হরি নংন লৈত্রব ব্রজপুরী অসিদি
খুত্তাক লাঞ্ছি নংলবা শূণ্যপুরী তারনি।
শাৎথররোই লৈরাংশু পানথররোই হৈরাংশু।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা 'লৈত্রব' হায়বা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা শ্রীকৃষ্ণ য়াওদ্রবদা ব্রজপুরীগী ফিভম শোকচিল্লকপগী বর্ণন তৌরি। মরম অসিনা মসিদা বিনোক্তি অলঙ্কার লৈরে।

## পরিকর

করিগুম্বা ৱাফম অমা হায়বদা ফজবা হেনগৎহন্না মরৌ লৈনা বিশেষণ শীজিন্নববু পরিকর[২] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

'নোংদম ওইবা ইবুংঙো ! নংন কমদৌ হায়বগে',
পাথং নংগী কাদদা নুজা করি তমসিগে !!

— অঙাংহল, 'শিঙেন ইন্দু'

মফম অসিনা ইন্দুনা লালাবু মহাক্কী অফ-ফত্ত শীনবীবা অমতা ঙায়রবা মতেংনি হায়বগীদমক মরৌ লৈনা 'নোংদম ওইবা' হায়বা বিশেষণ অসি শীজিন্নরি। মরম অসিনা মসিদা পরিকর অলঙ্কার লৈরে।

## পরিকরাঙ্কুর

করিগুম্বা ৱাফম অমা হায়বদা ফজবা হেনগৎহন্না মরৌ লৈনা বিশেষ্য শীজিন্নববু পরিকরাঙ্কুর[৩] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

লাক্লো শান্তিগী মঙাল ! মালেম-থম্মোই হাংজরে —
ঙসিগী পুণ্য নুমিত্তা চামথোকপিরো অমোৎপা থিবিক,

---

[১]বিনোক্তি = য়াওদবগী মতৌ হায়বা। [২]পরিকর = ফজবা হেনগৎহনবা মচাক।
[৩]পরিকর + অঙ্কুর = ফজবা হেনগৎহনবা মচাক্তগী + পোকপা।

নচাশিংগী থম্মোইসে অশেংবা তীর্থ শেম্বীরো —

— সুরেন্দ্রজিৎ, 'ভক্তি অঞ্জলি'

মফম অসিদা অমোংপা কোকহল্লগা অশেংবা পুরকপা ওম্বা শান্তিগী মশক তাকপি হায়দুনা শ্রীমা সারদামণিগীদমক 'শান্তিগী মঙাল' হায়বা বিশেষ্য ব্রাহৈ মরৌ লৈনা শীজিন্নরি। মরম অসিনা মসিদা পরিকরাঙ্কুর অলঙ্কার লৈরে।

## তদগুণ

করিগুম্বা পোৎশক অমনা মশাগী গুণ থাদোক্লগা অতোপ্পা নক্লবা পোৎশক অমগী মগুণ লৌশিনবা উৎপবু তদগুণ[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

কোরৌ মঙান অকনবা নোংন পাবা চুমথোক্লে
সনায় মচু ওমজবা মোল্ল মচু ফাওরক্লে
মঙানদুনা য়েরক্লে সনা ওম্ন ওনখরে।

— অঙাংহল, 'শিঙ্গেন ইন্দু'

মফম অসিদা নুমিৎকী সনা মচু মানবা মঙালনা য়েবদা পোৎশক খুদিংমক মশা-মশাগী মচু (গুণ) থাদোক্লুনা সনা মচুগী ওনখিবা উৎপা মরম্না তদগুণ অলঙ্কার লৈরে।

## অতদগুণ

করিগুম্বা পোৎশক অমনা অতোপ্পা পোৎশক অমগা নক্লরবসু মশাগী মগুণ থাদোক্তবা উৎপবু অতদগুণ[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

ফত্তসঙ্গ তৌর'সু অন্তর্যামী নারায়ণ !
অহিং নুংথিল কাংদন ঐগী হৃদি কুঞ্জদ
হরি মন্দির লিংজব উবিব য়াই নহাক্তি।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা মথুরাগী ফত্তবা তমথীবা মীওইশিংগা নক্লরবসু অক্রূরগী থম্মোয়না অফবা মগুণ খক থাদোক্তবা উৎপা মরম্না অতদগুণ অলঙ্কার লৈরে।

---

[১]তদ + গুণ = মহাক্কী + গুণ লৌবা। [২]তদ + গুণ + অ = মহাক্কী + গুণ লৌবা + নত্তবা।

## পূর্বরূপ

করিগুম্বা পোৎশক অমনা মশাগী গুণ থাদোক্লগা অতোপ্পা নক্লবা পোৎশক অমগী মগুণ লৌরুবা থোক্লবসু অতোপ্পা অহুমশুবা পোৎশক অমগা অমুক নক্ল বদগী মশাগী হান্নগী মওঙ অদু অমুক হন্না লৌরকপা উৎপবু পূর্বরূপ[1] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

মথংংলেনগী নুংশিব গন্ধরস শুরব
অঙ্গস্পর্শ ফংবদ, চেতন মপান থোক্লবী
ভানু লাংলেন রাধিকা জ্ঞানগী মমি তারক্লে।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা কৃষ্ণ কায়নবগী ব্রাখলদগী ব্রাম্ভুরুরবী রাধিকাবু শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গস্পর্শনা হান্নগী ব্রাম্ভুদ্রিঙৈ মমাঙগী জ্ঞান তারিবী রাধিকা অদু অমুক হন্না ওইহনবা উৎলি। মরম অসিনা মসিদা পূর্বরূপ অলঙ্কার লৈরে।

## মীলিত

অমগা অমগা শাজৎ-গুণ মান্নবা মরম্না পোৎশক অনী তিন্নখিবদা খেন্নবা খঙদবা উৎপবু মীলিত[2] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

মফম অদু য়ৌরগা অমুক হন্না লাক্লরোই
পামজবা মাবু ফংলগা চৎফম অমা লৈররোই
নংশু মঙোন্দা তিনথ্রনি
তোঙান উবা ফংলরোই।

— নীলবীর শাস্ত্রী, 'তুরেল'

বর্ণন অসিদা তুরেলনা সমুদ্রদা তিনবদা পোৎশক অনীমক্কী গুণ মান্নবা মরম্না অমনা অমদগী তোঙান্দবা মতৌ উৎলি। মরম অসিনা মসিদা মীলিত অলঙ্কার লৈরে।

## উন্মীলিত

অমগা-অমগা শাজৎ-গুণ মান্নবা পোৎশক অনী অমনা অমদা তিন্নরুরবসু করিগুম্বা মরম অমদগী মখোয় অনীগী খেন্নবা খঙলকপা উৎপবু উন্মীলিত[3] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

---

[1]পূর্ব + রূপ = হান্নগী + মওঙ। [2]মীলিত = তিন্নখিবা। [3]মীলিত + উন্ = তিন্নখিবা + তোকপা।

**লৈচন চাদনা লেংবনা,**
**পরেং ওইনা লৈরিঙেদা,**
**নংগী নগুণ খংলমদে।**
**নাইতোম ওইনা তারগা**
**চেংলৌ পানবা হেনবনা,**
**চিংনা য়েংজরি মালিনা।**

— ইবোহল, 'লৈরাং অতংগী'

মফম অসিদা বর্ণন তৌরিবা লৈ-পরেংদগী নাইতোম তত্তুনা তারবী লৈরাং অসিগী গুণ অহানবদা লৈ-পরেংগী গুণদা খেন্নবা খঙদনা তিল্লন্নবসু লৈ-পরেংদগী নাইতোম হেক তাবগা লৈরাংগী মগুণ ফোঙদোরক্তুনা পোৎশক অনীগী খেন্নবদু খঙলকই। মরম অসিনা মসিদা উন্মীলিত অলঙ্কার লৈরে।

## সামান্য

মওঙ মগুণ মান্নবদগী পোৎশক (প্রস্তুত অমসুং অপ্রস্তুত) অনীগী খেন্নবা লৈতনা মান্নবা মতৌ উৎপবু সামান্য[1] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

**ঈমাগী ঈবুংঙো শকহেনবা !**
**তাইবংন কদায় মঙন কদায়;**
**মঙদ উবদো শোয়ন্রেদো।**
**খেন্নব ঈমাদি খঙদরে।**

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা মঙদা উবা ফিভমগা তাইবংদা উবা ফিভমগা মওঙ মান্নমনবদগী অনীমক্কী খেন্নবা লৈতবা মতৌ উৎপা মরম্না সামান্য অলঙ্কার লৈরে।

## য়থাসংখ্যা (ক্রম)

হান্না হায়খিবা পোৎশক্কা মতুংদা হায়রকপা পোৎশক্কা মথং-মনাও কায়দনা মরী লৈনবা উৎপবু য়থাসংখ্যা[2] নৎত্রগা ক্রম[3] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

**নীংথিবা খুথেকনি জগোই, নুংশিবা কোলোইনি চেক্লাগী —**
**উজগে তাজগে চানবিয়ু ইমা !**

— চাউবা, 'উহনবিয়ু অরোইবদা নঙগী নুংশিবা শকফমদো'

---

[1]সামান্য = (খ্বাইগী ওইবা) মান্নবা মতৌ। [2]সংখ্যা + য়থা = মথং-মনাও + কায়দবা (হান্নগী অদু ওইবা)। [3]ক্রম = মথং-মনাও।

মফম অসিদা হান্না হায়খিবা 'খূথেক' অমসুং 'কোলোই' গা মতুংদা হায়রকপা 'উজগে' অমসুং 'তাজগে' গা ৱাফম অনী-অনী অসি মথং-মনাও কায়দনা মরী লৈনরি। মরম অসিনা মসিদা যথাসংখ্যা অলঙ্কার লৈরে।

## পরিসংখ্যা

করিগুম্বা পোৎশক অমবু অতৈ মফমশিংদা লৈহন্দ্রগা অথন্নবা মফম অমখক্তদা মশীং অকক্লনা লৈহনবা উৎপবু পরিসংখ্যা[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

কখোক্লবা পুন্সিনি
পীথোক্লবা হিংবনি।
হিংলিঙৈ মতম খরদং
মালংগী শহুম লাকপদা
হৱাউনা জগোয় শাজবা
নোংদম্বা মানা পেনসনু।

— সুরেন্দ্রজিৎ, 'কৌপাম্বীগী ঈশৈ'

মফম অসিদা পুন্সিগী পান্দম শুপ্নগী কখোকপদমক ওইহল্লি অমসুং হিংবগী মরম শুপ্নগী পীথোক্লবগীদমক ওইহল্লি, অতোপ্পা ওইবা য়াবা পান্দম অমসুং মরম খুদিংমক ওইহন্দে মরম অসিনা মসিদা পরিসংখ্যা অলঙ্কার লৈরে।

## পরিবৃত্তি

কনাগুম্বা অমদা পোৎশক অমা পীব্রগা মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎশক অমা লৌশিন্দুনা পোৎ অনীদু ওন্থোক্লবা উৎপবু পরিবৃত্তি[২] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

নংতনা পিমু 'প্রেম' মঙোন্দা
মানা পিরক্কনি 'মুক্তি' নঙোন্দা।

— বীনোদিনী, 'সোমদা লাও, লম্বী তাক্নে'

মফম অসিদা 'প্রেম' গা 'মুক্তি' গা ওন্থোক্লবা উৎপা মরম্না পরিবৃত্তি অলঙ্কার লৈরে।

---

[১]সংখ্যা + পরি = মশীং + ককপা। [২]পরিবৃত্তি = ওন্থোক্লবা।

## অন্যোন্য

পোৎশক অনী মহৈ-মহৈ অমনা অমগী মরম ওইনা মরী লৈনবা উৎপবু অন্যোন্য[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

লুরে হাউব পুম্নীদ থরো থম্বাল শাৎলগ
লাইজ গুস্ন মহেম্নে লৈগী শকসু মকায়ে।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা লাইজ অমসুং লৈরাং অনীমক মহৈ-মহৈ অমনা-অমগী শক-গুণ হেনবগী মরম ওইনা মরী লৈনরি। মরম অসিনা মসিদা অন্যোন্য অলঙ্কার লৈরে।

## অনুমান

থবক্কী মরম ওইবা পোৎশক্তমক নীংথিজনা হায়বদা থবক অদু ভাবনা খঙবা গুম্লনবা উৎপবু অনুমান[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

মপুং ফারবা থাজনা
থোরকপদা ঈপান্নুংদগী
ঈপাক্ল ঈথক-হৌবগুম
ঈয়ায়দ মঙাল্ল তারগা
মঙাল্ল মহী চেন্দুনা
মায়কৈ মরি শনবগুম
দেবকীগী হকচাং পুম্বদা
মঙাল হায়দোক্লি তত্তনা।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

বর্ণন অসিদা 'দেবকীগী হকচাং পুম্বদা মঙাল হায়দোক্লি তত্তনা' হায়বা মরম অসিনা দেবকীগী হকচাংদা মঙাল নাইবা ঈশ্বরগী শক্তম অমা (শ্রীকৃষ্ণ) চঙগ্রে হায়বসি ভাবনা খঙহল্লি। মরম অসিনা মসিদা অনুমান অলঙ্কার লৈরে।

## বিচিত্র

পোৎশক অমা ফংনবগীদমক পোৎশক অদুগা ওম্নৈনবা থবক তৌবা উৎপবু বিচিত্র[৩] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

মখোয়না ঐবু নুংশিবা,
কায়ন মৈচাক খাঙবদো
লোইরোইদৌরি গোপীশিংনা,
ব্রানরিবসে নুংঙাইবা ফংনবনি।

---

[১]অন্যোন্য = অমনা অমগী। [২]অনুমান = ভাবনা খঙবা। [৩]বিচিত্র = অঙকপা।

কায়নরিবসে তিন্নবনি, কায়নদন তিন্নবা য়াদে।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা নুংঙাইবা ফংনবগীদমক অৱাবা খাঙবা অমসুং তিন্নবগীদমক কায়নবা উৎলি। মরম অসিনা মসিদা বিচিত্র অলঙ্কার লৈরে।

## ব্যাঘাত

মশানা মশাদা য়ৈখায়বা পীদুনা মরম অমতনা ওন্নতৈনবা থবক অনী থোকহনবা উৎপবু ব্যাঘাত[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

মহাদেবগী মীৎনা য়েংবদা চাকখিবা কাম মহাকপু
মখোয়না মমীৎনা য়েংবদা ঈরায় লায়না হিংহল্লি।
মহাদেববু ঙল্লিবী নুপী মখোয় অদুবু
খুরুমজরি ঐখোয়না !

— ব্রজবিহারী, 'সাহিত্যদর্পণ' (অনু)

'মীৎনা য়েংবা' হায়বা মরম অমতনা কামদেববু শিহনবা অমসুং হিংহনবা হায়বা ওন্নতৈনবা থবক অনী থোকহনবা মরম্না মফম অসিদা ব্যাঘাত অলঙ্কার লৈরে।

## আক্ষেপ

হায়নীংবা ৱাফম অমা মগুণ হেনগৎহন্নবগীদমক খর কাঙথোক্লগা মখা তানা হায়নীংদবগুম তোকখিবা উৎপবু আক্ষেপ[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

নংগী কৃপা ফংবদ ৱারী শিংবুম থরদং
নংগী চরণ খাদুদ লীজনিংঙে ননাইদি,
× × × ×
হরি নংদি ইবুংঙো, মনুং মপান উবনি
নঙোন্দবু করিবু হঙংখিনি নারায়ণ।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা নারদ মুনিনা শ্রীকৃষ্ণদা 'করিবু হঙংখিনি' হায়রগা লীজনীংবা ৱারী তোকখিবগী মওঙ অসিনা 'লীজনীংবা ৱারী পূম্নমক অসিদি নহাক্না খঙলবা

---

[১]ব্যাঘাত = য়ৈখায়বা। [২]আক্ষেপ = মনুংগী ভাব।

ঙাক্তনি' হায়বা মনুংগী ভাব ফোঙদোক্নুনা ঋাফমগী ফজবা হেনগৎহল্লি। মরম অসিনা মসিদা আক্ষেপ অলঙ্কার লৈরে।

## উত্তর

পাউখুম ওইবা করিগুম্বা ৱাঙাঙ অমগী মওঙদগী পাউখুম অদুগী ঋাহং খঙহনবা ঙম্মা উৎপবু উত্তর[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

— লৈরেন করি ঋানোদা !

কোরৌ থক্তে নহাক্না তুরকপদা নপান্দি,
তোইরে লৈরাং-ওইদরে কদায় হেকউরদগে !

— অঙাংহল, 'য়েৎথংবা লাংথবানগী লৈহাউ লৈরেন তুবা'

পীরিবা পাউখুম অসিগী মওঙদগী ওইবা য়াবা ঋাহং — চাউরবা লৈপালনা তুরবদি লায়না লৈরাং হেকপা য়াদ্রা — হায়বসি খঙবা ঙম্মী। মরম অসিনা মসিদা উত্তর অলঙ্কার লৈরে।

## উদাত্ত

করিগুম্বা ঈঙ্গিৎ খরনা করিগুম্বা পোৎশক অমগী অচৌবা মতৌ উৎপবু উদাত্ত[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

রাম-রাম শোন্দুনা মপাপ পুম্বা কোকখিদো
নামগী মগুণ উবদা ব্রহ্মা ফাওবা ঙকখিদো।

— শীতলজিৎ, 'বাল্মীকি'

মফম অসিদা রামচন্দ্রগী মিংখৈ শোনবদা রত্নাকরগী পাপ পুম্নমক কোকপা অমসুং ব্রহ্মা ফাওবনা 'নাম' গী গুণ অসিদা ঙকপা উত্তুনা শ্রীরামচন্দ্রগী অচৌবা মতৌ উৎলি। মরম অসিনা মসিদা উদাত্ত অলঙ্কার লৈরে।

## লোকোক্তি

করিগুম্বা বর্ণন অমদা পাম্বে-পাউরৌ শীজিন্নদুনা ফজবা হেনগৎহনববু লোকোক্তি[৩] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

---

[১]উত্তর = পাউখুম। [২]উদাত্ত = অচৌবা। [৩]লোকোক্তি = পাম্বে-পাউরৌ।

ঈয়াকনরে চিন্তাগী ঈপাকথক্তা,
'হা ওইজরে নুং অনিগী মরক্তা'।

— কমল, 'কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মথাক'

শৈরেং মতেক অসিদা 'নুং অনিগী মরক্তা হা ওইবা' হায়বা পাম্ভে শীজিন্নবা মরম্না লোকোক্তি অলঙ্কার লৈরে।

## অন্যোক্তি

করিগুম্বা ৱাফম অমা শাজৎ মান্নবা অতোপ্পা ৱাফম (অপ্রস্তুত) অমদা থৈজিন্দুনা মওঙ অমা ওইনা হায়ববু অন্যোক্তি[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

ৱাইদ হে খোইমু — ও ! য়েঙ্গাং মথেল চাবসে
হাউদি হাউই হাঈববু হকচাং লাঈনা পকপনে,
থিবোংলাওব হাঈদুন নোক্লমীৱা তাবনি।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

শৈরেং মতেক অসিদা কবিনা প্রেমিকা কয়ামরুম থম্বা প্রেমীবু পাউতাক অশেং-অশেং পীবগী মহৎ্তা মওঙ অমা ওইনা পাউতাক অদু শাজৎ মান্নবা খোইমুদা থৈজিন্দুনা পীরি। মরম অসিনা মসিদা অন্যোক্তি অলঙ্কার লৈরে।

## সমাধি

খঙহৌদনা লাকপা অতোপ্পা মরম অমগা তিন্নবদগী অনীংবা থবক য়াম্না লায়না পাঙথোকপা উৎপবু সমধি[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

মাগী অশাউবা কোক্লবা মখোঙদা তুগে নীংলিবা
ঐগী ঈতেং পাংবিগে হায়দুনদুম লাইবক্না
তম্না নোংনা খোংলকই।

— ব্রজবিহারী, 'সাহিত্য দর্পণ' (অনু)

মফম অসিদা খঙহৌদনা খোংলকপা নোংনা নায়কী অনীংবা থবক লায়না মহৈ য়ানবা উৎপা মরম্না সমাধি অলঙ্কার লৈরে।

[১]অন্য + উক্তি = মওঙ অমদা + হায়বা। [২]সমাধি = তিন্নবা।

## প্রত্যনীক

কনাগুম্বা মীশক অমনা চংলকপা শাজৎ অদুমক মীশক অদুদা হনবা ওমদবদগী মীশক অদুগা মরী লৈনবা অতোপ্পা অমদা শাজৎ অদু হনবা উৎপবু প্রত্যনীক[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

বিষ্ণু নারায়ণ শোনবা য়ারোই, অশোনব লৈপাক্ত লৈহল্লোই।
কংসগী জয়ত লাউহল্লু, য়াদব হাৎলু তাম্মোকউ।
কংসগী য়াথং তুং ইন্নবা, মনাইশিংনা লোইন পাওথোকখি।
অহল ওইরব মপা ফাও কৈগুম শগুদা থমজিনখি।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা কংসনা বিষ্ণুগী অবতার শ্রীকৃষ্ণবু থিদুনা মহাক্কী মাওনবা তৌবা ওন্নক্রবদা বিষ্ণু নারায়ণ শোনবা মীশকশিংবু ওৎপা উৎলি। মরম অসিনা মসিদা প্রত্যনীক অলঙ্কার লৈরে।

## ভাবিক

হৌখিবা মতম নৎত্রগা লাক্কদৌবা মতমবু হৌজিমক শং-শগু ওইরিবগুম উৎপবু ভাবিক[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

(ক) হৌখিবা মতম উৎপা —

নুংশি শাথেক মানব-ও ! পামেল তমাল কৌবা-ও !
নংন তুমিন্ন নরায় লূক্লা লৈববু কনা কায়নবগে ?
পামেল নংগী নরুমদা, থুপতুন ঐবু উহন্দনা।
নুংশিনা বাঁশী খোঙবদো, লোৎকনু কদায় উহল্লু।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা হৌব্রবা মতমগী থৌদোকপু হৌজিক্সক থোক্লিবগুম বর্ণন তৌবা মরম্না ভাবিক অলঙ্কার লৈরে।

(খ) লাক্কদৌবা মতম উৎপা —

ফিজেৎ লৈতোন চপচানা নিংথৌ মনাই মপৈন
চোং শেকপিন পে অরঙ্গি অল্লব্রার পাঈদুন

---

[১]অনীক + প্রাত = য়েক্লবগী + মীহুৎ। [২]ভাবিক = হায়নাংলুবদগী।

মাঈকৈ কোঈন থৌগল্লি, মাদু মতৌ তম্বদি
মতুং থর লৈরগ ইন্দ্রপস্থ কোনুংদ
রাজসূয় যজ্ঞদা যুধিষ্ঠির নিংথৌবু
ভীমার্জ্জুন থৌগনব মাদুতন মানখিয়ে।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা লাক্কদৌবা মতমগী থৌদোকপু হৌজিক্কক থোক্লিবগুম বর্ণন তৌবা মরম্না ভাবিক অলঙ্কার লৈরে।

## অধিক

লৈফম (আধার) গা লৈগদৌবা পোৎশক (আধেয়) গা অনীগী মরক্তা অমনা হেন্না চাউবা উৎপবু অধিক[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

(ক) লৈফম্না হেনবা —

অচৎ চত্ত পূম্বগী
আকাশ কৌব মহাক্না
খ্বাইন চঙদুন লৈবগা,
অদুন জগৎ অপূম্ব,
তুংনফম ওইবা 'তিয়ানা
খ্বাইদ চঙদুন লৈবনা
মাবু বিষ্ণু কৌনৈদো,
বিষ্ণু মঙোন্দ লৈবনি।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা পাক চাউরবা জগৎ (আধেয়) কী লৈফম ওইরিবা বিষ্ণু (আধার) না হেন্না পাক-চাউবা মতৌ উৎপা মরম্না অধিক অলঙ্কার লৈরে।

(খ) লৈগদৌবা পোৎশক্না হেনবা —

চিঙয়া লৈরেন য়াইফবী !
শিঙেন নংগী লমদমসি — কবিশিংগী মবুক্তা
পুশিনবদা চনদবা পাক চাওবা লমদমনি !!

— অঙাংহল, 'য়েৎথংবা লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন তুবা'

মফম অসিদা ঙমখৈ নাইদনা চাউবা কবিগী থম্মোয় (আধার) দগী 'শিঙেন নংগী লমদম' লাংথবান (আধেয়) না হেন্না চাউবা উৎপা মরম্না অধিক অলঙ্কার লৈরে।

---

[১]অধিক = হেনবা।

## অল্প

পিক্লবা লৈগদৌবা পোৎশক (আধেয়) তগীসু হেন্না পিকপা লৈফম (আধার) গী বর্ণন তৌববু অল্প[১] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

**মুন্নবু য়েংশিল্লবদি, উহৈ অমগী মনুংদা জগৎ পূম্ব উগনি**
**বিজ্ঞাননা থবক্ল উহল্লি, জ্ঞান ভক্তিন থম্মোইদা !**

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

'উহৈ' হায়বসি জগৎকী মনুংদা লৈবা পিক্লবা পোৎশক (আধেয়) অমনি, অদুবু মফম অসিদা উহৈদগীসু হেন্না পিক্লা জগৎ (আধার) বু উৎপা মরম্না অল্প অলঙ্কার লৈরে।

## সমুচ্চয়

থবক অমা পাঙথোক্লবগীদমক মরম অমখক্তনা মতিক অদুম চারবসু মরম কয়ামরুম পূন্না খোমজিন্দুনা হায়ববু সমুচ্চয়[২] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

**কৎল-দানগা ওইবনা হন্ন হৌনদবগা,**
**তাংনা শাৎপা ওইবগী ফংঙমদবা ওইবগা,**
**মংদা খুনবা মনিবু তাইবং ফাওনা পায়বদা,**
**মপুই-মনা কৌবগী ওক্লে ফীগাও নুংদুদা।**

— অঙাংহল, 'শিঙ্গেন ইন্দু'

মফম অসিদা নিংথৌন পীনরিবা পোৎশক লৌনবগী মরম মরি অসিগী মনুংদা অমতনসু অদুম মতিক চারবদা মরম ময়াম অসি পূন্না খোমজিন্দুনা হায়রি। মরম অসিনা মসিদা সমুচ্চয় অলঙ্কার লৈরে।

## সূক্ষ্ম

করিগুম্বা ৱাফম অমা কূপ্পবা মীৎয়েং-নায়েং, ঈঙ্গিৎনচিংবনা লোন্না ফোঙদোকপা উৎপবু সূক্ষ্ম[৩] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

**মুরুম্বা মীৎচি মীৎলৈনা।**
**মতম খংনিংলে খংলবী।**

---

[১]অল্প = অপিকপা। [২]সমুচ্চয় = পূন্না খোমজিনবা। [৩]সূক্ষ্ম = অকুপ্পা।

খুৎতা পাইবা লৈরাং থম্বাল।
মোমোন নোক্লুনা উমশিনখ্রে॥

— গোকুল শাস্ত্রী, 'সাহিত্য মিংশেল'

মফম অসিদা নায়িকানা মহাক্কী নায়ক্তা উন্নগদবা মতম থম্বাল উমশিনবগী কৃপ্পবা ঈঙ্গিৎনা লোন্না ফোঙদোক্লি। থম্বাল উমশিনহনবনা থম্বাল শাত্তবা পৃংজা হায়বদি অহিংবু ঈঙ্গিৎনা ফোঙদোকই। মরম অসিনা মসিদা সূক্ষ্ম অলঙ্কার লৈরে।

## সম

অমগা অমগা চুনবা ৱাফম অনী পুন্না লৈমিন্নবা উৎপবু সম[১] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

মপান্দগী হেন্ন মুরম্মনি মনুংদা
কৃষ্ণ নহাকসিদি শোয়দনা
নৎত্রদি নুংশি তেম্না পান্নবী
চণ্ডজরিবীদা মীনস্নি করম্না।

— ভগীরথ, 'গীতগোবিন্দম্' (অনু)

মফম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী লৌনম হৈবা মতৌ উৎনবগীদমক মপাম্ছোংগী অমুবা কুচু অমসুং থম্মোয়গী অমুবা কুচু অনীবু অমগা অমগা চুনবা ওইবা পুন্না উৎলি। মরম অসিনা মসিদা সম অলঙ্কার লৈরে।

[অলঙ্কার অসি বিষম অলঙ্কারগা ওন্ন-তৈনবনি।]

## নিশ্চয়

উপমানবু অশেংবা নত্তে হায়না লোৎশিল্লগা উপমেয়বু অশেংবা ওইনা পুথোকপবু নিশ্চয়[২] অলঙ্কার কৌই। খুদম :—

ঈয়াউখোনগুম তারিবা বৈদেহগী মবুঁঙো,
নত্তে ঈপাক ঈওনবা — রক্ষলালোই লালাউনি।

— মীনকেতন, 'মেঘনাদবধ কাব্য' (অনু)

---

[১]সম = চুনবা মরী। [২]নিশ্চয় = অরেপ্পা।

মফম অসিদা উপমেয় ওইরিবা 'রক্তালোইশ্ লালাউ' বু অশেংবনি, 'ঈপাক-ঈওনবা' গী মখোল (উপমান) নত্তে হায়না উংলি। মরম অসিনা মসিদা নিশ্চয় অলঙ্কার লৈরে।

[অলঙ্কার অসি অপহ্নুতি অলঙ্কারগা ওয়ত্তেনবনি।]

## বিশেষ

লৈফম (আধার) য়াওদনা পোৎশক (আধেয়) লৈবা উৎপবু নৎত্রগা পোৎশক অমত্তনা মতম অমতদা মফম কয়ামরুমদা লৈবা উৎপবু বিশেষ¹ অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

(ক) লৈফম য়াওদনা পোৎশক লৈবা —

চৎগ্রে গুসি কদাইদা
মমিত্তা উরম্বা নোংগী মপে ?
অদুবু মাওগনি কদাইদা
মহাক্লা থা-রম্বা মেঘদূত ?

— বলজিৎ, 'অমর কবিতা'

কালিদাসকী যক্ষনা উরম্বা নোংগী মপে অদু অমুক হন্না লৈথিদ্রবসু মহাক্লা থারম্বা 'মেঘদূত' কী পাউজেল অদুদি মাওবা লৈতবা উৎপা মরম্না মথক্কী খূদম অসিদা বিশেষ অলঙ্কার লৈরে।

(খ) পোৎশক অমত্তনা মতম অমতদা মফম কয়াদা লৈবা —

| | |
|---|---|
| মৈ-ঈশিং নুংশিৎ লৈপাক, | অতিয়া বুদ্ধি পুক্লিংদা |
| নিপাল গুবদা আন্নানা ওইবা, | বসু মখল নিপান্দা |
| গান্দুনা লৈবনা বাসুদেব, | ওইজুনা গাক্ত লৈবও ! |

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণনা মতম অমতদা মফম নিপান্দা গান্দুনা লৈবা উৎলি। মরম অসিনা মসিদা বিশেষ অলঙ্কার লৈরে।

---

¹বিশেষ = থোইদোকপা।

## বিকল্প

মসি ওইগনি নৎত্রগা মদু ওইগনি হায়বগী মওঙদা বর্ণন তৌববু বিকল্প[1] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

য়েংউ উদ্ধব ! করি পাউবু, তম্মুগদগে কৃষ্ণদা ?
পাউ পুবা লাকপরা ? অরাবা পীব লাকপরা ?
মথুপুরদগী লাকপবু ওইরবদি, অরাব অমদি মপীরম্লে।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা পাউ পুবা লাকপা অমা নৎত্রগা গোপীশিংবু অরাবা পীবা লাকপা অমা, অনী অসিগী মনুংদা অমা শোয়দনা ওইবগী মওঙ উৎপা মরম্না বিকল্প অলঙ্কার লৈরে।

## বিষাদ

নীংজবা মহৈ অদুগা ওন্নতৈনবা মহৈ ফংবা উৎপবু বিষাদ[2] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

হজিক্তি থদৎপা ঙমদ্রবা
য়োত্নিং
ইখুৎমক্না শাখিবা
ঐবু পুন্দুনা থম্বীরে।

— বেদজিৎ, 'ঐহাক বন্দীনি'

মফম অসিদা নীংজবগা ওন্নতৈনবা মহৈ ফংবা উৎপা মরম্না বিষাদ অলঙ্কার লৈরে।

## প্রহর্ষণ

নীংজবা মহৈ অদু থোইদোক্না হোৎনরুবা লৈতনা কোম্না ফংবা উৎপবু প্রহর্ষণ[3] অলঙ্কার কৌই। খূদম :—

বেদ শাস্ত্র বিজ্ঞাননা, হ্লানা ফংঙবা পোৎশঙো,
জগৎ পুম্বা অমত ওইবা, মঙোন্দা উবগী নুংঙাইবদো

---

[1]বিকল্প = মসি নৎত্রগা মদু। [2]বিষাদ = অরাবা (ওন্ন-তৈন্নবদগী)। [3]প্রহর্ষণ = নুংঙাইবা।

মাবু কায়ন মৈচাক্লা, মিৎলু ঈয়া চেঙ্গবদো
লায়ন প্রেম ভক্তিতনা ব্রজ গোপীনা ফংঙ্ডিদো।

— কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

জগৎকী পোৎশক খুদিংমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু উবা ঙম্বগী ফংবদা ব্বারবা আধ্যাত্ম-জ্ঞান অদু ব্রজ গোপীশিংনা লায়না ফংবা উৎপা মরম্না মথক্কী খৃদম অসিদা প্রহর্ষণ অলঙ্কার লৈরে।

## বিধি

খ্বাইনা য়ানরবা ব্বাফম অমবু করিগুম্বা অখন্নবা মরম অমদগী অমুক হন্না প্রমাণ পীদুনা চুম্বা উৎপবু বিধি[১] অলঙ্কার কৌই। খৃদম :—

হে খৃৎ য়েৎথংব-ও ! নঙনা শিপ্রবা ব্রাহ্মণ —
মচা হিংননবগী তপ তৌরিবা শূদ্রদা
থাঙনা য়াম্লু নহাক্তি ঐহাক মক্কী ইশানি —
অরূম্বনা গর্ভগী ব্রাজরবী সীতাবু
বনদা থাবা ঙন্নিবা — নঙোন্দা দয়া লৈব্রা ?

— ব্রজবিহারী, 'উত্তররামচরিতম্' (অনু)

মফম অসিদা য়েৎথংবা খৃৎ অদু রামগীনি হায়বসি খ্বাইনা য়ানরবা ব্বাফম অমনি। অদুবু মীনুংশি য়াওদবা খৃৎনি হায়বা তাক্লবগীদমক গর্ভবতী ওইরবী মরাল লৈজদবী সীতাবু বন্দা হুন্দোকপা ঙম্বা রাম অদুমক্কী খৃৎনি হায়না অমুক হন্না প্রমাণ তৌবা মরম্না বিধি অলঙ্কার লৈরে।

## লেশ

মচেৎ ওইনা গুণদা দোষ নৎত্রগা দোষতা গুণগী কল্পনা তৌবা উৎপবু লেশ[২] অলঙ্কার কৌই। খৃদম :—

শিবনা হেন্না ফরে ঐদি পঙলবী
কামদ্রবা হকচাং পুরবী।
করম থাঙলসিগে অসীঙম্বা
কায়ন-মৈচাকপু থাঙঙমদ্রবা।

— ভগীরথ, 'গীতগোবিন্দম্' (অনু)

---

[১]বিধি = য়াবা। [২]লেশ = মচেৎ।

শিবা হায়বা দোৱতা কায়ন-মৈচাক কোকহনবা ওস্বগী গুণ কল্পনা তৌবা মরম্লা মথক্কী খুদম অসিদা লেশ অলঙ্কার লৈরে।

### উভয়ালঙ্কার

অনী নৎত্রগা অনীদগী হেনবা অলঙ্কারশিং পুম্না লৈমিন্নববু উভয়ালঙ্কার[১] কৌই। মসিদা অলঙ্কার অনীমক অদু শব্দালঙ্কার ওইবা য়াই, অনীমক অর্থালঙ্কার ওইবা য়াই, নৎত্রগা অমনা শব্দালঙ্কার অমনা অর্থালঙ্কার ওইবা য়াই। উভয়ালঙ্কারগী মখল অনী শুই :—

(১) সংসৃষ্টি অমসুং (২) সঙ্কর।

### (১) সংসৃষ্টি

কাব্যগী করিগুম্বা শরুক অমদা অলঙ্কার অমদগী হেনবনা চেঙ-খোইদিং তিন্নবগুম অমগা অমগা থোইদোকপা মরী লৈনদনা তিন্নরবদি মদুবু সংসৃষ্টি[২] উভয়ালঙ্কার কৌই। খুদম :—

মলয়া নুংশিং নামিবনা
মালেম থুংনা হুন্নকপদা
খাইন মৈরী হেল্লিদা !

— চাউবা, 'পি-থাদোই'

শৈরেং মতেক অসিগী 'নুংশিং নামিবনা' দা হেকানুপ্রাস অমসুং 'খাইন মৈরী' দা নিরঙ্গ রূপক অলঙ্কার লৈরে। অলঙ্কার অনী অসি চেঙ-খোইদিং তিন্নবগুম অমনা অমদগী চোইনা ময়েক শেংনা-শেংনা য়াওবা মরম্লা মসিদা সংসৃষ্টি উভয়ালঙ্কার লৈরে।

### (২) সঙ্কর

কাব্যগী করিগুম্বা শরুক অমদা অলঙ্কার অনী নৎত্রগা অনীদগী হেনবনা ঈশিং-শঙ্গোম তিন্নবগুম অমনা অমদা মপুং কানা তিনশিন্নরবদি মদুবু সঙ্কর[৩] উভয়ালঙ্কার কৌই। খুদম :—

---

[১]উভয় + অলঙ্কার = অনী (তিনবা) + অলঙ্কার। [২]সংসৃষ্টি = চুম্না তিনশিন্নবা। [৩]সঙ্কর = য়াম্না তিনশিন্নবা।

লিকলাওমনা থমনাথক্তা পকপা
পূনশি তয়াংতশোইবা
থমনা খেঙ্লোংনা ওামথবা মতমদা
তিনজগে নংগী পুকনিং পুম্বীদা।

— কমল, 'নির্জ্জনতা'

শৈরেং মতেক অসিগী 'পুকনিং পুম্বী' দা ছেকানুপ্রাস অমসুং নিরঙ্গ রূপক অলঙ্কার অনীনা ঈশিং-শঙ্গোম তিন্নবগুম অমনা অমদগী খাইদোকপা য়াদবমখৈ পূম্না লৈমিন্নরি। মরম অসিনা মসিদা সঙ্কর উভয়ালঙ্কার লৈরে।

## অলঙ্কারশিংগী খেন্নবা

১। **শব্দশ্লেষ অমসুং অর্থশ্লেষ** —

**শব্দশ্লেষ** অখন্নবা ৱাহৈদা য়াওবা অলঙ্কারনি। অর্থ অনী থোকপা অখন্নবা ৱাহৈ অদু হেক হোংদোকপদা শ্লেষ অদু মাঙখিগনি।

**অর্থশ্লেষ** তি অখন্নবা ৱাহৈগী মখা পোন্দে, অর্থগী মখা পোল্লি। অর্থ অনী থোকপা অখন্নবা ৱাহৈদি লৈরবসু ৱাহৈ অদুগা অর্থ মান্নবা অতোপ্পা ৱাহৈ অমা শীজিন্নবদা শ্লেষ অদু অদুম হান্নগুম লৈগনি। অর্থ অদু হোংদ্রিমখৈ ৱাহৈ হোংবগী অকায়বা লৈতে।

২। **উপমা, রূপক, উৎপ্রেক্ষা, অতিশয়োক্তি, ভ্রান্তিমান, সন্দেহ, সমাসোক্তি অমসুং অপ্রস্তুত প্রশংসা** —

**উপমা** দা উপমেয় উপমান অনীমক পল্লি। অনী অদু মান্নে হায়বতমক উৎলি। মান্নবা মতৌ অদু মান্নবা খঙনবা ৱাহৈনা ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। চাংদম্নবদা উপমেয়না মরু ওই। মান্নবা মতৌ অদু খ্বাইনা খঙনবা খ্বাইনা তৌনবা প্রমাণনি। মরম অসিনা ৱারেংদা তোপতোপ্পা বিশেষণনচিংবা হাপ্লদে।

**রূপক** তা উপমেয় উপমান অনীমক পল্লি। অনী অদু তোঙান-তোঙানবা পোৎ ওাক্তা ওইরবসু মান্নমনবদগী অমত্তা ওইবগুম কল্পনা তৌই। মসিদা অনীগী মান্নবা ফোঙদোকপা ৱাহৈ য়াওদে, মান্নবগী মতৌ অদু কোইনা খঙনৈ। চাংদম্নবদা উপমান্না মরু ওই। উপমান্না মহাক্কী শাজং অমসুং গুণ পূম্নমক উপমেয়দা হাপচিল্লি অমসুং উপমেয়বু পূমকুপ কুপশিল্লি।

**উৎপ্রেক্ষা** দা উপমেয় উপমান অনীমক পল্লি। উপমেয়বু উপমান ওইরমান্নে হায়না কল্পনানা নমদুনা পুশিল্লকপনি। মান্নবা মতৌ অদু উৎপদা নমদুনা মান্নহনবা খঙনবা ৱাহৈ 'গুম্মি', 'মাল্লি', 'মতৌমক্লি' অসিনচিংবা ময়েক শেংনা শীজিন্নে। চাংদম্নবদা উপমেয়না মরু ওই। উপমানগী শক্তম ময়েক শেংদে। মান্নবা মতৌ অদু খ্বাইনা খঙনবা খ্বাইনা তৌনবা প্রমাণ নত্তে, তোপ-তোপ্না কবিগী কল্পনানা পুথোকপনি। মরম অদুনা তোপ-তোপ্না মান্নবগী মতৌ অদু ময়েক শেংহন্নবগীদমক মান্নবা অদু উৎত্রিঙৈগী মমাঙদা অয়াম্বা মতমদা বিশেষণ ওইবা ৱারেংশিং হাপ্লে।

**অতিশয়োক্তি** দা উপমেয় মহৌশানা পন্দে, উপামনতমক পল্লি। উপমান্না উপমেয়বু পূময়োৎ য়োৎলি হায়বদি উপমেয়বু উপমান্নি হায়না লৌই। উপমান্না মরু ওই।

**ভ্রান্তিমান** দা উপমেয় উপমান অনীমক পল্লি। অদুবু অনী অদু তোপতোপ্না পোৎশক ঙাক্তনি হায়বগী ৱাখল লৈতে। উপমেয়বু উপমান্নি হায়না শেরান্নবা লৌই।

**সন্দেহ** দা উপমেয় উপমান অনীমক পল্লি। উপমেয়বু উপমানলা হায়না চিংনৈ, মান্নি হায়দুনা শেরান্নবা লৌবমক্তি তৌদে। উপমেয় উপমান অনীমক মপাঙ্গল চপ মান্নে, হায়বদি অনীমক মরু ওই।

**সমাসোক্তি** দা উপমেয়তবু পল্লি, উপমান পন্দে। উপমেয়গী বর্ণননা উপমানবু খঙনহল্লি। উপমেয়না উপমানগী শাজৎ অমসুং গুণ পূম্নমক লৌই, অদুমকপু থাঙ্গৈশেংনমক উপমেয়বু উপমান ওইহনবদি নত্তে।

**অপ্রস্তুতপ্রশংসা** দা অপ্রস্তুত (উপমান) তমক পল্লি, প্রস্তুত (উপমেয়) পন্দে। অপ্রস্তুতকী বর্ণননা প্রস্তুতপু খঙনহল্লি। অপ্রস্তুতকী বর্ণন অদু ওইথোকপা য়াবা মওঙদা লৈ।

**৩। দৃষ্টান্ত, প্রতিবস্তূপমা, অর্থান্তরন্যাস, উদাহরণ অমসুং নিদর্শনা –**

**দৃষ্টান্ত** দা উপমান অমসুং উপমেয় বাক্য অমমমদা লৈ। বাক্য অনী অদু চাউরাক্না অহানবা য়েংবদা মরী লৈনবা বাক্যশিং নত্তে। বাক্য অনী অদুগী সাধারণ ধর্ম্মশিং তোঙান-তোঙাল্লি। ধর্ম্মশিং অদু অর্থ মান্নদবা তোঙান-তোঙানবা ৱাহৈ অমমম্না পল্লি। তোঙান-তোঙাল্লবসু ধর্ম্ম অনী অদুদা কুপ্না খঙ্গিল্লবদি মান্নবগী মতৌ অমদি

লৈ। মান্নবা মতৌ অদুদা 'বিম্বপ্রতিবিম্বভাব' (অমনা অমদা মমি তাবগী মওঙ) লৈ। মান্নবগী মতৌ অসি বাক্য অনী অদুনা মপূং কারবা মতুংদা ৱাখল তৌরগা খঙলকই। বাক্য অনীমক অদু পূন্না বিশেষ (অখন্নবা ৱাফম) ওই নৎত্রগা পূন্না সামান্য (ময়ামগী ওইবা ৱাফম) ওই।

প্রতিবস্তূপমা দা উপমান অমসুং উপমেয় বাক্য অমমমদা লৈ। অনীমক্কী ধর্ম্ম অমতনি। ধর্ম্ম অমখক্তং অসিবু অনীরক হন্না অর্থ মান্নবা তোঙানবা ৱাহৈ অমময়া পল্লি। মরম অদুনা মসিদা 'বস্তুপ্রতিবস্তুভাব' (তোঙানবা ৱাহৈশিংনা ফোঙদোক্লবসু অমগা অমগা মান্নবা অমতা ওইবা পোৎশক্কী মওঙ) লৈ। প্রতিবস্তূপমাদা মান্নবগী মতৌ অদু বাক্য অনীনা মপূং ফাদ্রিবঁদা খঙই। বাক্য অনীমক পূন্না বিশেষ নৎত্রগা পূন্না সামান্য ওই।

অর্থান্তরন্যাস তা বাক্য অনী অদু অমনা সামান্য ওই অমনা বিশেষ ওই নৎত্রগা অমনা কার্য্য (থবক) ওই অমনা কারণ (মরম) ওই। মসিদা বস্তুপ্রতিবস্তুভাব লৈতে, বিম্বপ্রতিবিম্বভাবসু লৈতে।

উদাহরণ গী অহানবা বাক্যদা 'গুম', 'গুন্না' অসিনচিংবা খুদম তাকপা খঙনবা ৱাহৈ শীজিন্নৈ। বাক্য অমনা অমবু শৌগৎপগী ভাব নত্তে।

নিদর্শনা দা উপমেয় বাক্য অমসুং উপমান বাক্য অনীমক অমগা অমগা মরী লৈনৈ মরমদি উপমেয় বাক্যদা উপমান বাক্যগী অর্থ থাঙৎলি। মান্নবগী মতৌ অদু খঙহন্দ্রিবা ফাওবা ভাব মপূং ফাদে। বাক্য লোইফাৎত্রিবঁদা নৎত্রগা লোইবগা লোয়ন-লোয়ননা মান্নবগী মতৌ খঙবা ঙম্মী। মসিদা মপূং ফাবা বাক্য অমখক্তমক লৈ।

৪। অর্থান্তরন্যাস অমসুং কাব্যলিঙ্গ –

অর্থান্তরন্যাস তা ৱারেং অমবু শৌগৎনবগীদমক কারণ (মরম) খঙনবা অতোপ্পা ৱারেং অমা পুশিল্লকপা নত্তে। ৱারেং অনী শুবদি চুন্না অর্থশিংদা সামান্য-বিশেষ ওইবা মওঙগী মান্নবা মরী অমা লৈহনবতনি।

কাব্যলিঙ্গ দা ৱারেং অমগী অর্থ শৌগৎনবগীদমক কারণ (মরম) খঙনবা অতোপ্পা ৱারেং অমগী অর্থ পুশিল্লকই।

# শব্দ-শক্তি

## পরিভাষা

কাব্যদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ খুদিংমক অর্থ শাগোন্নবা ঙাক্তনি। কাব্যদা অর্থ য়াওদবা ৱাহৈ খক শীজিন্নদে। ৱাহৈগী অর্থ হায়বা অসিসু মতম পূন্নমক্তা চপ মান্নবা লৈতে। মতাঙ-মতাঙগী মতুংইন্না ৱাহৈ অমতনা তোঙান-তোঙানবা অর্থ চেল্লি। খুদম ওইনা 'মণিপুরগী জঙ্গলদা নোংশা ফংদে' হায়বদা 'নোংশা' গী অর্থ মখোঙ মরি পানবা শা মখল অমনি। অমুক 'টিকেন্দ্রজীৎ মণিপুরগী নোংশানি' হায়রবদি 'নোংশা' গী অর্থ মফম অসিদা 'মখোঙ মরি পানবা শা মখল অমা' ওইবগী মহুত্তা, 'নোংশাগুম মথৌনা লৈবা মীশক অমা' ওইরগনি। মতৌ অসুম্না –

ৱাহৈ অমগী মশাদা চেল্লিবা তোঙান-তোঙানবা অর্থ ফোঙদোক্লবগী পাম্বৈ ওইবা মপাঙ্গল অদুবু শব্দ-শক্তি[১] হায়না খঙনৈ।

### শব্দ-শক্তিগী মখল

শব্দ-শক্তিগী মখল অহুম শুই :– (১) অভিধা শক্তি, (২) লক্ষণা শক্তি অমসুং (৩) ব্যঞ্জনা শক্তি। শব্দ-শক্তি অহুম অসিদগী মথংশিংনা ৱাহৈগী অর্থ অহুম থোকই :– (১) বাচ্যার্থ[২], (২) লক্ষ্যার্থ অমসুং (৩) ব্যঙ্গ্যার্থ[৩]। অর্থ অহুম থোকহল্লিবা ৱাহৈশিংবু মথংশিংনা (১) বাচক শব্দ, (২) লক্ষক শব্দ অমসুং (৩) ব্যঞ্জক শব্দ হায়না খঙনৈ।

### অভিধা শক্তি

করিগুম্বা ৱাহৈ অমগী শ্বাইনা তোয়না শীজিন্নবা মপূং ওইবা[৪], মিং খঙনবা অর্থ ফোঙদোকহল্লিবা শব্দ-শক্তি অদুবু অভিধা[৫] শক্তি কৌই। খুদম :–

---

[১]শব্দ + শক্তি = ৱাহৈগী + মপাঙ্গল। [২]মসিবু সাঙ্কেতিক অর্থ হায়নসু খঙনৈ। [৩]মসিবু ধ্বন্যার্থ, সূচ্যার্থ, আক্ষেপার্থ নৎত্রগা প্রতীয়মানার্থ হায়নসু খঙনৈ। [৪]মপূংওইবা = গ্রামার, ডিক্সনারীনচিংবদা য়াওবা। [৫]অভিধা = মিং।

**মৈতৈগী ঈপাক্লি মাংদা গুল্লিবা**

**ঐখোইগী লোক-তাক হায়বসে।**

— চাউবা, 'লোক্তাক'

মফম অসিদা ৱাহৈ অমমমগী মশা-মশাগী ওইবা অর্থ অমমমতমক লৈরে, অতোপ্পা অনীশুবা অর্থ লৈতে। খুদম ওইনা :— মৈতৈ = জাতি অমগী মিং, লোক-তাক = পাৎ অমগী মিং, ঐখোয় = মী-কাঙলুপ খঙনবা মিং। মরম অসিনা মসিদা অর্থ খুদিংমক অভিধা শক্তিনা লৌরি।

## লক্ষণা শক্তি

অভিধা শক্তিনা ফংবা ৱাহৈগী মপূং ওইবা অর্থ (বাচ্যার্থ) লৌশিনবতনা য়ারক্তবা মরমদগী অর্থ অদুগা মরী লৈনবা, চৎনবী নৎত্রগা মতাংগী মতুং ইনবা অতোপ্পা, খ্বাইনা খঙনবা অর্থ অমা ফোঙদোকহল্লিবা শব্দ-শক্তি অদুবু লক্ষণা[1] শক্তি কৌই। লক্ষণা শক্তিনা ফংবা লক্ষ্যার্থ অদু লৈবাক্কী চৎনবী, কবিশিংগী চৎনবী নৎত্রগা অখন্নবা মরম অমগী মতুং ইল্লি। খুদম :—

**মৈতৈ অকল-অথৌনা পুন্সি তুমখুল তানখিবা,**
**ঈরিক পিরিক অশেংবা মফমসিদা খিকখিবা।**

— নীলবীর শাস্ত্রী, 'তর্পণ কৎপা'

'পুন্সি' হায়বসি তাইবং মীগুম তূম্বা ওম্বা জীব নত্তে। মরম অসিনা 'পুন্সি' তুমখুল তানখিবা' হায়রগা ৱাহৈশিং অসিগী বাচ্যার্থ 'পুন্সিনা তূমখিবা' হায়না লৌনদে, 'শিবা' হায়বা অতোপ্পা অর্থ অমা লৌনৈ। হায়রিবা অতোপ্পা— অকোনবদা থঙথরকপা—অর্থ (লক্ষ্যার্থ) অসি বাচ্যার্থ অসিগা মরী লৈননা কবিশিংনা মহৌশাদগী চৎনরক্লবা, খ্বাইনা খঙনবা অর্থনি।

লক্ষ্যার্থ ফংবা ফাওবদা তাক্কক অহুম চঙই :— (১) ৱাহৈগী মপূং ওইবা বাচ্যার্থ অদুদা অপনবা লৈবা (হায়বদি, বাচ্যার্থতনা ভাব মপূং ফাদবা), (২) মপূং ওইবা বাচ্যার্থ অদুগা মপূং ওইদবা লক্ষ্যার্থগা মরী লৈনবা অমসুং (৩) চৎনবী (রূঢ়ি) নৎত্রগা অখন্নবা মরম (প্রয়োজন) অমনা লক্ষ্যার্থ অদু ওইহনবা।

লক্ষণাগী মখল অনী লৈ :— (১) রূঢ়ি লক্ষণা অমসুং (২) প্রয়োজনবতী লক্ষণা।

---

[1]লক্ষণা = শকখঙ খুদম্মা ওইবা।

## (১) রূঢ়ি লক্ষণা

ৱাহে অমগী লক্ষ্যার্থ লৌবদা কবিশিংগী নংত্রগা লৈবাক্কী চংনবীনা পাম্বৈ ওইরবদি মদুবু রূঢ়ি[১] লক্ষণা কৌই। খূদম :—

(য়েংউ : 'লক্ষণা শক্তি' গী খূদম/লা: ৯৩)

রূঢ়ি লক্ষণাগী মখল অনী লৈ :— (ক) গৌণী অমসুং (খ) শুদ্ধা।

### (ক) গৌণী রূঢ়ি লক্ষণা

থোইদোকপা গুণ অমগীদমক রূঢ়ি লক্ষণা ওইরবদি অদুবু গৌণী[২] রূঢ়ি লক্ষণা কৌই। খূদম :—

**লম্রেন লৈতেং শাগৎপ পুক্সীং হুন ফজব**
**কৃষ্ণগীদি পামজব বৃন্দা কৌব লমদম্নে।**

— দয়েন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

'পুক্সীং হুন' হায়রগা পোৎ-চৈ হূরানবগুম 'পুক্সীংবু হূরান্দুনা' হায়বা বাচ্যার্থ লৌনদে; মদুগী মহুত্তা 'নীংথিনা' হায়বা লক্ষ্যার্থ অসি লৌনৈ। লক্ষ্যার্থ অসি লৈবাক্কী ওইনা চংনৈ, গুণ খঙনৈ।

### (খ) শুদ্ধা রূঢ়ি লক্ষণা

থোইদোকপা গুণ খঙনবা নত্তবা অতোপ্পা মরম অমদগী রূঢ়ি লক্ষণা ওইরবদি মদুবু শুদ্ধা[৩] রূঢ়ি লক্ষণা কৌই। খূদম :—

**থোকপ্রে মঙাল কবিগী সুরদগী —**
**পীগ্রে পাঙল মহাক্কী কলমদগী।**

— সুরেন্দ্রজিৎ, 'বাঁশীগী থম্মোই ঈহৌরো'

মফম অসিদা 'কলম' ৱাহেগী অর্থ 'লাইরিক ইবদা শীজিন্নবা খুৎলাই অমা' ওইনা লৌবা য়াদবদগী কবি-পরম্পরাগী চংনবী মতুং ইন্না লক্ষ্যার্থ 'কাব্য' ওইনা লৌরি। লক্ষ্যার্থ অসি গুণ খঙনবা নত্তে, পোৎলম-পোখোক খঙনবা অথনি।

---

[১]রূঢ়ি = চংনবী ওইবা। [২]গৌণী = গুণগী ওইবা। [৩]শুদ্ধা = অশেংবা।

## (২) প্রয়োজনবতী লক্ষণা

ৱাহৈ অমগী লক্ষ্যার্থ লৌবদা থোইদোকপা মরম অমনা পাম্বৈ ওইরবদি মদুবু প্রয়োজনবতী[১] লক্ষণা কৌই। খুদম :—

বীরেন্দ্র টিকেন্দ্র নোংশারেন নপারী।
ভারতকী পুয়াদ মমিংদো শোন্নরি।।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'ইরৈপাক'

টিকেন্দ্রজীৎনা নোংশা কৌবা জীব অদু ওইবা য়াদবা মরম্না মফম অসিদা 'নোংশা' ৱাহৈগী 'য়াম্না থৌনাফবা' হায়বা লক্ষ্যার্থ লৌরি। ৱাহৈ অসি টিকেন্দ্রজীৎকী মথৌনা থাগৎনীংবগী থোইদোকপা মরম অমদগী শীজিন্নরকপনি। মরম অসিনা মসিদা প্রয়োজনবতী লক্ষণা লৈরে।

প্রয়োজনবতী লক্ষণাগী মখল অনী শুই :— (ক) গৌণী অমসুং (খ) শুদ্ধা।

### (ক) গৌণী প্রয়োজনবতী লক্ষণা

থোইদোকপা গুণ অমগীদমক প্রয়োজনবতী লক্ষণা ওইরবদি মদুবু গৌণী প্রয়োজনবতী লক্ষণা কৌই। খুদম :—

ঈপাক্তা কোম্নোল তাকপগুম
পুন্সিগী ঈপাক থম্লিদা
তাক্লনি।

— চাউবা, 'ইঙেল্লৈ'

মীওইবগী পুন্সিনা ঈশিং ওন্দুনা সমুদ্র ঈপাক ওইবা য়াদে। মরম অসিনা 'ঈপাক' কী বাচ্যার্থ 'সমুদ্র' হায়না লৌদদুনা মফম অসিদা লক্ষ্যার্থ 'ঈপাক্তুম ঙমখৈ নাইদবা' হায়না লৌগনি। মসিদা লক্ষ্যার্থ অসি পুন্সিগী গুণ ফোঙদোক্লবা ওইনা লাক্লি।

গৌণী প্রয়োজনবতী লক্ষণাগী মখল অনী লৈ :— (অ) সারোপা, (আ) সাধ্যবসানা।

---

[১]প্রয়োজনবতী = মরমগী ওইবা।

## (অ) সারোপা গৌণী প্রয়োজনবতী লক্ষণা

মান্নবা গুণনা মরম ওইনা থঙজিন্দুনা করিগুম্বা পোৎশক অমবু অতোপ্পা পোৎশক অমনি হায়না লৌবা প্রয়োজনবতী লক্ষণা অদুবু সারোপা[১] গৌণী প্রয়োজনবতী লক্ষণা কৌই। খুদম :—

বসন্ত লৈকোন য়েংলুবদা
চিংন-পরৈ লৈদুনা
ঐগী থম্মোয় ঋাহল্লে।

— কাংজম ইবোহল, 'বসন্ত লৈকোল য়েংলুবদা'

বসন্তনা 'লৈকোন' ওইবা অমসুং চিংনবনা 'পরৈ' ওইবা ওইথোক্তে। মরম অদুনা লক্ষণা শক্তিনা 'লৈকোন' গী অর্থ 'লৈকোনগুম মখল মখাগী ফজবনা তিনবা' অমসুং 'পরৈ' গী অর্থ 'পরৈগুম হন্না-হন্না লৈশিনবা' হায়না লৌগনি। অর্থশিং অসি প্রয়োজন্না পান্বে ওইদুনা লৌবনি, গুণ খঙনবা অর্থশিংনি। গুণশিং অসি থঙজিন্দুনা বসন্তবু লৈকোল ওইনা অমসুং চিংনববু পরৈ ওইনা লৌরি।

## (আ) সাধ্যবসানা গৌণী প্রয়োজনবতী লক্ষণা

মান্নবা গুণনা মরম ওইনা থঙজিন্দুনা করিগুম্বা পোৎশক অমবু অতোপ্পা পোৎশক অমনি হায়না লৌহনবা মতমদা থঙজিনবগী প্রমাণ ওইনা শীজিন্নরিবা অতোপ্পা পোৎশক (উপমান[২]) অদুতমক বর্ণন তৌবা প্রয়োজনবতী লক্ষণাবু সাধ্যবসানা[৩] গৌণী প্রয়োজনবতী লক্ষণা কৌই। খুদম :—

মীওইপোক্কী লাইশিংগী অফ' থৌগী মণিনে
মাংফদ্রব ফম্বান্দ খিল্লন্নব উরোংনে।

— দরেন্দ্রজিৎ, 'স্মৃতি'

মফম অসিদা 'লাই', 'মণি' অমসুং 'উরোং' গী অর্থশিং মান্নবা গুণনা মরম ওইদুনা মথৎশিংনা 'লাইগুম মতিক মগুণ চেন্নবা মীওই', 'মণিগুম মমল নাইদ্রবা পোৎশক' অমসুং 'উরোংগুম মাঙবা নাইদ্রবা নীংশিং-খুদম' ওইরে। চাংদম্নগদবা পোৎশক (উপমেয়[৪]) শিং মফম অসিদা বর্ণন তৌদে।

---

[১]সারোপা = থঙজিন্দুনা ওইহনবা। [২]উপমান = (য়েংউ লা: ৪৪)। [৩]সাধ্যবসানা = উৎকদবা পোৎশক মাঙখিবা। [৪]উপমেয় = (য়েংউ লা: ৪৪)।

## (খ) শুদ্ধা প্রয়োজনবতী লক্ষণা

থোইদোকপা গুণ খণ্ডনবা নত্তবা অতোপ্পা মরম অমদগী প্রয়োজনবতী লক্ষণা ওইরবদি মদুবু শুদ্ধা প্রয়োজনবতী লক্ষণা কৌই। খূদম :—

**সঞ্জীবনী মলয়া নুংশিৎনা হুম্বদা**
**হৈরাং লৈরাং পূম্বা য়াকাইরক্লে।**

— গৌরকিশোর, 'ঙাইখোগবা চেক্লাও'

মলয়া নুংশিৎনা সঞ্জীবনী ওইবা য়াদবনা মফম অসিদা 'সঞ্জীবনী' গী অর্থ 'তেকখৎহনবা পোৎলম' হায়না লৌরে। মলয়া নুংশিৎপূ থাগৎপনা প্রয়োজন্নি। মসিদা সঞ্জীবনীগা মলয়া নুংশিৎকা লৈনরিবা মরী অসি 'থবক মান্নবা' গী মরীনি।

শুদ্ধা প্রয়োজনবতী লক্ষণাগী মখল মরি শুই, মদুদি :— (অ) অজহৎস্বার্থা নৎত্রগা উপাদান লক্ষণা, (আ) জহৎস্বার্থা নৎত্রগা লক্ষণলক্ষণা, (ই) সারোপা শুদ্ধা অমসুং (ঈ) সাধ্যবসানা শুদ্ধা।

### (অ) অজহৎস্বার্থা লক্ষণা (উপাদান লক্ষণা)

করিগুম্বা ৱাহৈ অমগী লক্ষ্যার্থ লৌবা মতমদা ৱাহৈ অদুগী মশাগী অর্থ (বাচ্যার্থ) সু থাদোক্রবদি মদুবু অজহৎস্বার্থা[১] লক্ষণা নৎত্রগা উপাদান[২] লক্ষণা কৌই। খূদম :—

**"কদোমদনো লম্বেলসিবু —**
**চীনগা খুৎকা মান্নদবা**
**লমথুংফমগা লম্বেনগা শন্নদবা,**
**ফিদমদগী মীশক্লা লুবা ?"**

— নীলকান্ত, 'মণিপুর'

মফম অসিদা 'চীন' অমসুং 'খুৎ' ৱাহৈ অনী অসিগী অর্থ মথৎশিৎনা 'চীন্না ঙাওবা ৱাঙাও' অমসুং 'খুৎনা তৌবা থবক' হায়না লৌরি। লক্ষ্যার্থশিং অসি লৌবদা ৱাহৈ মশা-মশাগী অর্থ (বাচ্যার্থ) সু হান্নগুম শাগোম্নরি।

---

[১]স্বার্থা + জহৎ + অ = মশাগী অর্থ + থাদোকপা + নত্তবা। [২]উপাদান = মশাবু চুমহন্নবগীদমক অতোপ্পদা থৈথবা (স্বসিদ্ধয়ে পরাক্ষেপ:— 'কাব্যপ্রকাশ' ২:১০)।

## (আ) জহৎস্বার্থা লক্ষণা (লক্ষণ লক্ষণা)

করিগুম্বা ৱাহৈ অমগী লক্ষ্যার্থ লৌবা মতমদা ৱাহৈ অদুগী মশাগী অর্থ (বাচ্যার্থ) মপূংফানা থাদোক্লবদি মদুবু জহৎস্বার্থ[1] লক্ষণা নৎত্রগা লক্ষণ[2] লক্ষণা কৌই। খূদম :—

নঙগী মক্ৰুবা নুংঙৌগী ফজবা অসি
সম্রাটকীদি কংস্রবা মিৎকী পি ওইরিদো।

— রজনীকান্ত, 'তাজমহল'

মফম অসিদা তাজহলনা মীওগী শীন্থুবা মীৎকী পিরাং ওইবা য়াদবা মরম্না 'মিৎকী পি' ৱাহৈগী লক্ষ্যার্থ 'অৱাবা ৱারী' ওইনা লৌরি। লক্ষ্যার্থ অসি লৌবদা ৱাহৈগী বাচ্যার্থ মপূংফানা থাদোকপ্রে।

## (ই) সারোপা শুদ্ধা প্রয়োজনবতী লক্ষণা

করিগুম্বা পোৎশক অমগা অতোপ্পা পোৎশক অমগা মান্নবা মরী লৈত্রবসু পোৎশক অনী অদু অমনা অমদা থঙজিন্দুনা মান্নহল্লবদি মদুবু সারোপা শুদ্ধা প্রয়োজনবতী লক্ষণা কৌই। খূদম :—

নহাক্কীদি রামচন্দ্র
নহাক্কী পুন্সিগী আশা
নহাক্কী পুন্সিগী ধর্ম্ম —

— সমরেন্দ্র, 'সীতা'

মফম অসিদা রামচন্দ্রবু সীতাগী পুন্সিগী 'আশা' অমসুং 'ধর্ম্ম' নি হায়না থঙজিন্দুনা লৌরি। মীওইবনা আশা অমসুং ধর্ম্ম ওইবা য়াদবা মরম্না 'আশা' অমসুং 'ধর্ম্ম' গী লক্ষ্যার্থ মথংশিংনা 'তেংবাংবা' অমসুং 'লোয়নবা' হায়না লৌরি।

## (ঈ) সাধ্যবসানা শুদ্ধা প্রয়োজনবতী লক্ষণা

গুণ খঙনবা নত্তবা অতোপ্পা মরম অমনা পোৎশক অমবু অতোপ্পা পোৎশক অমদা থঙজিন্দুনা মান্নবা উৎপা মতমদা থঙজিনফম ওইরিবা পোৎশক (উপমেয়)

---

[1] স্ব + অর্থ + জহৎ = মশাগী + অর্থ + থাদোকপা। [2] লক্ষণ (মফম অসিদা) অতোপ্পবু চুমহন্নবগীদমক মশাবু কথোকপা (পরার্থে স্বসমর্পণম্ — 'কাব্য প্রকাশ', ২:১০)।

অদু লোৎশিন্নগা থওজিনবগী প্রমাণ ওইরিবা অতোপ্পা পোৎ (উপমান) অদুতমক উৎলবদি শব্দ-শক্তি অদুবু সাধ্যবসানা শুদ্ধা প্রয়োজনবতী লক্ষণা কৌই। খৃদম :—

লাক্লো শান্তিগী মঙাল ! মালেম-থমোই হাংজরে —

সুরেন্দ্রজিৎ, 'ভক্তি অঞ্জলি'

শৈরেং মতেক অসিদা 'শান্তিগী মঙাল' হায়বা ৱাহৈনা শ্রীমা সারদামণিবু খঙনহল্লি। ৱাহৈ অনী অসি 'থবক মান্নবা' মরীনা তিন্নহল্লি।

## ব্যঞ্জনা শক্তি

ৱাহৈ অমগী বাচ্যার্থ অমসুং লক্ষ্যার্থ মথং-মথং লৌশিনবা ঙাক্তনা ভাব মপূং ফারক্তবা মরমদগী নাকোয়নবা অতোপ্পা অর্থ অমা লৌহল্লিবা শব্দ-শক্তি অদুবু ব্যঞ্জনা[১] শক্তি কৌই। খৃদম :—

শেংলবা নুংথিলদা নিংঙাইদনা খোংলিবা
লমহূইগী কাংবু, এশিয়া অমসুং আফ্রিকাগী
অতিয়াদা পাইরিবা লাঙজাগী শঙ্গু।

— নীলকান্ত, 'মণিপুর'

মফম অসিদা 'লমহূই' অমসুং 'লাঙজা' গী বাচ্যার্থ লৌবা য়াদবদগী ৱাহৈ অনী অসিগী লক্ষ্যার্থ মথংশিংনা 'লৌনম-লৌশিং হৈবা মীওই' অমসুং 'অতোপ্পবু মাঙহল্লগা মশাগী নুংঙাইবা থিবা মীওই' হায়না লৌরফাওবা অর্থ মপূং ফাদবনা 'অফবা তানবা মালেম অসিদা ফোংনা অকিবা লৈতবা ফত্তবা থবক তৌরিবা ফত্তবা মীওই' হায়না নাকোয়নবা ব্যঙ্গ্যার্থ থোক্লি। ব্যঙ্গ্যার্থ অসি শেংলবা, নুংথিল, নিংঙাইদনা, লমহূই, লাঙজা অসিনচিংবা ৱাহৈশিংগী ব্যঞ্জনা শক্তিনা ফংবা অর্থনি।

ব্যঞ্জনা শক্তিগী মখল অনী শুই :— (১) শাব্দী অমসুং (২) আর্থী।

## (১) শাব্দী ব্যঞ্জনা

অখন্নবা ৱাহৈগী মখাপোনবা ব্যঞ্জনা শক্তি অদুবু শাব্দী[২] ব্যঞ্জনা কৌই। খৃদম :—

[১]বি + অঞ্জনা = থোইদোকপা + মীত্তা থাবা কাজল (কাজল থাবনা মীৎয়েং শেংহনবগুম শব্দ-শক্তি অসিনা বাচ্যার্থ অমসুং লক্ষ্যার্থগী ৱাংমদা লৈবা অর্থ অদু শেংহল্লি)। [২]শাব্দী = ৱাহৈগী ওইবা।

(য়েংউ : 'ব্যঞ্জনা শক্তি' গী খুদম লা: ৯৯)

শাব্দী ব্যঞ্জনাগী মখল অনী শুই :– (ক) অভিধামূলা অমসুং (খ) লক্ষণামূলা।

## (ক) অভিধামূলা শাব্দী ব্যঞ্জনা

অর্থ য়াম্বা ৱাহৈ অমগী অর্থ অমখক অভিধা শক্তিনা লৌরবসু ৱাহৈ অদুগী অতোপ্পা নাকোয়নবা অর্থ অমুক লৌবা য়াহনবা ব্যঞ্জনা শক্তি অদুবু অভিধামূলা[১] শাব্দী ব্যঞ্জনা কৌই। খুদম :–

**বর পীনরিবা মহাদেবসু নহাক্নি ঐনা নিন্নিবা বরসু নহাক্নি।**

– কমল, 'মাধবী'

ৱারেং অসিদা অভিধা শক্তিনা উরীরে, বীরেন, বারুণী মহাদেব অমসুং লাইখুরুম্বগা মরী লৈনবা অকক্লবা ইচম-চম্বা বাচ্যার্থ অমা পুরি। অমরোমদা 'বর', 'মহাদেব' নচিংবা অর্থ অনী চেনবা ৱাহৈশিংনা ৱারেং অসিগী নাকোয়নবা ব্যঙ্গ্যার্থ 'ইপুরোইবা ফংহনবিগদৌরিবা অথোইবা লাই (দেবতা) সু নহাক্নি ঐনা পান্নিবা ইপুরোইবসু নহাক্নি' হায়বসি ওইথোকহল্লি।

[শ্লেষ[২] অলঙ্কারগা অভিদামূলা শাব্দী ব্যঞ্জনাগা খেন্নবা :– শ্লেষতা অর্থ অনীমক মরু ওইবা চপ মান্নে, অনীমক বাচ্যার্থনি; শাব্দী বাচ্যার্থদা বাচ্যার্থদমক মরু ওই, ব্যঙ্গ্যার্থদি চুম্নগী ঈঙ্গিৎ ওইবা অর্থনি, বাচ্যার্থনা লেপথ্রবা মতমদা ব্যঙ্গ্যার্থ ওইথোকই। শ্লেষতা বিশেষ্যতমক অর্থ য়াম্বা ৱাহৈ ওই; শাব্দী ব্যঞ্জনাদা বিশেষ্য অমসুং বিশেষণ অনীমক অর্থ য়াম্বা ৱাহৈ ওই।]

## (খ) লক্ষণামূলা শাব্দী ব্যঞ্জনা

লক্ষণা শক্তিনা করিগুম্বা ৱাহৈ অমগী অর্থ লৌরবসু ৱাহৈ অদুগী অতোপ্পা নাকোয়নবা ব্যঙ্গ্যার্থ অমা লৌবা য়াহনবা শব্দ-শক্তি অদুবু লক্ষণামূলা শাব্দী ব্যঞ্জনা কৌই। খুদম :–

---

[১]অভিধামূলা = অভিধানা মুক্ষম ওইবা। [২]শ্লেষ (য়েংউ লা: ৩৬)।

**অমরাবতি লৈকোন্নি**
**তাজমহলনি নহাক্কীদি — নহাক্কীদি**
**নহাক্কীদি মৈতৈ চনু নহাক্কীদি।**

— সমরেন্দ্র, 'সীতা'

মফম অসিদা 'অমরাবতি' অমসুং 'তাজমহল' গী বাচ্যার্থ লৌবা য়াদবা মরম্না ৱাহৈ অনীমক অসিগী 'ফজবা পোৎশক' হায়বা লক্ষ্যার্থ থোক্লি। লক্ষ্যার্থ অসিদগী অমুক মখা তানা খল্লুরবদি 'হত্থবা নাইদনা ফজবা পোৎশক' হায়বা ব্যঙ্গ্যার্থ থোক্লি।

## (২) আর্থী ব্যঞ্জনা

অখন্নবা ৱাহৈশিংগী মখাপোনবা নত্তবা, হায়বদি অখন্নবা ৱাহৈশিং অদুগী মহুত্তা অর্থ মান্নবা অতোপ্পা ৱাহৈশিং শীজিন্নরবসু কায়দবা ব্যঞ্জনা শক্তি অদুবু আর্থী[1] ব্যঞ্জনা কৌই। খুদম :—

**হৈশিংলবা মাতলি শূল্লতিঙা লম্বীদ**
**থৌরক্লে দোলাইদো, মঙালমক্ত তাবন**
**ইঙান ঙাল্লে তাইবংসে !**

— দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা মাতলিনা থৌরকপা ইন্দ্রগী দোলাইগী মঙালনা মালেম ইঙান-ঙানবগী অর্থ থোক্লি। অমুক বাচ্যার্থ অসিনা খংচোং-চোংদুনা 'ইন্দ্রগী দোলাই নুমিৎকুম লংই' হায়বা ব্যঙ্গ্যার্থ থোকহল্লি। ব্যঙ্গ্যার্থ অসি মফম অসিদা অকক্লবা ৱাহৈ অমতগী মখা পোন্দে।

আর্থী ব্যঞ্জনাগী মখল অনী শুই :— (ক) অভিধামূলা অমসুং (খ) লক্ষণামূলা।

## (ক) অভিধামূলা আর্থী ব্যঞ্জনা

বাচ্যার্থদগী ব্যঙ্গ্যার্থদা খংচোং চোংবা আর্থী ব্যঞ্জনা অদুবু অভিধামূলা আর্থী ব্যঞ্জনা কৌই। খুদম :—

(য়েংউ : মথক্কী 'আর্থী ব্যঞ্জনা' গী খুদম/লা: ১০১)।

---

[1]আর্থী = অর্থগী ওইবা।

## (খ) লক্ষণামূলা আর্থী ব্যঞ্জনা

লক্ষ্যার্থনা ব্যঙ্গ্যার্থ ওইহনবা আর্থী ব্যঞ্জনা অদুবু লক্ষণামূলা আর্থী ব্যঞ্জনা কৌই। খূদম :–

অহল লমন গুরুজনগী চৈরাক ৱাংমদ লৈজরে,
নূপীগী লৈতেং ঈকায়বা, মপানগী লৈতেংসু য়াওদরে,
কৃষ্ণ-মণ্ডং লাংগীদমক, থাদোকচরে উদ্ধব-ও !

– কালাচাঁদ শাস্ত্রী, 'বাসুদেব মহাকাব্য'

মফম অসিদা গোপীশিংনা গুরুজনগী চৈরাক ৱাংমদা লৈবা, ঈকায়বা থাদোকপা অমসুং মপানগী লৈতেং য়াওদবা অসিনা 'কৃষ্ণ প্রেমদা মপূং ফানা লুপ্লে' হায়বা লক্ষ্যার্থ থোক্লি। লক্ষ্যার্থ অসিনা অমুক 'অসি য়ৌরবা গোপীশিংবু কৃষ্ণ-প্রেমদগী হন্দোকহন্নবা উদ্ধবনা হোৎনজবা পূম্নমক কান্নরোই' হায়বা ব্যঙ্গ্যার্থ থোকহল্লি।

[ ৫ ]

# ধ্বনি

## পরিভাষা

করিগুম্বা কাব্য অমবু ফজহন্নবগীদমক বাচ্যার্থনা মতেং লৌরিবা ব্যঙ্গ্যার্থ অদুবু ধ্বনি[1] হায়না খঙনৈ। খূদম :–

**খন্নুবদ ঋাখরে লাপ্ন লৈব গোকুলসে**
**অসি ফাওব য়ৌনবু কংস মমিং তাবদ**
**অঙাং কপ্প তোক্লরে।**

– দরেন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

মফম অসিদা মথুরাগী নিংথৌ কংসগী মমিং তাবদা গোকুলগী অঙাং কপ্পা তোক্লবগী বাচ্যার্থ অসিনা 'কংস হায়বসি করিসু খঙজদ্রিবা অঙাং ফাওবনা কিনরবা য়াম্না তমথীবা নিংথৌ অমনি' হায়বা ব্যঙ্গ্যার্থ থোকহল্লি। ব্যঙ্গ্যার্থ অসিগীদমক বাচ্যার্থ চঙদবা য়াদবা ওইরবসু ব্যঙ্গ্যার্থনা মরু ওইবা হেল্লি।

**[ধ্বনিনা মরুওইবা হায়বদি ব্যঙ্গ্যার্থনা বাচ্যার্থদগী হেন্না মরুওইবা কাব্য অদুবু ধ্বনিকাব্য কৌই। ব্যঙ্গ্যার্থনা মরু ওইদবা কাব্য অদুবু গুণীভূত ব্যঙ্গ্য কাব্য কৌই।]**

### ধ্বনিগী মখল

ধ্বনিগী মখল অনী শুই :– (১) অভিধামূলক নৎত্রগা বিবক্ষিত অন্যপরবাচ্য অমসুং (২) লক্ষণামূলক নৎত্রগা অবিবক্ষিতবাচ্য।

### (১) অভিধামূলক (বিবক্ষিতান্যপরবাচ্য) ধ্বনি

বাচ্যার্থ চঙদবা য়াদবা ধ্বনি অদুবু অভিধামূলক[2] ধ্বনি নৎত্রগা বিবক্ষিতান্যপরবাচ্য[3] ধ্বনি কৌই। মসিদা ব্যঙ্গ্যার্থনা বাচ্যার্থগী মথা পোল্লি। খূদম :–

---

[1]ধ্বনি = অথুপ্পা অর্থ। [2]অভিধামূলক = অভিধা শক্তিনা যুম্ফম ওইবা। [3]বিবক্ষিত + অন্যপর + বাচ্য = তঙাইফদবা + অতোপ্পগী মতেং পাংবা + ঋাহে মশাগী অর্থ।

(য়েংউ : মথক্কী 'ধ্বনি' গী খূদম/লা: ১০৩)

অভিধামূলক ধ্বনি মখল অনী থোক্লা খায়দোকই :— (ক) সংলক্ষ্যক্রম অমসুং (খ) অসংলক্ষ্যক্রম।

## (ক) সংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি

বাচ্যার্থদগী ব্যঙ্গ্যার্থ য়ৌবগী মথং-মথং ওইবা থাক খঙবা ঙম্বা ধ্বনি অদুবু সংলক্ষ্যক্রম[১] ধ্বনি কৌই। খূদম :—

**মীচাবোকয়োকপী ! মুনখরবনি মখোয়না নচাগী শরুকমখৈ,**
**থাদোক্লো মিকুপ খরদংদি ইমাগী চানবীহৈবা ব্রাখলদো,**
**হৌগৎপিরো তুকথরবা নচাশিং পিনবিরো লৈজবা থৌনামখৈ।**

— চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, 'মৈত্রবাক মচাদা'

শৈরেং মতেক অসিদা 'ইমাগী চানবীহৈবা ব্রাখলদো' হায়বনা ইমাগী চানবীহৈবা অরানবা ব্রাখলনা মণিপুরী মচাশিংগী মাঙননবা ওইরে হায়বা নাকোয়নবা অর্থ ফোঙদোক্লি। অর্থ অসিদা ব্যজস্তুতি[২] অলঙ্কার লৈ। অমরোমদা বাচ্যার্থদগী ব্যঙ্গ্যার্থ অসি য়ৌবগী মথং-মথং ওইবা থাক খঙবা ঙম্মী হায়বদি বাচ্যার্থদা মিকুপ খরদং খম্বরগা ব্যঙ্গ্যার্থ ফংই।

সংলক্ষ্যক্রম ধ্বনিগী মখল অনী শুই :— (অ) অলঙ্কার ধ্বনি অমসুং (আ) বস্তু ধ্বনি।

### (অ) অলঙ্কার ধ্বনি

করিগুম্বা অলঙ্কার অমগী পান্থৈনা ওইহনবা ধ্বনি অদুবু অলঙ্কার[৩] ধ্বনি কৌই। খূদম :—

(য়েংউ : মথক্কী 'সংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি' গী খূদম/লা: ১০৪)

### (আ) বস্তু ধ্বনি

অলঙ্কার য়াওদবা করিগুম্বা পোৎশক অমগী পান্থৈনা ওইহনবা ধ্বনি অদুবু বস্তু[৪] ধ্বনি কৌই। খূদম :—

---

[১]ক্রম + সংলক্ষ্য = মথং-মথং ওইবা থাক + খঙবা ঙম্বা। [২]ব্যাজস্তুতি = (য়েংউ : লা: ৬৬)। [৩]অলঙ্কার = (য়েংউ : লা: ৩০)। [৪]বস্তু = পোৎশক।

ননাই ইতোম্মক্তন কৃষ্ণগুম অঙাংদি
পাম্বোমতগী পাজন্ন চাম চাম পাজগে।

— দয়েন্দ্রজিৎ, 'কংসবধ'

কংসদা চানুরনা পীখিবা পাউখুম অসিদা 'করিসু লৈতবা কৃষ্ণগীদমক কিনিংঙাই মরম করিসু লৈতে' হায়বা ধ্বনি অসি থোক্লি। ধ্বনি অসি বাচ্যার্থদা খঙ্গুরগা ফংবনি।

## (খ) অসংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি

বাচ্যার্থদগী ব্যঙ্গ্যার্থ য়ৌবগী মথং-মথং ওইবা থাক খঙবা ঙমদবা ধ্বনি অদুবু অসংলক্ষ্যক্রম[১] ধ্বনি কৌই। খুদম :—

মীওইবগী লাইবক থীবনা,
ফোংদোক্তবা অৱাবা খংবিদে কনানা
মরোল থোক্তবা কনাগুম্ববু,
'উকংনি' খল্লি মীওইবনা !

— কমল, 'নির্জ্জনতা'

শৈরেং মতেক অসিদা 'মীওইবগী...কনানা' হায়বা ৱাফম্না 'মরোল থোক্তবা...মীওইবনা' হায়বা য়ৌরকপা ফাওবদা অৱাবা ফোঙদোকপা ঙমদবা মীওইশিংবু উকংগুম অৱা-নুংঙাইগী ৱাখল ফাওরম্মোইদবগুম লৌনৈ' হায়বা ব্যঙ্গ্যার্থ অসি খুদক্তা ফংই।

[অসংলক্ষ্যক্রম ধ্বনিদা বাচ্যার্থদগী খুদক্তা ব্যঙ্গ্যার্থ ফংই।]

অসংলক্ষ্যক্রমধ্বনিগী মখল নিপান থোক্না খায়দোকপা য়াই; মদুদি :— রস (লা: ১১, ১৭), ভাব (লা: ১২), রসাভাস (লা: ২৬), ভাবাভাস (লা: ২৭), ভাবশান্তি (লা: ২৮), ভাবোদয় (লা: ২৮), ভাবসন্ধি (লা: ২৮) অমসুং ভাবশবলতা (লা: ২৯)। (মখোয়শিং অসিগী ৱারোল 'রস' কী পন্দুপতা নৈনগনি।)

---

[১]ক্রম + অসংলক্ষ্য = মথং-মথং ওইবা থাক + খঙবা ঙমদবা।

## (২) লক্ষণামূলক (অবিবক্ষিতবাচ্য) ধ্বনি

বাচ্যার্থ চঙদবা ধ্বনি অদুবু লক্ষণামূলক[১] নৎত্রগা অবিবক্ষিতবাচ্য[২] ধ্বনি কৌই। মসিদা ব্যঙ্গ্যার্থনা লক্ষ্যার্থগী মখা পোল্লি। খূদম :—

**আমেরিকাগী কৈথেলদা কাক্রীশিংবু য়োনখিবা হুইগুম্না পুন্নগা !**
**মীওইবগী ইতিহাস নত্তে ! — ইতিহাস মীওইবগী**
**শাগী ইতিহাসতগী হন্থরবা তুকচ্চরবা য়ারীনি।**

— সুরেন্দ্রজিৎ, 'বাঁশীগী থমোই ঈহৌরো'

মফম অসিদা অহানবা 'মীওইবা' ৱাহৈগী ধ্বনি 'তাইবং মী' হায়বা অচম্বা বাচ্যার্থ নত্তে, 'মী অমা ওইবগী মীনুংশিনচিংবা গুণ চেনবা মী' হায়বা নাকোয়নবা ব্যঙ্গ্যার্থনি। ব্যঙ্গ্যার্থ অসি লৌবদা ৱাহৈ মশাগী ওইবা অর্থদি মরু ওইখিদ্রে।

লক্ষণামূলক ধ্বনিগী মখল অনী শুই :— (ক) অর্থান্তরসংক্রমিত বাচ্য অমসুং (খ) অত্যন্ততিরস্কৃত বাচ্য।

### (ক) অর্থান্তরসংক্রমিত বাচ্য ধ্বনি

ৱাহৈগী অর্থনা মতাংগী মতুংইন্না বাচ্যার্থ থাদোকুগা অতোপ্পা অর্থ (ব্যঙ্গ্যার্থ) দা চঙখিবা ধ্বনি অদুবু অর্থান্তসংক্রমিতবাচ্য[৩] ধ্বনি কৌই। খূদম :—

**পীবিয়ুবা ইমা অমেংবা মিজন্নাব**
**খচ্চগে থম্মোইগী তান্নদা**
**থোকসনু নামিবা মলয়া**
**তাজগে নাকোংসি পেম্না !**

— চাউবা, 'খোংদ্রে বীণা'

মফম অসিদা 'নামিবা মলয়া' না মশাগী 'তপ্পা শিংগা অঈংবা নুংশিৎ' হায়বা বাচ্যার্থ থাদোকুনা 'অতপ্পা তাম্থাগী অঈংবা খোঞ্জেল' হায়বা অতোপ্পা অর্থদা চঙদুনা ব্যঙ্গ্যার্থ থোকহল্লি।

---

[১]লক্ষণামূলক = লক্ষণানা য়ুম্ফম ওইবা। [২]বাচ্য + অবিবক্ষিত = ৱাহৈ মশাগী অর্থ + তঙাইফদবা নত্তবা। [৩]অর্থান্তর + সংক্রমিত + বাচ্য = অতোপ্পা অর্থদা + চঙখিবা + ৱাহৈ মশাগী অর্থ।

## (খ) অত্যন্ততিরষ্কৃত বাচ্য ধ্বনি

মতাংগী মতুংইন্না কান্নদবদগী বাচ্যার্থবু খমথেংনা থৌওইদ্রগা বাচ্যার্থগা খেন্নবা অতোপ্পা অর্থ (ব্যঙ্গ্যার্থ) অমা থোকহনবা ধ্বনি অদুবু অত্যন্ততিরষ্কৃতবাচ্য[১] ধ্বনি কৌই। খুদম :—

নঙগী মক্তবা নুংঙৌগী ফজবা অসি
সম্রাটকীদি কংদ্রবা মিংকী পি ওইরিদো।

— রজনীকান্ত, 'তাজমহল'

মফম অসিদা 'মিংকী পি' গী বাচ্যার্থ 'মীত্তগী শীঙ্গবা পিরাং' হায়বা অসি খজিকফাওবা লৌদদুনা 'অরাবা রারী' হায়বা ব্যঙ্গ্যার্থ লৌরি।

---

[১]অত্যন্ত + তিরষ্কৃত + বাচ্য = খমথেংনা + থৌওইদবা + রাহে মশাগী অর্থ।

# [৬]
# গুণ

## পরিভাষা

কাব্যগী ফজবা হেনগৎহন্দুনা রস পোকহন্নবগী মরম ওইবা লেঙদ্রবা পোৎলম অদুবু গুণ[১] কৌই। অলঙ্কারনচিংবসু কাব্যগী ফজবা হেনগৎহন্নবগী পোৎলমশিংনি, অদুবু মখোয়দি লেঙদবা নত্তে, হোংবা নাই।

## গুণগী মখল

গুণগী মখল অহুম শুই :— (১) মাধুর্য্য, (২) ওজ, অমসুং (৩) প্রসাদ।

## (১) মাধুর্য্য

নাকোংদা খোয়থুম্নবা, থম্মোয় পেনবা, ৰাতা নুংঙাইবা, পুক্লীং হরাও-তুজুংবা অসিনচিংবা পোকহনবা কাব্যগী গুণ অদুবু মাধুর্য্য[২] কৌই। গুণ অসিগীদমক ট, ঠ, ড, ঢ, ঢ় নত্তবা ক দগী ম ফাওবগী খোয়থুম্নবা ময়েকশিং, অতেনবা র নংত্রগা ল ময়েক অমসুং ং, ঙ, ঞ, ণ, ন, ম গা লাকমিন্নবা তপ্নদবা ময়েকশিং অয়াম্বা মতমদা শীজিন্নৈ। মসিদা সমাস[৩] শীজিন্নরোইদবনি নৎত্রগা শীজিন্নবা তারবসু সমাস মচা-মচা ওইহনগদবনি। খুদম :—

শাহজহানগী অরোইবা মিংয়েংদা
তাজমহল নঙবু কোল্লগা মীৎকী পিগা লোয়ননা
"মমতাজ" হায়না অমুক্তং শোল্লম্বা
নুংশা মপী অমা লৈহৌরে নঙগী থম্মোইদা।

— রজনীকান্ত, 'তাজমহল'

গুণ অসি অয়াম্বা মতমদা শৃঙ্গার, করুণ অমসুং শান্ত রসশিংদা লৈ।

---

[১]গুণ = ফজবা হেনগৎহনবা পোৎলম। [২]মাধুর্য্য = খোয়থুম্নবা মতৌ। [৩]সমাস = ৱাহৈ তিন্নশিনবা।

## (২) ওজ

থম্মোয়দা থৌনা, লিংজেল, অকনবা ঈহৌল অসিনচিংবা পোকহনবা কাব্যগী গুণ অদুবু ওজ[১] কৌই। গুণ অসিগীদমক অয়াম্বা মতমদা ট, ঠ, ড, ঢ, ণ, ঢ়, শ, ষ ময়েকশিং, ব্যঞ্জন কাণ্ডলুপশিংগী অহানবা অমসুং অহুমশুবা ময়েকশিংগা তপ্নবা ময়েকশিং, মশা মথন্তনা অনীরক তপ্নবা (ক্ক, চ্চ, গু, দ্দ, ম্ন, প্ন, ম্ম নচিংবা) ময়েকশিং, রেফ ( ´ ) অমসুং রফলা ( ্র ) য়াওবা ময়েকশিং, অশাং-অশাংবা সমাস অসিনচিংবা শীজিন্নে। খুদম :—

তারেন্তারোনয়োৎশীংয়োৎয়োচ্চেয়োচ্চুকখিবিক্ল
ইরং ইরং পরেং সা য়াথকয়াখা কিনা খি,
ব্রাম্ফক্সনামণ্ডান্ন মিৎলু মৈরি ক্লি ক্লি কাম।

— মীনকেতন, 'মেঘনাদ বধ কাব্য' (অনু)

গুণ অসি থোইদোক্না বীর, বীভৎস, ভয়ানক অমসুং রৌদ্র রসশিংদা লৈ।

## (৩) প্রসাদ

কাব্যগী অর্থ খুদক্তা খঙহনবা অমসুং থম্মোয়দা চৈথেং কন্না ফংহনবা গুম্বা গুণ অদুবু প্রসাদ[২] কৌই। গুণ অসিগীদমক অচম্বা অরায়বা লোল, সমাস লৈতবা ৱাহৈশিং শীজিন্নে। খুদম :—

নমোম্বু শিম্থাবিরনু ঙসিদি।
পনবিরমগনি থাজদে
নিঙোল খরাই থোঙান্দা
চৎখিগনি মহাক্তি;
উজহৌবদি ফংগনি
নুংশি চেংলৌ মহাক্কী।

— বেদজিৎ, 'করিগী খুনগৎপিদবা'

গুণ অসি রস খুদিংমক্তা অথিংবা লৈতনা শীজিন্নবা য়াই। মরম অসিনা মাধুর্য্য অমসুং ওজ গুণশিংদগী প্রসাদ গুণনা পাক-শনবা হেল্লি। কনা-কনাগুম্বা আচার্য্যশিংনা গুণ অসিবু 'গুণরাজ' হায়না কৌনৈ।

---

[১]ওজ = মাতৈক-মঙাল। [২]প্রসাদ = থম্মোয় মকা লাম্বা।

# রীতি (বৃত্তি)

## পরিভাষা

'রসকা চুনবা অখন্নবা ৱাহৈ লেংশিনবগী মওঙবু রীতি'[1] কৌই। মসিবু বৃত্তি[2] হায়নসু খঙনৈ। রসকী চুনবা ৱাহৈ অখন্নবা মওঙদা লেংশিনবনা রস পোকহনবগী খোঙথাং য়াঙশিনহল্লি। অখন্নবা মওঙদা ৱাহৈ লেংশিনবগী মওঙ অসিনা অমুক রীতি নৎত্রগা বৃত্তিবু 'গুণ' শিংগা মরী লৈনহল্লি।

## রীতি (বৃত্তি) গী মখল

কাব্যদা রীতিগী মখল অহুম শুই :— (১) বৈদর্ভী, (২) গৌড়ী অমসুং (৩) পাঞ্চালী। রীতি অহুম অসিগা মথংশিংনা চুনবা বৃত্তিগী মখল অহুম লৈ :— (১) উপনাগরিকা, (২) পরুষা অমসুং (৩) কোমলা।

### (১) বৈদর্ভী রীতি (উপনাগরিকা বৃত্তি)

মাধুর্য্য গুণ পোকহনবা ময়েকশিং সমাস য়াওহন্দনা নৎত্রগা সমাস মচা-মচা য়াওহল্লগা লেংশিনবগী মওঙবু বৈদর্ভী[3] রীতি নৎত্রগা উপনাগরিকা[4] বৃত্তি কৌই। খূদম :—

(য়েংউ : মাধুর্য্য গুণগী খূদম/লা: ১০৮)

মসি শৃঙ্গার, করুণ অমসুং হাস্য রসশিংদা শীজিন্নে।

### (২) গৌড়ী রীতি (পরুষা বৃত্তি)

ওজ গুণ পোকহনবা ময়েকশিং অচৌ-অচৌবা সমাস য়াওহন্দুনা লেংশিনবগী মওঙবু গৌড়ী[5] রীতি নৎত্রগা পরুষা[6] বৃত্তি কৌই। খূদম :—

(য়েংউ : ওজ গুণগী খূদম/লা: ১০৮)

মসি বীর, বীভৎস, ভয়ানক অমসুং রৌদ্র রসশিংদা শীজিন্নে।

---

[1]রীতি = (অখন্নবা ৱাহৈ লেংশিনবগী) মওঙ। [2]বৃত্তি = সমাস (য়াওবগী মওঙ)। [3]বৈদর্ভী = বিদর্ভ দেশকী। [4]নাগরিকা + উপ = সহরগী হৈশিংলবী নুজাশিংগী (ৱাহৈ-ৱাতা) গা + মান্নবা। [5]গৌড়ী = গৌড় দেশকী। [6]পরুষা = করেঙ-কন্দানবা।

## (৩) পাঞ্চালী রীতি (কোমলা বৃত্তি)

প্রসাদ গুণগা মরী লৈনবা অচম্বা অরায়বা লোনদা, সমাস মচা-মচা খর য়াওরবসু, অথোৎপা অমেঙবা ময়েক অমসুং ৱাহৈ লেংশিনবগী মওঙবু পাঞ্চালী[১] রীতি নৎত্রগা কোমলা[২] বৃত্তি কৌই। খুদম :—

(য়েংউ : প্রসাদ গুণগী খুদম/লা: ১০৯)

মসি শৃঙ্গার, শান্ত, করুণ অমসুং অদ্ভুত রসশিংদা শীজিন্নৈ।

[১]পাঞ্চালী = পাঞ্চাল দেশকী। [২]কোমলা = অথোৎপা।

# ছন্দ

## পরিভাষা

থম্মোয়দা নুংঙাইবা পোকহন্না অকক্নবা নিয়মগী মতুংইন্না ৱাহৈ লেংশিল্লকপগী মওঙবু ছন্দ[১] কৌই। খুদম :—

উদবরা শকহেনবী
য়াহৌথেঙবী লৈরাংবী!
ঙসি ইনুং লৈকোনসে
য়েংওলাও, উদরনে শাৎলিসে —

— সমরেন্দ্র, 'লৈ লাংবা'

শৈরেং মতেক অসিদা ৱাহৈ ময়াম লেংশিল্লকপগী মওঙ খ্বাইনা নুংতিগী শীজিন্নরিবা ৱারেংগী মওঙদগী তোঙাল্লি। মফম অসিদা অকক্নবা নিয়ম খরগী মতুংইন্না ৱাহৈশিং লেংশিল্লক্লি — খুদম ওইনা, অহানবা পরেং অহুমদা ৱাহৈগী খোঙ্হোক ৭/৭ লৈহল্লি অদুগা অহানবা অনীশুবা পরেংশিংগী অমসুং অহুমশুবা মরিশুবা পরেংশিংগী মতোন্তাবা খোঙ্হোকশিং মান্নহল্লি, অসুম্না লেংশিল্লকপা মওঙ অসিনা নাকোঙদা খোয়থুম্না থোকহনবতা নত্তনা থম্মোয়দা নুংঙাইবগী ঈহূল অমসু ফাওহল্লি। মতৌ অসুম্না ৱাহৈ লেংশিনবগী মওঙ অসিদা ছন্দ অমা লৌরে।

## কাব্যদা ছন্দগী মফম

কাব্য হায়বসি ফজবনা পান্দম ওইবা পোথোক অমনি। কাব্যনা ফজবা, নীংথিবা ৱাহৈ অমসুং অর্থগী খুৎশেম পুথোক্তুনা কাব্য পারি-তারিবা সহৃদয় ওইবা মীশকশিংগী থম্মোয় মকা লামহল্লি। ৱাহৈ অমসুং অর্থনা সহৃদয়শিংগী থম্মোয় মকা লামহন্নবগী কাব্যগী খুৎলোয়বা পাম্বৈ কয়ামরমগী মনুংদা ছন্দসু য়াম্নমক মরু ওইবা অমনি। ছন্দ নাইনা ৱাহৈ লেংশিনবগী মওঙনা কাব্যগী ৱাফোঙ

[১]ছন্দ = নুংঙাইহনবগা লোয়ননা ঙাকশেনবা (ঋগ্বেদ)।

অদু পাবদা নৎত্রগা তাবদা নাকোঙদা খোয়থুম্লনা থোকই, থম্মোয়নুংদা নুংঙাইবগী ঈহল (রস) ফাওই অমসুং মতম কুইনা নীংশিংনীংঙাই ওই। খূদম ওইনা,

লাইররবী ঈরোম্নি
খঙদবনা হায়বনি
মৈতৈ কবি লাকখিনি।

— চাউবা, 'মৈতৈ কবি'

হায়বা ৱাফোঙ অসিদা ছন্দ অমা লৈরি। ছন্দগী মওঙনা শৈরেং মতেক অসিদা ৱাহৈশিংবু ঈচেলগুম চেম্ব্হল্লি; তাবদা নুংশিবা পোকহল্লি অমসুং থম্মোয়দা নুংশিবা পোকহল্লি অমসুং থম্মোয়দা নুংঙাইবা ফাওহল্লি। ছন্দগী শক্তম্না ৱাফোঙ অসিবু সহৃদয়শিংগী নীংশিং-লম্বীদা মতম কুইনা লৈহল্লি। ছন্দ নাইবা শক্তম অসিগী মহুত্তা করিগুম্বা 'ঐখোয়গী লোল লায়রৈ হায়বসি ত্তান তাদবা মীনা হায়বনি, মৈতৈলোনগী কবি পোক্লকখিগনি' হায়রবদি তাবদা খোয়থুম্লবা, থম্মোয়দা নুংঙাইবা ফাওহনবা অসিনচিংবা গুণশিং অদু মাঙখিগনি। মরম অসিদগী কাব্যশাস্ত্রগী আচার্য্য খরনা ছন্দবু কাব্যগী থৱায় ওইনা লৌনৈ।

## ছন্দগী মচাকশিং

কাব্যদা করিগুম্বা ছন্দ অমবু মশক খঙনবগীদমক মচাক কয়ামরুম চঙই। মচাকশিং অদুগী মনুংদা মরু ওইবা খরদি :— অক্ষর (বর্ণ), মাত্রা, যতি, ছেদ, পর্ব্ব, পর্ব্বাঙ্গ, চরণ, পদ (পাদ), স্তবক, স্বরাঘাত, লয় (গতি), তাল, তুক, গণ অমসুং ক্রম। মচাকশিং অসিগী ৱারোল মখাদা নৈনরক্নি।

## অক্ষর (বর্ণ)

ব্যাকরণগী মতুংইন্না, ৱাহৈগী খ্বাইদগী পিকপা শরুক (ময়েক) পু অক্ষর[1] নৎত্রগা বর্ণ[2] কৌনৈ। খূদম :— 'লাকখিনি' হায়বা ৱাহৈ অসিদা ল্, আ, ক্, খ্, ই, ন্ অমসুং ই হায়বা অক্ষর ৭ লৈ। ব্যাকরণগী অক্ষরগী অর্থ অসি ছন্দশাস্ত্রদা লৌনদে। ছন্দশাস্ত্রগী মতুংইন্না, ৱাহৈ অমগী অমুক্তং হায়দোকপদা থোকপা খ্বাইদগী পিকপা খোম্লোক (syllable) পু অক্ষর কৌই। খূদম :— 'লাকখিনি' হায়বা ৱাহৈ অসিদা লাক্, খি অমসুং নি হায়বা অক্ষর ৩ লৈ। অক্ষরবু বর্ণ হায়নসু

[1]অক্ষর = ময়েক। [2]বর্ণ = ময়েক।

খণ্ডনৈ। অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ অমদা য়ামদ্রবদা স্বরগী খোম্মোক অমা মথন্নতা নৎত্রগা ব্যঞ্জনগী খোম্মোক্তা লোয়ননা য়াওগদবনি।

অক্ষরগী মখল অনী শুই :— (১) স্বরনা লোম্বা অক্ষর (খূদম :— লাই, বী, না, নি, মৈ, অসিনচিংবা) অমসুং (২) ব্যঞ্জননা লোম্বা অক্ষর (খূদম :— রোন্, খঙ্, হায়্, লাক্ অসিনচিংবা)।

## মাত্রা

অক্ষর অমা হায়দোকপদা চঙবা মতমগী চাংবু মাত্রা[১] কৌই। ব্যাকরণদা নৎত্রগা ছন্দশাস্ত্রদা শীজিন্নরিবা অক্ষর উচ্চারণ তৌবদা চঙবা মতমগী চাং অক্ষর খুদিংমক্তা চপ মান্নদে। খূদম ওইনা, অ, ই, উ, হ্রস্ব (অতেনবা) স্বর ময়েকশিংগী উচ্চারণদা চঙবা মতমগী চাং তেল্লি; আ, ঈ, ঊ, এ, ঐ, ও, ঔ নচিংবা দীর্ঘ (অশাংবা) স্বর ময়েকশিংদা চঙবা মতমগী চাং খর হেন্না শাংই, হ্রস্ব স্বরদা চঙবা মতমগী চাংদগী দীর্ঘ স্বরদা চঙবা মতমগী চাংনা শরুক অনী হেল্লি হায়না চাউরাক্না লৌনৈ। মরম অসিনা হ্রস্ব স্বরগী মাত্রা অমা অমসুং দীর্ঘ স্বরগী মাত্রা অনী ওইনা লৌনৈ। ব্যাকরণগী হ্রস্ব, দীর্ঘবু ছন্দশাস্ত্রদা মথংশিংনা লঘু, গুরু হায়রগা খণ্ডনৈ।

সংস্কৃতনচিংবা আর্য্য লোনশিংদা লঘু গুরু মাত্রাশিংগী অকক্নবা অচেৎপা নিয়ম কয়ামরুম লৈ। মণিপুরীনচিংবা অনার্য্য লোনশিংদদি লঘু-গুরু (হ্রস্ব-দীর্ঘ) মাত্রাশিংগী অকক্নবা অচেৎপা নিয়ম লৈতে। হ্রস্ব স্বর-দীর্ঘ স্বরগী খেন্নবা লৈতনা চাউরাক্না অক্ষর অমদা মাত্রা অমা লৈ হায়না লৌনৈ। খূদম ওইনা,

লাইররবী ঈরোম্নি
খঙ/দ/ব/না হায়/ব/নি

হায়বা পরেং অনী অসিদা অহানবা অমদি অহুমশুবা বাহৈশিংদা মাত্রা ৪/৪ লৈ অমসুং অনীশুবা অমদি মরিশুবা বাহৈশিংদা মাত্রা ৩/৩ লৈ। মণিপুরীদা করিগুম্বা মতাংদা খোম্মোক শাংনা চিংদুনা হায়বা মরমদগী অক্ষর অমদা, মাত্রা অনী, অহুম্ন চিংবা ফাওবা ওইহল্লি। খূদম ওইনা,

কৌবা কৌনু নোং-ও !
লোইজীং লোইয়া নোং-ও !

[১]মাত্রা = চাং।

হায়বা পরেং অনী অসিগী 'নোং' অক্ষর অসি শাংনা চিংদুনা হায়দোকপা মরম্না অক্ষর অসিদা মাত্রা ২ লৈ হায়না লৌগনি। মরম অসিনা 'নোং-ও' হায়বা ৱাহৈদা মাত্রা ৩ শুরে। অমরোমদা করিগুম্বা অথন্নবা মতাংদা খোম্বোক থুজিন্ন-তেনশিন্না হায়বা মরমদগী অক্ষর অনী অহুমদা মাত্রা অমথক্তংসু ওইহল্লি। খুদম ওইনা,

থম্মোই লকা নুংদুদা
শিম্বরকপা লাইজনা
মিংলুগী নাপোম থূম্নরি।

ছন্দ অসিগী অহুমশুবা পরেংগী 'লু' অমসুং 'গী' হায়বা অক্ষর অনী অসি য়াম্না থুজিন্না পাবা মরম্না অক্ষর অনী অসিদা মাত্রা অমতমক লৈ হায়না লৌগনি। মরম অসিনা 'মিংলুগী' হায়বা ৱাহৈদা মাত্রা অনীতমক (মিং + লুগী) লৈরে।

মথক্কী খুদম অনী অসিদা তৌবগুম অক্ষরগী মাত্রা চিংথোক-চিংশিন নাইহনবসি য়াম্না তোয়না থোকপদি নত্তে।

## যতি

ছন্দ পাথরকপা মতমদা ছন্দগী খোঙচৎ চুম্না থম্লনবগীদমক খোম্বোক্কী ঙাইহাক লেপফম অদুবু যতি[1] কৌই। যতিবু বিরাম[2] নৎত্রগা বিশ্রাম[3] হায়নসু খঙনৈ। যতিগী মখল অনী শুই :– (১) অর্দ্ধযতি[4] অমসুং (১) পূর্ণযতি[5]। খোম্বোক্কী মপূং ওইনা কুইনা লেপফম্বু পূর্ণযতি কৌই। খুদম :–

মিংচৎ হায়বা নহাকপু। লমদম কৈদা লৈগ্রবা!।।
তরেৎ শেঙ্গা তিংদুনা। নঙবু করম ফংসিবা!।।

— অঙাংহল, 'মিংচৎ থিবা'

শৈরেং মতেক অসিগী অহানবা পরেং পাথরকপা মতমদা 'নহাকপু' ৱাহৈ ফাওবা অক্ষর ৭ পারগা খোম্বোক মতেক ওইনা খজিক্তং লেপই। মথং অমুক পাথরক্তুনা 'লৈগ্রবা' ৱাহৈ ফাওবা অক্ষর ৭ অমগা অমুক পাদুনা পূম্না অক্ষর (৭+৭) ১৪ গী মতুংদা খোম্বোক মপূং ফানা লেপই। মরম অসিনা অহানবা অক্ষর ৭ কী মতুংদা অর্দ্ধযতি (।) লৈরে অদুগা অকোনবা ১৪ শুবা অক্ষরগী

[1]যতি = লেপফম। [2]বিরাম = পনফম। [3]বিশ্রাম = পোখাফম। [4]অর্দ্ধ = তংখায়। [5]পূর্ণ = মপূং ফাবা।

মতুংদা পূর্ণযতি ( ।। ) লৈরে। মতৌ অসুম্না অনীশুবা পরেংগী 'তিংদুনা' অমসুং 'ফংসিবা' ৱাহৈশিংগী হেক মতুংদা মথংশিংনা অর্দ্ধযতি অমসুং পূর্ণযতি লৈগনি।

যতি হায়বসি ছন্দ অমদা অককপ্পবা অক্ষর নৎত্রগা মাত্রা মশীংগী মতুংদা নিয়ম নাইনা লৈগদবনি। মরম অসিনা ছন্দ অমদা যতিগী চাং অমসুং অশাংবা মান্নগনি। চাং অমগী মতুং ইন্না লৈফম থোকপা যতি অদু মপূং ফাবা (মচেৎ তাদবা) ৱাহৈগী মতুংদা ওইগদবনি। ৱাহৈ অমবু খায়দুনা (মচেৎ অনীনচিংবা তাহন্দুনা) যতি লৈবা তারবদি মদু যতিভঙ্গ দোষ কৌগনি।

## ছেদ

ছন্দ পাথরকপা মতমদা ভাব (অর্থ) চুম্না পুনবগীদমক মপূং ফাবা ভাবকী মতাং-মতাংদা খোঙ্খোক্কী লেপফম্বু ছেদ[1] কৌই। ভাবকী ওইবা লেপফম্নি হায়দুনা ছেদপু ভাব যতি সু কৌনৈ। ছেদকী মখল অনী শুই :– (১) অর্দ্ধছেদ অমসুং (২) পূর্ণছেদ। ৱাহৈপরেংগী মরক্তা মচেৎ ওইনা লৈবা ছেদপু অর্দ্ধছেদ অমসুং ৱাহৈপরেংগী অরোইবদা মপূং ওইনা লৈবা ছেদপু পূর্ণছেদ কৌই। খূদম :–

মপু সনা কৈথেন্দা * মিংচৎ নঙবু থোকপরা। **
ৱাক্ত-পাদ পূক্কৈদা * মিংচৎ নঙনা লৈবরা। **

– অঙাংহল, 'মিংচৎ থিবা'

শৈরেং মতেক অসিদা অহানবা পরেংগী 'কৈথেন্দা' ৱাহৈ লোইবদা অর্থগী তাক্কক অমা লৈ, মথংদা 'থোকপরা' ৱাহৈ লোইবদা অর্থ মপূং ফায়। মরম অসিনা মফমশিং অসিদা মথংশিংনা অর্দ্ধছেদ (*) অমসুং পূর্ণছেদ (**) লৈগনি। মতৌ অসুম্না 'পূক্কৈদা' অমসুং 'মিংচৎ' ৱাহৈ অনীগী মরক্তা অর্দ্ধছেদ অমদি পরেংগী অরোইবদা পূর্ণছেদ লৈগনি।

'মিত্রাক্ষর ছন্দ' হায়না খঙনবা অয়াম্বা শৈরেংশিংদা যতিগা ছেদকা পূন্না চৎমিন্নৈ, হায়বদি অর্দ্ধযতি লৈফমদা অর্দ্ধছেদ লৈ অমসুং পূর্ণযতি লৈফমদা পূর্ণছেদ লৈ। 'অমিত্রাক্ষর ছন্দ' গী অয়াম্বা শরুক্তদি যতিগা ছেদকা তোঙান-তোঙান্না লৈ।

[1]ছেদ = মতুপ।

## পৰ্ব্ব (পদ)

ছন্দগী মনুংদা যতি অমদগী যতি অমফাওবগী ৱাহৈগী তাংককপু পৰ্ব্ব[1] নত্রগা পদ[2] কৌই। খুদম :–

(ক) খম্বা খমু কৌবদি। মচিন-মৌপ্পা অনীনি ! ॥
ৱাগ্রে খম্বা ঙসিদি। মচেম দুগী দমক্তা ! ॥

– অঙাংহল, 'খম্বা থোইবী শৈরেং' (শন সেনবা)

খুদম অসিগী পরেং অমদা পৰ্ব্ব ( ।/॥ ) অনী লৈ।

(খ) মৈতৈগী ঈপাক্লি। মাঙদা ঙাল্লিবা।
ঐখোইগী লোক্তাক হায়বসে। ॥

– অঙাংহল, 'লোক্তাক মপান্দা'

খুদম অসিগী পরেং অমদা পৰ্ব্ব অহুম লৈ।

(গ) কদোমদনো লম্বেনসিবু–।
চীনগা খুৎকা মান্নদবা,।
লমথুংফমগা লম্বেনগা শন্নদবা,।
ফিদমদগী মীশক্লা লুবা ? ॥

– নীলকান্ত, 'মণিপুর'

খুদম অসিগী পরেং অমদা (মপূং ফাবা ভাবকী ৱাহৈ পরেং অমা) পৰ্ব্ব মরি লৈ।

## পৰ্ব্বাঙ্গ

পৰ্ব্বগী মচেৎ (কায়াৎ) ওইবা ৱাহৈগী শরুকপু পৰ্ব্বাঙ্গ[3] কৌই। খুদম :–

খম্বা-খমু। কৌবদি॥ মচিন-মৌপ্পা। অনীনি ! ॥
ৱাগ্রে। খম্বা। ঙসিদি॥ মচেম। দুগী। দমক্তা ! ॥

– অঙাংহল, 'খম্বা থোইবী শৈরেং' (শন সেনবা)

ছন্দ অসিগী অহানবা পরেংগী অহানবা অমসুং অনীশুবা পৰ্ব্বশিংদা পৰ্ব্বাঙ্গ ( । ) অনী-অনী লৈরি। অনীশুবা পরেংগী পৰ্ব্বশিংদা পৰ্ব্বাঙ্গ অহুম-অহুম লৈরি।

---

[1]পৰ্ব্ব = (ৱাহৈগী) তাংকক। [2]পদ = মখোঙ। [3]পৰ্ব্ব + অঙ্গ = পৰ্ব্বগী + কায়াৎ।

মৈতৈলোনগী অয়াম্বা শৈরেংশিংদা পর্ব্ব খুদিংগী পর্ব্বাঙ্গ অনী নৎত্রগা অহুম লৈগল্লি। পর্ব্বাঙ্গ অমদা ৱাহৈ অমদগী অহুম ফাওবা অমসুং মাত্রা অনীদগী মরিফাওবা লৈগল্লি।

## চরণ

ছন্দদা পূর্ণযতি অমদগী অতোপ্পা পূর্ণযতি অমফাওবগী মনুংদা লৈবা ৱাহৈশিংগী শরুকপু চরণ[১] কৌই। খূদম :—

(ক) খম্বা খমু কৌবদি মচিন-মৌপ্পা অনীনি!।
ৱাপ্রে খম্বা ঙসিদি মচেম দুগী দমক্তা!।।

— অঙাংহল, 'খম্বা থোইবী শৈরেং' (শন সেনবা)

মফম অসিদা 'অনীনি' অমসুং 'দমক্তা' হায়বা ৱাহৈশিংগী অরোইবদা চরণ অমমম লৈরি।

(খ) সমাজগী ইতিহাস
মপূং ফাদে মপূং ফাদে।।।
খুল্লক্তা শানবা ৱারী
মরীক চূমদে মরীক চূমদে।।।

— কমল, 'নির্জ্জনতা'

খূদম অসিদা 'মপূং ফাদে' অমসুং 'মরীক চূমদে' ৱাহৈশিংগী মতুংদা চরণ অমমম লৈরি।

চরণ হায়রগা ছন্দ অমগী পরেং অমবু হেক্তমক খঙনদে। পূর্ণযতিনা চরণগী ঙমখৈ ওইগদবনি।

## পদ (পাদ)

অর্দ্ধযতিনা ঙমখৈ ওইবা ছন্দগী শরুকপু পদ[২] নৎত্রগা পাদ[৩] কৌই। মসিবু পর্ব্ব হায়নসু খঙনৈ। খূদম :—

ম্লাঙোই খুরুপ খৌদুনা নুংথিল কোরৌহনবনা
নোংচুপ চীংয়া তমখরে।

— চাউবা, 'লমগী চেক্লা অমদা'

---

[১]চরণ = মখোঙ। [২]পদ = মখোঙ। [৩]পাদ = মখোঙ।

ছন্দ অসিদা (১) য়াঙ্গোই খুরুপ থৌদুনা, (২) নুংথিল কোরৌহনবনা, অমসুং (৩) নোংচুপ চীংয়া তমথরে হায়বা পদ অহুম লৈ।

ছন্দ অমদা পদশিংনা চরণ শাগৎলি। অয়াম্বা শৈরেংশিংদা চরণ অমদা পদ ২, ৩, ৪, ৫, ৬ নৎত্রগা ১৪ লৈগল্লি। পদ খুদিংমক্কী বর্ণ নৎত্রগা মাত্রা অথন্নবা ছন্দগী নিয়ম মতুংইন্না অকক্লবা মশীংগী ওইগদবনি।

## স্তবক

মপূং ওইবা ভাব অমা শাগৎনবগীদমক চরণ খরনা পূনশিল্লকপা শৈরেংগী মতৃপ ওইবা শরুক অদুবু স্তবক[১] কৌই। খূদম :—

পোকমিন্নরগা লৈগী জাৎতা,
শাৎচগে লৈখোক অমদা।
পোকমিন্নরগা উচেক্কী মপোক্তা
তোংমিন্নজগে উশা খুদিংদা।
হৌমিন্নরগা পাম্বী ওইনা,
য়েৎচগেনে উরী ওইদুনা।

— কমল, 'মাধবী'

ছন্দ অসিদা চরণ অহুম্না স্তবক অমা শারি।

## লয় (গতি)

ছন্দগী ঈচেল নাইবা খোঙচৎপু লয়[২] নৎত্রগা গতি[৩] কৌই। খূদম :—

চেক্লা নঙবু কনানো ?
লমদম কৈদবু খোংবনো ?
নুংশিবা নখোন্দা তারিবা ?

— চাউবা, 'পি-থাদোই'

ছন্দ অসিগী চরণশিং লেংশিল্লক্লিবা থাহৈশিংগী মওঙনা ছন্দ অসিদা ঈচেল নাইবা খোঙচৎ অমা লৈহল্লি। ঈচেল নাইবা খোঙচৎ অসিবু লয় নৎত্রগা গতি হায়না খঙনৈ।

---

[১]স্তবক = চৈঙ্গা (শৈতৃপ)। [২]লয় = চাং নাইবা খোঙথাং। [৩]গতি = খোঙচৎ।

লয় (গতি) না ছন্দগী ফজবা হেনগৎহল্লি। লয় (গতি) লৈত্রবদি অকক্লবা মশীংগী বর্ণ অমসুং মাত্রা লৈরবসু ছন্দগী খোঙচত্তা ঈচেল নাইবা থোৎ-নৌবা শক্তম লৈতে; ঈচেল নাইদবা ৱারেং (গদ্য) মানবা করেঙ-কন্দানবা শক্তম লৈরকই। খূদম ওইনা,

কনানো চেক্লা নঙবু ?
কৈদবু লমদম খোংবনো ?
তারিবা নুংশিবা নখোন্দা ?

হায়রবদি ছন্দগী ঈচেল নাইবা খোঙচৎ (লয়) লৈতবা মরম্না ছন্দগী ফজবা লৈত্রে।

লয় নৎত্রগা গতিগী মখল অহুম শুই :– (১) দ্রুত, (২) ধীর, অমসুং (৩) বিলম্বিত।

## দ্রুত লয়

ছন্দগী ঈচেল নাইবা অথুবা খোঙচৎপু দ্রুত[১] লয় নৎত্রগা দ্রুত গতি কৌই। দ্রুত লয়গী ছন্দদা চরণশিংগী মাত্রা মশীং য়ামদে, অমসুং পর্ব্বাঙ্গ খুদিংগী অহৌবাময়েক্তা খোঙ্হোক্কী অকনবা শাফূ (স্বরাঘাত) লৈ। খোঙ্হোক (স্বর) কী অকনবা শাফূনা মপূং ওইবা মরম্না দ্রুত ছন্দ বু স্বরাঘাত প্রধান ছন্দ[২] নৎত্রগা স্বর বৃত্ত হায়নসু খঙনৈ। খূদম :–

/ / /
কৌবা। কৌনু। নোং ও।।

/ / /
লোইজীং। লোইয়া। নোং ও।।

/ / /
ঈরেং। ঈথম। নোং ও।।

/ / /
থাংজিং। কোয়রেন নোং ও।।

– 'চীংলোন লাইহুই'

[১]দ্রুত = অথুবা। [২]প্রধান = মরু ওইবা।

শৈরেং মতেক অসিগী খোঙচৎ য়াম্না থুবা মরম্না মসি দ্রুত লয়গী ছন্দনি। পর্ব্বাঙ্গগী ( । ) মনুংচনবা ৱাহৈ খুদিংমক্কী অহৌবা খোম্হোক্তা স্বরগী অকনবা শাফূ ( / ) লৈরি।

## ধীর লয়

ছন্দগী ঈচেল নাইবা অতপ্পা খোঙচৎপু ধীর[১] লয় নৎত্রগা ধীর গতি কৌই। খোঙচৎ অসি তপই, ঈংই অমসুং চীং-লেম্মী। খোঙচৎ অসিদা তান (তাল) নাইনা চিংদুনা হায়দোক্লকপা বর্ণশিংনা মপূং ওই। মরম অসিদগী ধীর ছন্দবু তানপ্রধান ছন্দ নৎত্রগা বর্ণ বৃত্ত হায়নসু কৌনৈ। খুদম :—

কোঙয়াঙ ৱাতোল ফম্বেনা
খোংলি তেঁ-তুঁ চরোয়না, ।।
পামেল উরাং উকোম্না
হেক্লি নেঁ-নেঁ হারিনা। ।।

— মীনকেতন, 'কমলদা'

ছন্দ অসিগী চরণ অনীমক্তা মাত্রা অমমমগী বর্ণ ১৪/১৪ তাল নাইনা চিংলপ-চিংলপ তৌবা উচ্চারণশিংগী ঈচেল অমগা লোয়ননা লাক্লি। বর্ণশিংদা খোম্হোক্কী অকনবা শাফূ (স্বরাঘাত) য়াওদে। মরমশিং অসিদগী ছন্দ অসিবু ধীর লয়গী ছন্দ হায়না খঙনগনি।

## বিলম্বিত লয়

ছন্দগী ঈচেল নাইবা য়াম্না তপ্পা, অথীনবা খোঙচৎপু বিলম্বিত[২] লয় কৌই। লয় অসি ঈচেল নাইদবগুম তৌই; লেঙওম শাওমদবা য়াম্না তপ্পা ছন্দগী খোঙচৎনি। খোঙচৎ অসিদা বর্ণশিংগী মশা-মশাগী ওইবা খোম্হোক (ধ্বনি) না মপূংনি। ধীর লয়দা বর্ণশিংগী অচিংবা সুর লৈবা অদুগুম মসিদা লৈতে। বর্ণ খুদিংমক্কী মাত্রাগী চাং ময়েক শেংনা-শেংনা, মচা খায়না-খায়না উচ্চারণ তৌই। মরম অসিদগী বিলম্বিত ছন্দ বু ধ্বনি প্রধান ছন্দ নৎত্রগা মাত্রা বৃত্ত হায়নসু খঙনৈ। খুদম :—

অয়ুক্তা তাথি নংগী ঈশে
নুমিৎয়ুংবদা লাক্লম্মী লাইরশঙদা

---

[১]ধীর = অতপ্পা। [২]বিলম্বিত = অথীনবা।

নুমিৎতাবদা চঙলক্রমই
উনখিদে নংবু উনহৌদে
খেঙলবা অহিং মমৈসিদা
কৌজরি নংবু হন্না-হন্না।

— বেদজীৎ, 'নীংশিংলক্রে'

শৈরেং মতেক অসিগী বর্ণ খুদিংমক য়াম্না ঈংনা, মচা খায়না খায়না উচ্চারণ তৌবা তাবা মরমদগী ছন্দগী খোঙচৎ য়াম্না থীল্লি। বিলম্বিত লয়গী ছন্দনি।

## স্বরাঘাত (শ্বাসাঘাত)

ৱাহৈগী অথন্নবা ময়েক্তা পীবা খোন্থোক্কী অকনবা শাফুবু স্বরাঘাত[১] নৎত্রগা শ্বাসাঘাত[২] কৌই। খুদম :—

/ / /
সে সে সেবোত্তি।
/ / /
লাইশ্রম মচা ভুবোত্তি।
/ / /
নঙগা ঐগা কাওনসি।
/ / /
কনানা ঙমগে য়েংনসি।

— 'শান্নরোল'

ছন্দ অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈশিংগী উচ্চারণ তৌবা মতমদা খোন্থোক্কী চাংচৎ ওইবা শাফুদগী খর হেন্না কনবা শাফু অমমম ৱাহৈ খুদিংমক্কী অহানবা অক্ষরগী খোন্থোক্তা পীরি। মরম অসিনা ৱাহৈ খুদিংমক অসিগী অহানবা অক্ষরশিং স্বরাঘাত ( / ) য়াওবা অক্ষরশিংনি।

ছন্দগী মনুংচন্না পর্ব্বাঙ্গ অমদা স্বরাঘাত অমতমক লৈগনি। স্বরাঘাত লৈবা ৱাহৈশিংনা কুংশিন্না লাক্রবদি ছন্দগী খোঙচৎ (লয়) অদু থুজিল্লি। স্বরাঘাত লৈবা ৱাহৈশিংনা লথোক্না লাকপগী মতিক ছন্দগী খোঙচৎ অদু তপথরকই।

---

[১]স্বর + আঘাত = খোন্থোক্কী + শাফু। [২]শ্বাস + আঘাত = নুংশাশোরগী + শাফু।

## তান (তাল)

ঈচেল নাইবা খোঙ্হোকশিং শন্নহনবা স্বরগী চাং নাইবা অনেম-অবাং খোঙথাংবু তান[১] নৎত্রগা তাল কৌই। চিংদুনা হায়বা খোঙ্হোক্কী চাংনা ছন্দগী ঈচেলদা অনেম-অবাং নাইহল্লি। মরম অসিনা চাউরাক্লা স্বর খোঙ্হোক্কী অচিংবা সুরবু তান (তাল) হায়না লৌনৈ। লয়গুম তালনসু ছন্দগী খোঙচৎ খঙনহল্লি। লয়না স্বরগী ঈচেল খোঙচৎকা মশা অমতা ওইশিল্লি; তালনা স্বরগী ঈচেলগী অনেম-অবাং খোঙচৎ তাকই। লয়গা তালগা থাদোক্লবা থক য়াদে তালগী খোঙথাং কায়রকপা ছন্দগী মতাং খুদিংমক্তা লয়গী ঈচেলদা অকায়বা লাকই। তাল হায়বসি মহৌশানা স্বর-খোঙ্হোক অনীগী তাইনবা মরক্তা লৈ, স্বরাঘাতকুম্না স্বর মশামক্তা লৈতে। তালগী খোঙথাংনা ছন্দগী মশক লেপ্পা ওন্মী। তালগী খোঙথাং হোংদোক্লগা করিগুম্বা অথন্নবা ছন্দ অমগী চরণবু অতোপ্পা মখলগী ছন্দ অমগী চরণ ওলহনবা য়াই। খূদম :—

| | | নৎত্রগা | | |
|---|---|---|---|---|
| শগোল তোংবা কাইরংবা | | | শগোল তোংবা কাইরংবা |
| । । । | | | । । |
| নঙবু তোংবা য়াঙদেদা | | | নঙবু তোংবা য়াঙদেদা |
| । । । | | | । । |
| লমগী পানা খোঙশাংবী | | | লমগী পানা খোঙশাংবী |
| । । । | | | । । |
| নঙবু শায়বা ঙাঙদেদা। | | | নঙবু শায়বা ঙাঙদেদা। |

— 'খেঞ্জো' ঈশৈ

শৈরেং অসিদা পর্ব্ব খুদিংমক্কী অহানবা, অহুমশুবা অমসুং মঙাশুবা মাত্রাশিংদা (মথক্কী খূদমদা উৎলিবসিগুম) তাল ( । ) পীবা য়াই নৎত্রগা পর্ব্ব খুদিংমক্কী অহুমশুবা অমসুং তরুকশুবা মাত্রাশিংদা তাল পীবা য়াই। অহানবা মওঙগী তালশিং অসি পীরবদি ছন্দ অসি দ্রুত লয়গী স্বরাঘাতপ্রধান স্বরবৃত্ত ওইগনি। অনীশুবা মওঙগী তালশিং অসি ওইহল্লবদি ছন্দ অসি ধীর লয়গী তান প্রধান বর্ণবৃত্তগী মনুং চনগনি।

---

[১]তান = অচিংবা খোঙথাং।

ঋীর লয়গী বর্ণবৃত্তগী বর্ণশিংগী অচিংবা সুরগী তাল য়াম্না মরু ওই। তালশিং অসিনা স্বরশিংবু অমগা অমগা তাইনহন্দুনা ছন্দদা অতপ্পা, অঙৈংবা, ঈচেল নাইবা খোঙচৎ অমা লৈহল্লি।

## তুক (অন্ত্যানুপ্রাস)

ছন্দগী চরণশিংগী অরোইবদা স্বর খোম্হোক মান্নববু তুক[১] নৎত্রগা অন্ত্যানুপ্রাস[২] কৌই। করি করিগুম্বা ছন্দশিংদা চরণগী অরোইবদদা নত্তনা পর্বগী অরোইবশিংদসু তুক লৈবা য়াওই। তুক লৈবা ছন্দবু তুকান্ত[৩] ছন্দ নৎত্রগা মিত্রাক্ষর[৪] ছন্দ কৌই। খুদম :–

মন্নবদি লখীনি; চৎমিন্নসি হৌরুনু
কনানসু য়াররোই।
উমং ফাওনা চৎপনি; হন্না য়েংনা কৌরুনু
কনানসু খুন্নরোই।

— ঝলজিৎ, 'নাইতোম তাবা যাত্রী'

ছন্দ অসিগী চরণ অনীমক্তা অরোইবা খোম্হোক 'রোই' মান্নরি। মসিদা নত্তনা মরক্কী পর্বশিংগী অরোইবশিংদসু 'নি' অমসুং 'নু' খোম্হোকশিং মান্নরি।

তুক লৈতবা ছন্দবু অতুকান্ত ছন্দ[৫] হায়না খঙনৈ। খুদম :–

কুইনা নীংলবা, পুক্লিংগী অপাম্বা
ঙসিদি থুংজবা তারেদো।
হিথক্তা তোংদুনা, ঈপাক্তা তৌবগুম
নৌগী জগোইবু শাজগে।

— চাউবা, 'লোক্তাক মপান্দা'

[অতুকান্ত ছন্দবু অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়নদে। অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মশাগী তোপতোপ্পা শক্তম থর লৈজে।]

---

[১]তুক = খোম্হোক মান্নবা। [২]অন্ত্যানুপ্রাস = য়েংউ লা: ৩৫। [৩]তুক + অন্ত = তুক (না) + লোইবা। [৪]মিত্র + অক্ষর = মান্নবা + ময়েক। [৫]তুকান্ত + অ = তুকনা লোইবা + নত্তবা।

## গণ

ছন্দশাস্ত্রদা গণ[1] হায়রগা বর্ণ (ময়েক) অহুমগী অপূনববু খণ্ডনৈ। খূদম :— সাধনা। মসিদা (সা + ধ + না) অহুম লৈরি। ছন্দশাস্ত্রদা গণ ৮ লৈ :— মগণ, নগণ, ভগণ, য়গণ, জগণ, রগণ, সগণ অমসুং তগণ। গণ খুদিংমক্তা পূল্লিবা ময়েক ৩/৩ অসি গুরু-লঘু বর্ণশিংগী মথং-মনাউ ওইবা অকক্নবা নিয়ম অমগী মতুংইন্না পূল্লি। গণ নিপাল অসিদা মথংশিংনা গুরু গুরু গুরু (খূদম :— বীনাসে), লঘু লঘু লঘু (ঙসিদি), গুরু লঘু লঘু (খোংলনু), লঘু গুরু গুরু (ইঙেল্লে), লঘু গুরু লঘু (চিঙৈন), গুরু লঘু গুরু (কেনখিবা), লঘু লঘু গুরু (উবদা) অমসুং গুরু গুরু লঘু (মালেমথক) বর্ণশিং ওইগদবনি। গণ ৮ অসিগী মনুংদা ৪ অমনা অফবনি, ৪ অমনা ফত্তবনি। ফত্তবা গণনা কবিতাগী মকোক থংনদে। গণ অমমমগী মপু লাই (দেবতা) অমমম লৈ। গণশিং অসি ছন্দদা মতৌ অসুম-অসুম্না শীজিন্নগদবনি হায়বনচিংবা কূপ্পবা নিয়ম কয়ামরুম সংস্কৃত ছন্দশাস্ত্রদা লৈরম্মী। আর্য্যভাষাশিংগী ছন্দশিংদা নিয়ম খরদি হৌজিক ফাওবা শীজিন্নরি। মৈতৈলোনগুম্বা অনার্য্যভাষাশিংগী ছন্দশিংদদি নিয়মশিং অসি থোইনা লৈতে।

## ক্রম

ছন্দদা মাত্রা অমসুং গণগী নিয়ম মতুংইন্না ওইফম থোকপা বর্ণশিংগী মথং-মনাও অদুবু ক্রম[2] কৌই। সংস্কৃত, হিন্দীনচিংবা আর্য্য লোনশিংগী ছন্দশিংদা মাত্রা অমসুং গণশিংগী নিয়ম য়াম্না চেৎনা লৈ। নিয়মশিং অসিগী মতুংইন্না বর্ণশিং থমগদবনি। খূদম ওইনা, সংস্কৃতকী গায়ত্রী ছন্দদা বর্ণ ৮/৮ গী পাদ ৪ লৈগদবনি, পাদ খুদিংমক্কী ৫ শুবা বর্ণ লঘু অমসুং ৬ শুবা বর্ণ গুণ ওইগদবনি। অহানবা অমসুং অহুমশুবা পাদশিং ৭ শুবা বর্ণ গুরু ওইগদবনি। অনীশুবা অমসুং মরিশুবা পাদশিংগী ৭ শুবা বর্ণ লঘু ওইগদবনি। অহানবা অমসুং অহুমশুবা পাদশিংগী অহৌবদা নগণ অমসুং সগণ লৈহল্লোইদবনি। অহানবা অমসুং অহুমশুবা পাদশিংগী বর্ণ ৪ গী মতুংদা য়গণ থমগদবনি। অনীশুবা অমসুং মরিশুবা পাদশিংদা অহানবা বর্ণগী মথংদা রগণ লৈহল্লোইদবনি। অসুম্না ছন্দ শেম্বগী পাক-শনবা অচেৎপা নিয়মশিং আর্য্যভাষাগী ছন্দদদি ক্রম নচিংবগী কূপশিনবা নিয়মশিং অসি লৈতে।

---

[1]গণ = ময়াম। [2]ক্রম = মথং-মনাও।

## ছন্দশিংগী মখল

ভারতকী সাহিত্যদা শীজিন্নরিবা মরু ওইবা ছন্দ মখলশিংগী চাউরাক্লা কাঙলুপ মরি থোক্লা খায়দোকপা য়াই :— (১) মিত্রাক্ষর ছন্দ (২) অমিত্রাক্ষর ছন্দ, (৩) মুক্তক ছন্দ, অমসুং (৪) গদ্য ছন্দ।

### (১) মিত্রাক্ষর ছন্দ

চরণশিংগী অরোইবদা খোঙ্হোক মান্নবা ছন্দবু মিত্রাক্ষর[১] ছন্দ হায়বা খঙনৈ। খোঙ্হোক মান্নবা (তুক) অসি ছন্দগী চরণ ৪ মক্কী অরোইবদা লৈবা য়াই; চরণ ৩ গী নৎত্রগা ২ খক্তগী অরোইবদা লৈবা য়াই। চরণশিংগী মনুংচনবা পর্ব্বশিংগী অরোইবদসু খোঙ্হোক মান্নবা য়াই। অসুম্না চরণগী অরোইবদা নৎত্রগা মনুংদসু খোঙ্হোক মান্নবা অসি অথোইবা মিত্রাক্ষরনি হায়না ছন্দশাস্ত্রদা লৌনৈ। মিত্রাক্ষর ছন্দদা যতিগা ছেদকা পূন্না চৎমিন্নৈ; অর্দ্ধযতি লৈবা মফমদা অর্দ্ধছেদ লৈ অমসুং পূর্ণযতি লৈবা মফমদা পূর্ণছেদ লৈ। খূদম :—

মন্নবদি লম্বীনি; চৎমিন্নসি হৌরুনু
কনানসু য়ারক্লোই।
উমং ফাওনা চৎপনি; হন্না য়েংনা কৌরুনু
কনানসু খুন্নক্লোই।

— ঋলজিৎ, 'নাইতোম ভাবা যাত্রী'

মথক্কী ছন্দ অসিদা পর্ব্ব ৩/৩ গী চরণ ২ লৈ। অহানবা অমসুং মরিশুবা পর্ব্ব, অনীশুবা অমসুং মঙাশুবা পর্ব্ব অমদি চরণ অনীগী অরোইবশিংদা তুক (মিত্রাক্ষর) লৈ। অহানবা, অনীশুবা, মরিশুবা অমসুং মঙাশুবা পর্ব্বশিংগী অরোইবদা অর্দ্ধযতিশিং অমসুং অর্দ্ধছেদশিং পূন্না লৈমিন্নরি; চরণশিংগী অরোইবদা পূর্ণযতি অমসুং পূর্ণছেদ পূন্না লৈমিন্নরি। মরম অসিনা ছন্দ অসি মিত্রাক্ষর ছন্দনি।

মিত্রাক্ষর ছন্দগী মরু ওইবা মখল ৩ লৈ। মদুদি :— (ক) স্বরবৃত্ত, (খ) বর্ণবৃত্ত, অমসুং (গ) মাত্রাবৃত্ত।

---

[১]মিত্র + অক্ষর = মান্নবা + ময়েক।

## (ক) স্বরবৃত্ত

স্বর খোম্থোক্কী অকনবা শাফূ (স্বরাঘাত) না মপূং ওইবা ছন্দ অদুবু স্বরবৃত্ত[১] কৌই। বৃত্ত (ছন্দ) মখল অসিগী পর্ব্বাঙ্গ খুদিংগী নৎত্রগা ৱাহৈ খুদিংগী অহৌবা স্বর অদু খোম্থোক্কী অকনবা শাফূ পীদুনা উচ্চারণ তৌই। মতৌ অসুম্না অকনবা শাফূ পীবা খোম্থোক তোয়না লাকপা মরম্না ৱাহৈশিং থুনা হায়জিল্লকপা দরকার ওই। মসিনা ছন্দ অসিবু অথুবা খোঙচৎ (দ্রুত লয়) কী ওইহল্লি। খোঙচৎ থুবা মরম্না ছন্দ অসিদা চরণশিংগী মাত্রা মশীং য়ামদে। অয়াম্বা মণিপুরী শৈরেংশিংগী স্বরবৃত্তদা মাত্রা ২ + ২ + ৩ গী খোঙচৎকী মাত্রা ৭ / ৭ না চরণ অমমম শাগৎলি। খুদম :—

/ / /
সে। সে। সেবোতি।।
/ / /
লাইশ্রম। মচা। ভুবোতি।।
/ / /
নঙগা। ঐগা। কাওনসি।।
/ / /
কনানা। ঙমগে। য়েংনসি।।

— 'শান্নরোল'

মথক্কী ছন্দ অসিগী ৱাহৈ খুদিংমক্কী অহৌবা স্বরদা স্বরাঘাত ( / ) লৈরি। চরণ খুদিংমক্তা মাত্রা ২ + ২ + ৩ গী খোঙচৎকী মাত্রা ৭ / ৭ অমসুং পর্ব্ব অনী-অনীগী অরোইবদা মিত্রাক্ষর লৈরি।

স্বরবৃত্তবু দ্রুতছন্দ নৎত্রগা স্বরাঘাতপ্রধান ছন্দ হায়নসু খঙনৈ।

## (খ) বর্ণবৃত্ত (অক্ষরবৃত্ত)

বর্ণগী অকক্পবা মশীংনা মপূং ওইবা ছন্দবু বর্ণবৃত্ত[২] নৎত্রগা অক্ষরবৃত্ত কৌই। ছন্দ অসিগী চরণশিংদা বর্ণ (অক্ষর) গী মশীং নিয়ম নাইবা চাং অমগী মতুংইন্না লৈ। মণিপুরী বর্ণবৃত্তদা চাউরাক্না বর্ণ অমগা মাত্রা অমগা মান্নহল্লি। মাত্রা অমমমদা

[১]স্বর + বৃত্ত = স্বরগী + ছন্দ। [২]বর্ণ + বৃত্ত = ময়েক্কী + ছন্দ।

বর্ণ খুদিংমক্কী উচ্চারণ চিংলপ্লা তৌই। অসিগুম্বা অচিংবা স্বর অসিনা বর্ণবৃত্তদা ঈচেল নাইবা খোঙচৎ লৈহল্লি। ঈচেলগী খোঙচৎ অসি ধীর লয়দা তপ্লা, ঈংনা চেৎহে। চরণ অমদা মাত্রা ৭/৭ না শাবা পর্ব্ব অনীদগী হেন্না লৈ। চরণশিংদা যতিগা ছেদকা পূন্না চৎমিন্নে। বর্ণশিংগী উচ্চারণদা স্বরাঘাত থোইনা লৈতে। খূদম :–

| | |
|---|---|
| কোঙয়াঙ ব্রাতোল ফম্বেনা | = বর্ণ ৭ + |
| খোংলি তেঁ-তুঁ চরোইনা, | = বর্ণ ৭ = ১৪ |
| পামেল উরাং উকোন্না | = বর্ণ ৭ + |
| হেক্লি নেঁ-নেঁ হারিনা। | = বর্ণ ৭ = ১৪ |

– মীনকেতন, 'কমলদা'

মথক্কী ছন্দ অসিদা বর্ণ মশীংনা মপূং ওইরি। পর্ব্ব মরিমক্তা বর্ণ ৭/৭ কী মাত্রা ৭/৭ লৈরি। ধীর লয়গী ছন্দনি। বর্ণশিংগী উচ্চারণ খুদিংমক্তা অচিংবা সুর (তান) য়াওরি। চরণশিংগী অরোইবদা মিত্রাক্ষর (অন্ত্যানুপ্রাস) লৈরি। যতিগা ছেদকা পূন্না চৎমিন্নরি।

বর্ণবৃত্তবু ধীরছন্দ নৎত্রগা তানপ্রধান ছন্দ হায়নসু খঙনৈ।

বর্ণবৃত্তগী মরু ওইবা মখলশিং :– (অ) পয়ার, (আ) ত্রিপদী, (ই) চৌপদী, (ঈ) পঞ্চপদী, (উ) চতুর্দ্দশপদী, অসিনচিংবা।

চাউরাক্লা, মখলশিং অসিবু পূন্না পয়ার জাতিগী ছন্দশিং হায়রগসু খঙনৈ। মরমদি মখোয় অসিদা পয়ার ছন্দগী শাজৎ-শক্তম খর নৎত্রগা খর শোয়দনমক য়াওই।

## (অ) পয়ার

চরণ অমদা অক্ষর ১৪ অমসুং পদ (পর্ব্ব) অনী লৈবা ধীর লয়গী মিত্রাক্ষর ছন্দবু পয়ার[1] কৌই।

পয়ার ছন্দদা পদ অনীনা চরণ অমা শাই। চরণ অনীনা স্তবক অমা শাই। চরণ অমদা অক্ষর ১৪ হায়বদি মাত্রা ১৪ লৈ। অক্ষর ১৪ অসি পদ অনীদা মাত্রা

[1]পয় + আর = য়াইফ খূদম + ওইবা করিগুম্বা।

৭ + ৭ কী নৎত্রগা ৮ + ৬ কী খোঙচত্তা লৈ। স্বর খুদিংমক অচিংবা সুর (তাল) য়াওনা উচ্চারণ তৌই। মসিনা ছন্দগী খোঙচৎ তপ্পা, ঈংনা, ঈচেন্দ নাইনা চৎহল্লি। যতিগা ছেদকা পূন্না চৎমিন্নে। চরণশিংগী অরোইবদা খোছোক মান্নে। খূদম :—

নঙবু ফংগে নীংবনা নঙবু ফংন-হৌনব্রা। = বর্ণ ৭ + ৭ = ১৪
নঙবু ফংগোই নীংবনা নঙবু ফংন-হৌনব্রা॥ = বর্ণ ৭ + ৭ = ১৪

— অঙাংহল, 'মিংচৎ থিবা'

পয়ার ছন্দ অসিদা পদ অনী-অনীগী চরণ অনীনা স্তবক অমা শারি। বর্ণ মরি অমসুং অহুমগী খোঙচত্তা পর্ব্বাঙ্গ অনী-অনীনা পদ অমমম শাগৎলি। পূন্না পর্ব্বাঙ্গ মরিগী চরণ অমদা অক্ষর ১৪ লৈ। তানপ্রধান ওইবা ধীর লয়নি। যতিগা ছেদকসু পূন্না চৎমিন্নরি। চরণশিংগীদা নত্তনা পদশিংগী অরোইবদসু মিত্রাক্ষর (অন্ত্যানুপ্রাস) লৈ।

## (আ) ত্রিপদী

চরণ অমদা বর্ণ ২৬ ফাওবগী মনুংদা পদ অহুম লৈবা ধীর লয়গী মিত্রাক্ষর ছন্দবু ত্রিপদী[১] কৌই।

ত্রিপদীগী চরণ খুদিংদা পদ ৩/৩ লৈ। অহানবা অমসুং অনীশুবা পদশিংগী বর্ণ নৎত্রগা মাত্রা মান্নে। অহুমশুবা পদগী বর্ণ মশীং তোঙাল্লি। মণিপুরী ত্রিপদীশিংদা চাউরাক্লা অহানবা, অনীশুবা পদশিং মাত্রা ৬/৬ নৎত্রগা ৭/৭ না শাই, অহুমশুবা পদগী মাত্রা ৫, ৭ নৎত্রগা ৮ ওই। পূন্না চরণ অমদা মাত্রা ২২ ফাওবা লৈ। বাংলা ত্রিপদীশিংদদি চরণ অমগী পূন্না মাত্রা মশীং ২৬ ফাওবা য়ৌই। ছেদকা যতিগা পূন্না চৎমিন্নবা, বাহৈশিংগী অচিংবা সুর (তাল) না মপূং ওইবা, অতপ্পা খোঙচৎ (ধীর লয়) কী ছন্দনি। চরণশিং নৎত্রগা পদশিংগী অরোইবদা মিত্রাক্ষর (তুক) লৈ। খূদম :—

ঈনুং শোরা তৈরক্লে, = বর্ণ ৭ +
চীথে ফিদুপ হল্লক্লে, = বর্ণ ৭ +
কাক্কী লানবাউ শীল্লনি। = বর্ণ ৭ = ২১

— চাউবা, 'মৈতৈ কবি'

---

[১]ত্রি + পদী = অহুম + পদ লৈবা।

চরণশিংগী অশাং-অতেনগী মতুংইন্না ত্রিপদীগী মখল অনী লৈ :— (i) লঘু ত্রিপদী, অমসুং (ii) দীর্ঘ ত্রিপদী।

## (i) লঘু ত্রিপদী

চরণ অমদা বর্ণ নৎত্রগা মাত্রা ২০ ফাওবা লৈবা ত্রিপদীবু লঘু[1] ত্রিপদী কৌই। চরণ খুদিংগী অহানবা, অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা পদশিংদা মথংশিংনা মাত্রা ৬ + ৬ + ৮ (= ২০) নৎত্রগা ৬ + ৬ + ৭ (= ১৯) নৎত্রগা ৭ + ৭ + ৫ (= ১৯) নৎত্রগা ৭ + ৭ + ৩ (= ১৭) ওইনৈ। মথক্কী অহানবগী মাত্রা মশীং অসি বাংলা পদ্যশিংগী লঘু ত্রিপদীদা চৎনৈ, অকোনবগী মাত্রা মশীং মওঙ অহুম অসি মণিপুরী লঘু ত্রিপদীশিংদা চৎনৈ। খূদম :—

চীংদা শাৎপা ইঙেল্লে = বর্ণ ৭ +
চিন্নদনা কেমখিবা = বর্ণ ৭ +
কল্লকই দে। = বর্ণ ৫ = ১৯

— চাউবা, 'ইঙেল্লে'

মফম অসিদা অহানবা অমসুং অনীশুবা পদশিংদা বর্ণ ৭/৭ অমসুং অহুমশুবা পদদা বর্ণ ৫ লৈ। পূন্না চরণ অমদা অক্ষর ১৯ লৈ।

## (ii) দীর্ঘ ত্রিপদী

চরণ অমদা বর্ণ নৎত্রগা মাত্রা ২০ গী মথক্তা লৈবা অশাংবা ত্রিপদীবু দীর্ঘ[2] ত্রিপদী হায়না কৌনৈ। অয়াম্বা মৈতৈলোনগী দীর্ঘ ত্রিপদীশিংগী অহানবা অমসুং অনীশুবা পদশিংদা বর্ণ ৭/৭ ওইরগা অহুমশুবা পদদা বর্ণ ৭ নৎত্রগা ৮ লৈ। অয়াম্বা বাংলা দীর্ঘ ত্রিপদীশিংদা বর্ণ ৮ +৮ + ১০ (= ২৬) গী খোঙচৎ ওই। মৈতৈলোনগী দীর্ঘ ত্রিপদীগী খূদম :—

য়াঙ্গোই খুরুপ থৌদুনা নুংথিল কোরৌহনবনা
নোংচুপ চীংয়া তমথরে। = বর্ণ ৭ + ৭ + ৭ = ২১
লাঙ্গোল য়োৎলম ফাৎলম্বা য়োৎলৈ নোংথাং শারম্বা
ওয়া মশিন থাথরে। = বর্ণ ৭ + ৭ + ৭ = ২১

— চাউবা, 'লমগী চেক্লা অমদা'

---

[1]লঘু = অতেনবা। [2]দীর্ঘ = অশাংবা।

মফম অসিদা পদ অহুম্না চরণ অমা শারি। পদ খুদিংদা বর্ণ ৭/৭, পূন্না চরণ খুদিংদা বর্ণ ২১ লৈ। মৈতৈলোনগী দীর্ঘ ত্রিপদীনি।

## (ই) চৌপদী

চরণ অমদা বর্ণ ৩৫ ফাওবগী মনুংদা পদ মরি লৈবা থীর লয়গী মিত্রাক্ষর ছন্দবু চৌপদী[1] কৌই।

চৌপদীগী চরণ খুদিংদা পদ ৪/৪ লৈ। অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দনি। মসিদা যতিগা ছেদকা পূন্না তামিন্নৈ। চরণশিংগী অরোইবদা তুক (অন্ত্যানুপ্রাস) লৈ। পদ মশীং য়াম্নকপা মরম্না তুকী নিয়ম অদুক হাক্লদি চেপ্তে। খুদম :—

| | |
|---|---|
| মেলৈ লৈন্না নুংজুম্পাল, | = বর্ণ ৭ + |
| কদাম্বদি লৈনুংশি, | = বর্ণ ৭ + |
| লৈরাং লৈচন খঙদনা, | = বর্ণ ৭ + |
| মাঙগদবা পাম্মুইদো ! | = বর্ণ ৭ = ২৮ |

— চাউবা, 'চীংগী লৈরাং অমদা'

চৌপদীগী মখল অনীনি :— (i) লঘু চৌপদী, অমসুং (ii) দীর্ঘ চৌপদী।

### (i) লঘু চৌপদী

চাউরাক্লা বর্ণ ২৮ ফাওবগী অতেনবা চৌপদীবু লঘু[2] চৌপদী কৌনৈ। মণিপুরী লঘু চৌপদীশিংগী পদ মরিদা বর্ণশিংগী খোঙচৎ ৭ + ৭ + ৭ + ৭ (= ২৮) নৎত্রগা ৬ + ৭ + ৬ + ৭ (= ২৬) ওইনৈ। বাংলা লঘু চৌপদীদা অহানবা, অনীশুবা, অহুমশুবা পদশিংদা বর্ণ ৬/৬ মান্ননা লৈ; মরিশুবা পদদা বর্ণ মঙা নৎত্রগা খর হেন্না লৈ, অনীশুবা চরণগী মরিশুবা পদগা মান্নৈ। মওঙ অসি মণিপুরী চৌপদীশিংদা শীজিন্নদে। খুদম :—

| | |
|---|---|
| মেলৈ লৈন্না নুংজুম্পাল, | = বর্ণ ৭ + |
| কদাম্বদি লৈনুংশি, | = বর্ণ ৭ + |
| লৈরাং লৈচন খঙদনা, | = বর্ণ ৭ + |
| মাঙগদবা পাম্মুইদো ! | = বর্ণ ৭ = ২৮ |

---

[1]চৌ + পদী = মরি + পদ লৈবা। [2]লঘু = অপিকপা (অতেনবা)।

থায়নগী লৈরাং অমনবা, = বর্ণ ৭ +
মন্ন মন্ন লৈনুংশি, = বর্ণ ৭ +
লৈরাংবিনবা লৈত্তবনা, = বর্ণ ৭ +
লৈম নিংথৌ মৌম্রেদো ! = বর্ণ ৭ = ২৮

— চাউবা, 'চীংগী লৈরাং অমদা'

পীরিবা লঘু চৌপদী অসিগী পদ খুদিংমক বর্ণ ৭/৭ না শারি অমসুং চরণ অনীগী অরোইববদা তুক লৈরি।

## (ii) দীর্ঘ চৌপদী

চরণ অমদা বর্ণ ২৮ গী মথক্তা লৈবা অশাংবা চৌপদীবু দীর্ঘ চৌপদী কৌই। বাংলা দীর্ঘ চৌপদীশিংগী অহানবা পদ অহুমদা বর্ণ ৮/৮ মান্নবা লৈ, মরিশুবা পদদা ১/২ হুছে। মণিপুরী দীর্ঘ চৌপদীশিংদদি বর্ণশিংগী মশীং অকক্লবা লৈতবগুম তৌই। চাউরাক্লা পদ খুদিংদা বর্ণ ৮, ৯ নৎত্রগা ১০ না মপুং ওই। খুদম :—

ঈংলবা উমং ময়ায়দা = বর্ণ ৮ +
চীক্লবা চীংয়া-তময়াদা, = বর্ণ ৮ +
শোঙলবা নারক শীংলক্তা = বর্ণ ৮ +
লৈফম্লি লাইবকথীবীগী। = বর্ণ ৮ = ৩২
হৈ-রা হৌবা হৈকোন্দা, = বর্ণ ৮ +
লৈ-শুনা লৈতেংবা লৈকোন্দা = বর্ণ ৯ +
অচৌবা চীংগী চীংদোন্দা, = বর্ণ ৮ +
শান্নফম্লি পাঙ্গল শোনবীগী। = বর্ণ ৯ = ৩৪

— কমল, 'নির্জ্জনতা'

মথক্কী দীর্ঘ চৌপদী অসিগী পদশিং অক্ষর ৮ অমসুং ৯ না শাগৎলি। চরণ অনীগী অরোইববদা মিত্রাক্ষর লৈরি।

## (ঈ) পঞ্চপদী

চরণ অমদা পদ মঙা লৈবা ধীর লয়গী মিত্রাক্ষর ছন্দবু পঞ্চপদী[১] কৌই। ছন্দ অসিগী পদ অমমমদা বর্ণ ৬ তগী তাদনা লৈ। ধীর লয়গী ছন্দনি। ছন্দ অসিদা

[১]পঞ্চ + পদী = মঙা + পদ লৈবা।

যতিগা ছেদকা পূন্না চৎমিন্নে। চরণশিংগী অরোইবদা মিত্রাক্ষর (তুক) লৈ। পদ য়াল্লকপা মরয়া মিত্রাক্ষরগী নিয়ম অদুক হাক্লা চেন্তে। খুদম :—

ভাগীরথী গঙ্গাগুম শেংলবী, = বর্ণ ১০
কালিন্দী যমুনাগুম পূক্তম্নী, = বর্ণ ১০
ত্রিবেণীগুম মমিং চৎলবী, = বর্ণ ৯
তীর্থ পূম্বদই অথোইবী, = বর্ণ ৮
মৈত্তে খোংজোম তীর্থনি। = বর্ণ ৮ = ৪৫

— নীলবীর শাস্ত্রী, 'খোংজোম তীর্থ'

## (ঙ) চতুর্দ্দশপদী

ধীর লয়দা চরণ ১৪ না শাগৎপা মিত্রাক্ষর পয়ার ছন্দবু চতুর্দ্দশপদী[১] কৌই। অঙ্গ্রেজীদা ছন্দ মখল অসিবু Sonnet হায়না খঙনৈ। ছন্দ অসিগী চরণ ১৪ বু চরণ ৮ অমসুং চরণ ৬ কী কাগুলুপ অনী থোক্লা খায়দোকই। চরণ অমমমদা বর্ণ ৭/৭ কী পৰ্ব্ব অনী হায়বদি বর্ণ ১৪ লৈ। চরণশিংগী অরোইবদা মিত্রাক্ষর (অন্ত্যানুপ্রাস) চাংচৎ অমগী মতুংইন্না লাকই। খুদম :—

য়ারবা পুশী'সিনা মূন মূন য়েংলম্মী
মতম কৌবী ঈপাক্কী নুংন কোয়বা খোঙবান্দা
পীক্ল পীক্ল হক্লিবা ময়েক লাবা ময়িদা
মশক খঙগে তান্দুনা মূন মূন য়েংলম্মী।
চেল্লি তৎপ নাইদনা ঈপোম চাউনা ঈচেন্না
কয় কয় য়ৈরম্মী নুংপাকশিংনা লৈবদো
লাক্লে হোৎনৈ মুখৎকে ময়েকশিংনা তাবদো
গুকমূৎ মূৎলু য়ারমদে হেল্লি থোইনা লংবনা।
হয়'মুক্তং য়েংদুনা ময়েকতুন লাউরকখি
খোঞ্জেলদুনা হৌবনা ঈরাউখোনবু নঙ্কৎখি
''মীওইপোক্কী লাইশিংগী অফ'থৌগী মণিনে
মাঙকদ্রবা ফম্বান্দ খিল্লদ্রবা উরোংনে

[১]চতুর্দ্দশ + পদী = তরামারি + পদ লৈবা।

বিশ্ব তাইবংপানবন কপ্ন কপ্ন লোইথিনি —
নূংদা ইবা ঐখোয়না নোক্ল নোক্ল লৈহৌনি।

— দয়েন্দ্রজিৎ, 'স্মৃতি'

পীরিবা ছন্দ অসি চরণ ১৪ না শাগৎলি। চরণ খুদিংমক্তা বর্ণ ৭/৭ কী যতিদা পূন্না বর্ণ ১৪ লৈ। ধীর লয়নি। মিত্রাক্ষর চাংচৎ অমা ওইনা লৈ। অহানবা চরণ ৮ গী মিত্রাক্ষর চাংচৎতি — চরণ অহানবগা মরিশুবগা, অনীশুবগা অহুমশুবগা; মঙাশুবগা নিপানশুবগা অমসুং তরুকশুবগা তরেৎশুবগা মিত্রাক্ষর ওই। মথংগী লেমহৌবা চরণ ৬ কী চাংচৎতি— মাপলশুবগা তরাশুবগা; তরামাথোইশুবগা তরানীথোইশুবগা অমসুং তরাহুমদোইশুবগা তরামরিশুবগা মিত্রাক্ষর ওই।

## (গ) মাত্রাবৃত্ত

মাত্রাগী অককপবা মশীংনা মপূং ওইবা ছন্দবু মাত্রাবৃত্ত[১] হায়না খঙনৈ। ছন্দ অসিদা বর্ণগী মশীং থোইদোক্লা মরু ওইদে, বর্ণশিং অদুনা পুরিবা মাত্রাশিংগী মশীংনা মরু ওই। বর্ণবৃত্তশিংদা বর্ণ অমনা মাত্রা অমা চাউরাক্লা ওইবগী খোঙচৎ অদু মাত্রাবৃত্তদা ওইদে। মসিদা বর্ণ খুদিংমক য়াম্না ঈংনা, তপ্না, মাত্রা মশীং ময়েক শেংনা-শেংনা উচ্চারণ তৌই, হায়বদি বর্ণ পূম্নমক ঈংনা, মচা খায়না-খায়না পাথোকই। বর্ণবৃত্তদা য়াওবা অচিংবা সুর (তান) অদু মসিদা লৈতে। মরম অসিনা বৃত্ত (ছন্দ) অসিদা বর্ণশিংগী খোঙচৎ য়াম্না তপই, থীল্লি। বিলম্বিত লয়গী লেঙঙম-শাঙমদবা খোঙচৎনি। খূদম :—

অয়ুক্তা তাখি নংগী ঈশৈ
নুমিৎয়ুংবদা লাক্লম্মী লাইরশঙদা
নুমিৎতাবদা চঙলক্লমই
উনখিদে নংবু উনহৌদে
থেংলবা অহিং মমৈসিদা
কৌজরি নংবু হল্লা-হল্লা।

— বেদজিৎ, 'নীংশিংলক্লে'

[১]মাত্রা + বৃত্ত = মাত্রাগী + ছন্দ।

## (২) অমিত্রাক্ষর ছন্দ

অমিত্রাক্ষর[1] ছন্দ হায়বসি অঙ্গ্রেজী কবিতাগী Blank Verse কী মওঙ য়েংদুনা বাংলা লোনদা পুথোক্লম্বা মাত্রা ১৪ গী ছন্দ মখল অমনি। মসি মিত্রাক্ষর ছন্দগা ওন্ন-তৈনৈ। ছন্দ অসিদা চরণশিংগী মমৈগী না-পু তাবা মান্নবা (অন্ত্যানুপ্রাস) লৈতে। মতম পুম্নমক্তা যতিগা ছেদকা পুন্না লৈমিন্নগদবনি হায়বা নিয়ম লৈতে। যতিনা মহৌশাগী নিয়ম কায়দনা মাত্রা ৭/৭ কী মতুংদা লৈরবসু অর্থগী তাক্কক মতুংইন্না ছেদকী লৈফম মনীং-তম্না লৈ। চরণশিংগী মমৈদা না-পু তাবা মান্নহনবগী তঙাই ফদবা নিয়ম লৈত্রবা মরম্না অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ভাব হেন্না মনীং তম্না ফোঙদোকপা য়াই। ছন্দগী লেপফম যতিগা অর্থ (ভাব) কী লেপফম ছেদকা তোঙান-তোঙান্না লৈনবা মরম্না লেপফম মখল অনী অসিনা অমগা অমগা কোৎশিন্নদুনা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী উচ্চারণদা তৎপা নাইদবা ঈচেল অমা লৈহল্লি। ঈচেল অসিনা যতি অমসুং ছেদকী লেপফম-লেপফম খুদিংদা হন্না-হন্না উরু-রু লৈশিন-লৈশিন্দুনা চেম্ববা মরম্না অমিত্রাক্ষর ছন্দবু য়াম্না ঈংনা ফজবা, চীং লেম্বা, কায়াৎ চেকশিনবা ছন্দ মখল অমা ওইহল্লি। ছন্দ মখল অসিদা ৱাখলগী লেপ্তবা ঈচেলনা স্তবক (stanza) কী অচেৎপা নিয়ম লৈহনদে। মতৌ অসুম্না শম্না,

চরণশিংগী মমৈদা অন্ত্যানুপ্রাস লৈতবা, যতিগা ছেদকা অয়াম্বা মতমদা পুন্না লৈমিন্নদবা অমসুং চরণ মশীং, স্তবক খায়দোকপা অসিনচিংবগী অচেৎপা নিয়ম লৈতবা মাত্রা ১৪ গী ছন্দ মখল অমবু অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়না খঙনৈ। খূদম :—

> **ৱারি অসি তারগা *। তূক্কচরে বৈদেহি।**
> **রাজভোগ'সি *। ইবেম্মা, *। থাদোক্লুনা নিংথৌগী।**
> **নুংঙাইবসি, * চৎনিংলে। বন্দা অসুম লৈনবা *।।**
> **খম্নুবদা * অদুবু। পুকনিং'সিদা কিরকই *।।**

— নবদ্বীপচন্দ্র, 'মেঘনাদ বধ কাব্য' (অনু)

অমিত্রাক্ষর ছন্দ অসিগী মাত্রা ১৪/১৪ গী চরণশিংদা তুক (অন্ত্যানুপাস) লৈতে, যতি (।) অমসুং ছেদ (*) কী লৈফম তোঙান-তোঙাল্লি। ছন্দ অসিদা ঈহলগী অমসুং ৱাফোঙদোক্কী অঈংবা, লেপ্তবা ঈচেল অমা লৈরি।

---

[1]মিত্র + অক্ষর + অ = মান্নবা + ময়েক + নত্তবা।

## (৩) মুক্তক ছন্দ

ছন্দগী মপাঙ্ছোংগী শক্তম — পদ, চরণ, পর্ব্বনচিংবা— গী নিয়মশিংদগী নাঙ্ছোক্লবা থীর লয়গী তানপ্রধান ছন্দবু মুক্তক¹ ছন্দ হায়না খঙনৈ। ছন্দ অসিদা পদশিংগী অকক্লবা মশীং লৈতে। চরণশিংগী মাত্রা মশীং মান্নদে। পর্ব্ব খুদিংগী মাত্রা মশীংসু খেন্নৈ। পদ নৎত্রগা চরণগী অরোইবশিংদা অন্ত্যানুপ্রাসকী নিয়ম লৈতে। অদুবু ছন্দগী মশা পূম্নমক্তা তেনবা শাংবা মান্নদবা পদশিংনা পূনশিল্লগা ভাবগী অতৎপা লৈতবা ঈচেল অমদি লৈ। অক্ষরশিংগী উচ্চারণদা চাউরাক্লা অচিংবা সুর (তাল) য়াওই। অয়াম্বা মতমদা ছন্দগী খোঙচৎ থীর লয়দা ঈংনা তপ্লা চৎলি। খূদম :—

### মিত্রাক্ষর ছন্দ অমসুং অমিত্রাক্ষর ছন্দ চাউরাক্লা চাংদম্নবা —

ছন্দ মখল অনী অসিগী মান্নবা মওঙদি চরণগী মাত্রা মশীং ১৪/১৪ চাউরাক্লা ওইবা অসিতনি। মান্নদবা মওঙশিংগী মনুংদা মরু ওইবদি :— (১) মিত্রাক্ষর চরণশিংগী তুক (অন্ত্যানুপ্রাস) নিয়ম অমিত্রাক্ষর চরণশিংদা লৈতে। (২) তুককী নিয়ম অসিনা মিত্রাক্ষর চরণশিংদা কবিগী ৱাখল নীংতম্না ফোঙদোক্লীংবা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা ফোঙদোকপা ওইথোক্তে; অমিত্রাক্ষর ছন্দদা তুক লৈতবনা কবিনা শীজিন্ননীংবা ৱাহৈ-ৱাতা শীজিন্নবগী নীং-তম্বা ফংই। (৩) মিত্রাক্ষর চরণদা যতিগা ছেদকা মতম পূম্নমক্তা পূন্না লৈমিন্নৈ; অর্দ্ধযতি লৈফমদা অর্দ্ধছেদ লৈ; পূর্ণযতি লৈফমদা পূর্ণছেদ লৈ। অমিত্রাক্ষর চরণদা যতিগা ছেদকা তঙাইফদনা পূন্না লৈমিন্নবগী নিয়ম অসি লৈতে। যতি লৈফমদগী তোপ্পা লৈনীংবা মফমদা ছেদ লৈ। (৪) মিত্রাক্ষর ছন্দদা যতিগা ছেদকা পূন্না লৈমিন্নবা মরম্না ছন্দগী ঈচেলদা ৱাখলগী ঈহূল যতি অমসুং ছেদকী ভপূনবা লৈফমদা অমুক-অমুক নৌহৌনবগুম তৌই। অমিত্রাক্ষর ছন্দদা যতিগা ছেদকা পূন্না লৈমিন্নদবা মরম্না ছন্দগী ঈচেল লেপ্পা নাইদনা, চীং লেম্না চেম্ছৈ; ৱাখলগী ঈহূল অমগা-অমগা শম্নদুনা ছন্দনা লোইদ্রিবফাওবা চখে। (৫) মিত্রাক্ষর ছন্দগী ঈচেল অমুক-অমুক নৌহৌনবা নাইবা মরম্না পর্ব্বশিংগী মরী অদুক হাক্লা চেৎশিন্দে হায়বা য়াই। অমিত্রাক্ষর ছন্দদা ঈহূলশিংনা লেপ্পা নাইদনা চেম্ছবা মরম্না পর্ব্ব-পর্ব্বাঙ্গশিংগী মরী অমগা-অমগা য়াম্না চেৎশিন্নদা লৈ। (৬) মিত্রাক্ষর ছন্দদা চরণ মশীং অমসুং স্তবকী শাংবা-তেনবগী অচেৎপা নিয়ম লৈ। অমিত্রাক্ষর ছন্দদা চরণ মশীংগী অমসুং স্তবক খায়বগী থোইদোকপা অচেৎপা নিয়ম লৈতে।

¹মুক্তক = নাঙ্ছোক্লবা।

হিংলুগে লাকপনি
শিনবা থুংলরে
হৌজিক্তি পান্নক্লে শিদ শিবা
খমুং শন্নাগী খোঙচৎ।
পুন্নী হায়বসি অরেম্বনি
ওইদবদা শৌগৎলিবা শন্থীয়েল মপৈনি।
ঐদি কনাবুসু য়েংনীংদ্রে
কনামত্তসু নুংশিদ্রে
মীদি মীসু নৎত্রবদা !
মতৈ-মনাও মপা-মচা
মরূপ-মপাঙ
ফজনবা থোনজিনবা মিংনি লৈতেংগী
নৎত্রবদবু করিগী
অশেম্বা মীৎয়েং য়েংনগনি
মথোয় মশেল মক্তদা।

— ইবোপিশক, 'লমশি'

## (৪) গদ্য-ছন্দ

ছন্দগী ঈহুল শাগোন্নবা গদ্যবু গদ্য-ছন্দ[১] হায়না খঙনৈ। ছন্দ মখল অসিদা পদ্যগী ছন্দদা লৈবগুম যতি, ছেদ, পদ, মাত্রা, অন্ত্যানুপ্রাস অসিনচিংবগী নিয়ম থোইদোকপা লৈতে। নিয়ম খুদিংমক্তগী ছন্দ অসি মপুংফানা মনীং তম্মী। পরিং নাইনা চত্থগদবা গদ্যগী ৱাহৈ-ৱাতাশিংবু পদ্যগী ঈৱায়-ঈনিল লৈবা মতাংচাবা মতুপ-মতুপ কয়া থোক্লা ককথৎপা য়াহনবা ছন্দগী মওঙনি। ছন্দ অসিগী শক্তম মপাম্বোংগী শৈরেংগী ওইবা নিয়ম ঙাকপনা নত্তে, ৱারেংগী মনুং হুঞ্জিন্না লোন্না-থুপ্না চেনবা থোং-নৌবা ভাবকী ঈচেলনা ওইহনবনি। খুদম :—

থম্বাল চামনিপাল অমখক
শাৎতোক্লকই লৈকা চোন্না

[১]গদ্য = ৱারেং।

মরীন চুম্না থিনগৎতুনা
নুংশানা য়াক্লবা আকাশতুদা।
থম্বালসে ফজে
থম্বালদো য়েংবা য়াই
হায়কেৎ নিল্লকই
পানা মরিদা।

— শ্রীবীরেন, 'থম্বাল চামনিপাল'

পরিং ওইনা ইথবা গদ্যদসু গদ্যছন্দগী শক্তম লৈবা য়াই। অসিগুম্বা গদ্যগী পরিং নাইবা ব্রাহেশিং অসিবু মতাং চানা-চানা মতুপ কয়া থোক্লা খায়দোক্লগা শৈরেংগী মপাম্ভোংগী মশক লৌহনবা য়াই। খূদম ওইনা,

**হৈছক-হৈরোল য়াম্বা মতমনি।/হৈথাং অমা লৌরক্লে।/নাউব্রা ওইরিঙেগী শামরোয়/অঙাং অনীদো মথোক-কাবগীনা/নুংশি-চায়খোয়নদারোয় ওনগদৌরে।/করিগী ওন্দনিঙঙাই লৈ !/লৈরাং ওইবশিংনা/লৈহী মথেল লাংজবা/খোইমু ওইবশিংনা/মবুক পেয়া থকচবা/মতম মানা তেংবাংবা/মালং মাগী মালংচৎনি।**

— মীনকেতন, 'খোংনাং হোগাইবী'

## মণিপুরী ছন্দগী শক্তম

মণিপুরী লোল হায়বসি কিরাট লোল কাঙলুপকী মনুংচনবা অনার্য্য লোল অমনি। মরম অসিনা সংস্কৃত, বাংলা, হিন্দীনচিংবা ভারতকী অতে আর্য্য লোনশিংদা ফংবা ছন্দগী শক্তমশিংগা মণিপুরী লোলগী ছন্দ হায়বদি লৈবাক অসিদা পোক্লুনা হান্নদগী লৈরক্লবা ছন্দগী শক্তমগা চাউনা খেন্নবা খর লৈ। মরু ওইবা খরদং নৈনরবদা:

মণিপুরী ছন্দদা মাত্রানা মপূং ওই। চরণগী পর্ব্ব-পর্ব্বাঙ্গ খুদিংমক অয়াম্বা মতমদা মাত্রাগী অকক্লবা মশীংনা শাগৎলি। সংস্কৃত, হিন্দীনচিংবগী ছন্দশিংগী মতৌগুম অক্ষর মশীং থীবা নৎত্রগা স্বর খোম্ভোক্কী অতেন-অশাং (হ্রস্ব-দীর্ঘ) য়েংবগী মওঙ মণিপুরী ছন্দদা লৈতে। পর্ব্বনা মণিপুরী ছন্দগী মপূং ওইবা কায়াৎ ওই। পদ নৎত্রগা চরণনা ছন্দগী শক্তম লেপ্পা ঙম্না মপূং ওইবা কায়াৎ ওইবগী

মতৌদু মণিপুরী ছন্দদা লৈতে। মণিপুরী ছন্দনা পর্ব্বদা মরু ওইবা মীৎয়েং থম্মী। মাত্রা মশীং পর্ব্ব খুদিংদা মান্নহল্লি; চরণ খুদিংদা মান্নহনবগী মীৎয়েং লৈতে। পর্ব্ব অমগী মাত্রা মশীংনা ছন্দগী শক্তম লেম্মী। পর্ব্বাঙ্গ অমসুং পর্ব্বগী মওঙনা ছন্দগী মশক শাগৎলি। মণিপুরী ছন্দদা মাত্রা মশীং লেপ্নবগী অকক্নবা অচেৎপা নিয়ম লৈতে। সংস্কৃত, হিন্দীনচিংবা আর্য্য লোনশিংগী ছন্দদা স্বরগী অতেন-অশাং (হ্রস্ব-দীর্ঘ), তপ্নবা ব্যঞ্জন ময়েক, হলন্ত ব্যঞ্জন, অনুস্বার, চন্দ্রবিন্দু, বিসর্গ অসিনচিংবা য়াওবা খোঞ্জোকশিংগা মরী লৈনবা মাত্রাগী অতেন-অশাং (লঘু-গুরু) গী কূপ্পবা অচেৎপা নিয়ম কয়া লৈ। অদুবু স্বর খোঞ্জোকী অক্রম-অয়াং লৈবা অনার্য্য লোন ওইবা মৈতৈলোনগী ছন্দদদি মাত্রা অতেন-অশাং (লঘু-গুরু) গী অচেৎপা নিয়মশিং লৈতে। মণিপুরী ছন্দদা চাউরাক্না খোঞ্জোক (অক্ষর, syllable) অমগা মাত্রা অমগা মান্ননা লৌনৈ। অদুবু করি-করিগুম্বা মতমদা ছন্দগী খোঙচৎ (লয়) য়েংদুনা খোঞ্জোক (অক্ষর, syllable) অমদা মাত্রা মশীং অমদগী হেন্না লৌবসু য়াওরকই। অসুম্না মতাং-মতাংগী মতুংইন্দুনা খোঞ্জোক অমনা মাত্রা অনী/অহুম/মরি ফাওবা ওইরকই। মথক্কী অসুম্না দরকারগী মতুংইন্না স্বর খোঞ্জোক শাংনা চিংদুনা খোঞ্জোক অমদা মাত্রা মশীং অমদগী হেন্না লৈহনবগুম করি-করিগুম্বা মতাংদা দরকারগী মতুংইন্না খোঞ্জোক অনী/অহুমু য়াম্না থুজিন্না খোঞ্জোক অমথক্তগুম হায়জিন্দুনা খোঞ্জোক অনী/অহুমদা পূন্না মাত্রা অমথক্তমক লৌবসু য়াওই। অসুম্না চিংথোক চিংশিন তৌদুনা খোঞ্জোক অমগী মাত্রা তাহেন নাইবসি য়াম্না তোয়না থোকপদি নত্তে।

## হেপলি

ছন্দবু অরিবা মৈতৈলোনদা হেপলি হায়না খঙনরম্মী, অসুম্না অখঙ-অহৈ খরনা মত পী। হেপলিগী মখলশিংগী মনুংচন্না হেপলি থাঙয়ৈ, হেপলি পাবোৎ অসিনচিংবা ছন্দশিংগী মমিং পেনা ওঝাশিংনা পন্নে। অদুবু হেপলি অমসুং হেপলিগী মখলশিংগী চপচাবা অশেংবা শক্তম বৈজ্ঞানিক ওইনা ঙসিফাওবা ময়েক শেংনা পুথোকপদি ঙম্মদ্রি।

চাউরাক্না, হেপলিগী মনুংচন্না মণিপুরী ছন্দগী খোঙচত্তা পর্ব্ব অমদা মাত্রা ৭/৭ লৈ; মরিশুবা অমসুং তরেৎশুবা মাত্রাশিংদা যতি লৈ। করি-করিগুম্বদা পর্ব্ব অমদা অহুমশুবা অমসুং তরুকশুবা মাত্রাশিংদা যতি ওইদুনা মাত্রা ৬ সু লৈ

অদুগা করি-করিগুম্বদা পর্ব্ব অমদা অহুমগুবা অমসুং মঙাগুবা মাত্রাশিংদা যতি লৈরগা মাত্রা ৮ সু ওই। করিগুম্বা মতমদা মাত্রা ৩, ৪ নৎত্রগা ৫ তনা শাবা পর্ব্বসু শীজিন্নে। পর্ব্ব অমদা মাত্রা ৭/৭ লৈবনা মণিপুরী ছন্দগী মপূং ওইবা শক্তম্নি। অয়াম্বা শরুক্তা চরণশিংগী অরোইবা খোম্বোক্তা মতোন্তাবা মান্নবা (অন্ত্যানুপাস/তুক) গী চৎনবী লৈরম্মী। মতোন্তাবা মান্নবগী অচেৎপা নিয়ম্মক্তি লৈরমদে। অকক্লবা চরণ মশীংনা স্তবক নাইবগী অচেৎপা নিয়মসু লৈরমদে। খোঙচত্তি অতপ্পা (ধীর লয়) না মপূংনি। মান্নবা শরুক্তা চাংদম্লনবগীদমক হেৎপলিগা বাংলাগী পয়ার[১] ছন্দশিংগী মশক্তা খরমখৈ চুংশিন্নবা য়াই।

---

[১]পয়ার = য়েংউ লা: ১২৮।

[ ৯ ]

# কাব্যদোষ

## পরিভাষা

কাব্যগী রস পোকহনবদা অপনবা ওইবা নৎত্রগা ৱাফম অমগী মপূং ওইবা অর্থ (বাচ্যার্থ) লৌবদা অপনবা ওইবা পোৎলম অদুবু দোষ[1] কৌই।

কাব্যদা গুণশিংগী অচৌবা মফম অমা লৈবগুম দোষশিংগী মরুওইবা মফম অমসু লৈ। দোষ মশক খঙদ্রবদি গুণ করিনো হায়বা খঙবা ৱানা থোকই। অমরোমদা গুণনা দোষপুসু মশক খঙহল্লি। মতৌ অসুম্না অনী অসি অমনা অমগী ওন্নতৈনবা ওইরবসু অমগা অমগা থানবা য়াদবা মরী অমা লৈনে। দোষ শুকলে লৈতবা কাব্য ইবদি ওইথোক্তে। মালেম শীন্দুংনা মমিং চৎলবা মহাকবিশিংগী কাব্যশিংদসু দোষ লৈতবা নত্তে। অদুমকপু ফজবা নীংথিবগীদমক মমিং লৈরবা কাব্যশিংদদি দোষ লৈবগী চাং য়াম্না হন্থে। কাব্যগ্রন্থ অমদা দোষকী চাং হ্বাইদগী হন্থনা য়াওহনবনা গ্রন্থকার খুদিংমক্কী পান্দম্নি। মসিগীদমক কাব্য অমগী ওইবা য়াবা দোষশিং মশক খঙবা দরকারনি।

কাব্য অমদা ওইবা য়াবা দোষশিংগী মশীং কয়ামরুম লৈ[1]। দোষশিং অসি চাউরাক্না কাঙলুপ মঙা থোক্না থায়দোকপা য়াই :— (ক) শব্দদোষ, (খ) বাক্যদোষ, (গ) ছন্দদোষ, (ঘ) অর্থদোষ অমসুং (ঙ) রসদোষ। দোষ কাঙলুপশিং অসিগী য়াম্না মরু ওইবা দোষ খরদং মখাদা উৎলি :—

### (ক) শব্দদোষ

ৱাহৈগী ফজবা হন্থহনবা পোৎলমসু শব্দদোষ কৌই। মরু ওইবা শব্দদোষ খরদং :—

১। শ্রুতিকটু — নাকোঙদা খোয়থুম্নদবা। খুদম ওইনা, শৃঙ্গারগুম্বা অথোৎ-অনৌগী রসকী বর্ণনদা ট কাঙলুপকী ব্যঞ্জন ময়েকশিং, য়াম্না তপশিন্নবা ময়েকশিং, অশাং-অশাংবা সমাস অসিনচিংবা শীজিন্নবা।

[1]দোষ = ফজবা হন্থহনবা পোৎলম। [1]আচার্য্য মম্মটনা মহাক্কী 'কাব্যপ্রকাশ' তা শব্দদোষ ৩৭, অর্থদোষ ২৩ অমসুং রসদোষ ১০—পূম্না ৭০ গী মশক তাক্লম্মী।

২। চ্যুতসংস্কার — লোনগী হৌনবী কায়বা হায়বদি ব্যাকরণগী নিয়মগা ওন্নতৈনবা খূদম :— লাইখুরুম্বা চৎনীংবনা ইচাগী মীত্তা পি শীম্বুরি। মসিদা ব্যাকরণগী মতুংইন্না 'মীত্তা' হায়বা ৱাহৈসি 'মীত্তগী' ওইগদবনি।

৩। অপ্রযুক্ত — শীজিন্নদবা, হায়বদি ব্যাকরণ, ডিক্সনারী নচিংবদদি চুন্নবসু লৈবাক্কী ওইনা নুংতিগী ঙাঙনবদা শীজিন্নদবা। খূদম :— থবায় হুকচাং য়াওনা মতম চানা সেৱারে। 'সেবারে' হায়নদে, 'সেবা তৌরে' হায়গদবনি।

৪। গ্রাম্য — খুন্নুংগী ওইবা, হায়বদি ফজবা নীংথিজবা লোনদা হুম্বুবা থাক্কী খুন্নুংগী ওইনা শীজিন্নবা ৱাহৈ হাপ্না। খূদম :— নঙনা শকপা ঈশৈদো, চুমদে, নাবা খম্বা নঙ।

৫। অশ্লীল — খোনচোপ ওইবা। খূদম :— অশিবা লাইরেম্বীনা হায়রকই : লাকও চান্নবা, ননাইনুবীগী শাদোঙসিদা কাখৎলকও।

৬। অপ্রতীত — অর্থ খঙদবা, হায়বদি করিগুম্বা অথন্নবা বিদ্যা নৎত্রগা শাস্ত্রতদা শীজিন্নবা, কাব্যগী লোনদদি শীজিন্নদবা অরুবা ৱাহৈ ওইবা। খূদম :— মুনিনা মোদমান তৌনা ফম্মী। [ৱাহৈ অদু খঙদবা মীওইশিংগীদমক দোষ ওইগনি, অখঙবা মীওইশিংগীদমক্তদি দোষ ওইরোই।]

৭। ক্লিষ্ট — অর্থ খঙবদা ৱাবা, হায়বদি খূদক্তা অর্থ খঙবা ঙমদবা, মুন্না খম্বুরগা ঙম্লকপা। খূদম :— 'লোইদাম মার্চ্চ থাজ কৌবগী। মাকমৈ থৱাই মিং চনবগী।।' হায়বদা 'থৱাই' অমসুং 'মিং' কী অর্থ মথৎশিংনা ৫ অমসুং ২ হায়না লৌরি অদুগা মার্চ্চকী তাং ২৫ খঙনহল্লি।

## (খ) বাক্যদোষ

ৱাহৈপরেংগী ফজবা হুম্বুহনবা পোৎলম্সু ব্যাক্যদোষ কৌই। মরু ওইবা বাক্যদোষ থরদং :—

১। অধিকপদ — ৱাহৈ হেনবা, হায়বদি অর্থ কায়হন্দনা লৌথোকপা য়াবা ৱাহৈ কয়া হাপচিনবা, ৱাহৈশিং অদু লৌথোক্লম্রবদি হেন্না ফজরমগদবা। খূদম :— খোইমুগী মখোঙদা লৈগী লৈরিক পক্লি। লৈরিক হায়বসি মহৌশানা লৈভগী ওইবা মরম্না মসিদা 'লৈগী' ৱাহৈ হেল্লে।

২। ন্যূনপদ — ৱাহে ৱাংপা, হায়বদি কবিনা পাল্লিবা অর্থ অদু ওইহনবদা পাঠক মশাগী ৱাহে খর ভাবনা হাপচিনবা তাবা। খূদম :— কল্লবা লৈতঙ্গাই মরক্তা কন্না ওমদে চংচবা। মসিদা চংপা ওমদ্রিবা মীশক ঐহাক, মহাক অসিনচিংবা অমা ৱাখললনা হাপ্পা দরকার ওই।

৩। পুনরুক্ত — হণ্ডিনবা, হায়বদি অর্থ অমখক্তবু হণ্ডিন হণ্ডিন লাকহনবা। খূদম :— অথোৎপা ৱাঙাং, অমেঙবা ৱাহে খ্বাইনা ইপাম পাম্লে।

৪। অক্রম — মথং-মনাও কায়বা, হায়বদি ৱাহৈপরেং অমদা ৱাহৈশিংনা নিয়মগী মতুংইন্না লৈফম থোকপা মফমশিংদা লৈতবা। খূদম :— নখুয়াবু থম্বাল নত্তনা হায়জফম কনা লৈ ? মসিদা 'নখুয়া থম্বালবু' হায়গদবনি।

## (গ) ছন্দদোষ

ছন্দগী ফজবা হন্থহনবা পোৎলম অদুবু ছন্দদোষ কৌই। মরু ওইবা ছন্দদোষ খরদং :—

১। গতিভঙ্গ — খোঙচৎ কায়বা, হায়বদি মাত্রানচিংবগী মশীং চুম্নরবসু ছন্দগী খোঙচৎ লানবা, পাবদা ঈচেল নাইহনবা য়াদবা। খূদম :—

ঐহাক মোইরাং মচানি, শিল্লংজগে লাকপনি।
হায়। খম্বে পাওখুম 'দুদা — যুবরাজ ওকখরে।

২। যতিভঙ্গ — লেপফম কায়বা, হায়বদি খোঙচৎ চুম্নবসু ছন্দগী লেপফম লানবা। খূদম :—

মখৈফংনা পেন্দুন সনাফিগাউনুংদগী
লুপাটাঙ্গ মখন মখন য়েনবিদো।

## (ঘ) অর্থদোষ

অর্থগী ফজবা হন্থহনবা পোৎলম অদুবু অর্থদোষ কৌই। মরু ওইবা অর্থদোষ খরদং :—

১। দুষ্ক্রম — চৎনবী মথং-মনাও ইন্দবা, হায়বদি বর্ণন তৌগদৌরিবা ৱাফমশিংনা লৈবাক্কী নৎত্রগা শাস্ত্রগী চৎনবী মথং-মনাওগী মতুংইন্দবা। খূদম :— 'মায়থোং-থাজ উরগা পুক্নীং-থম্বাল শাৎলক্লে।' লৈবাক্কী চৎনবী মতুংইন্না থাজগা থরোগা মরী লৈনহনগদবনি।

২। কষ্টার্থ — অর্থ লৌবা ৱাবা। খূদম :— 'নহাক্লা মায়থীবা পীরবনি শা মরি, উচেক মরি, উহৈ মরিবু।' মসিদা মীৎনা শজিবু, মায়খুম্না শগোলবু, খোঙথাংনা শামুবু, খ্বাঙনা নোংশাবু, খোঞ্জেলনা কোকিলবু, যৌরীনা খুনুবু, শম্না ৱাহোংবু, নাতোলনা তেনৱাবু, য়াতোলনা কফোইবু, থবাক্লা নবাবপু, চীনবান্না তয়ালবু অদুগা খজাইনা অমুনবা হৈনৌবু ঙমজবগী অর্থশিং লৌবদা ৱানা থোকহল্লি।

৩। নিহতার্থ — অর্থ হাৎপা, হায়বদি চৎনদবা অর্থদা ৱাহৈ শীজিন্নবা। খূদম :— 'হেক নোংঙানবমক্তদা খুনগী লৌরাং শূবনা লৌবুক মায়কৈ তমখরে।' অয়ুক্তা লৌকূম্বা চৎপদা লৌরাং শূবা হায়নদে।

৪। ব্যাহত — ককথৎনবা, হায়বদি হান্না হায়খিবা ৱাফম অমগা ওন্নতৈনবা ৱাফম অমা মতুংদা হায়রকপা। খূদম :— 'দেশভক্তশিং অদুনা খূরক্কী ঈনা লাই শাবগা মান্নত্রে।'

৫। অপুষ্টার্থ — অর্থবু শৌগত্তবা, হায়বদি লৌনীংলিবা অর্থ অদু লৌবদা মতেং পীদবা কান্নদবা ৱাহৈ শীজিন্নবা। খূদম :— 'নিংথমথাদা অঈংবা উন চানীংবা কনা য়াওবগে ?' উন হায়বসি মহৌশানা অঈংবা পোৎনি।

## (ঙ) রসদোষ

রসকী নুংঙাইবা হম্থহনবা পোৎলম্ব রসদোষ কৌই। মরু ওইবা রসদোষ খরদং :—

১। স্বশব্দ বাচ্য — মশাগী মমিংনা খঙহনবা, হায়বদি রস, ভাব, বিভাব অসিনচিংবগী বর্ণন তৌবদা মখোয়গী মমিং হাপ্পা। খূদম :— 'সনা লুপা ঙাক্তগী লৈরাং জাৎনা শাৎলিব, হেদ ঙকই মফমদো।' 'ঙকই' হায়বা ৱাহৈ য়াওরগা ঙক্কদবা নত্তে, বর্ণনগী মওঙদগী ৱাখলনা ঙক্কদবনি।

২। কষ্টকল্পনা — খনবা ৱাবা, হায়বদি কাব্যদা বর্ণন তৌরিবা বিভাব, অনুভাবনচিংবা অদু করম্বা রসকী ওইংগদগে হায়না খনবদা ৱাবা। খূদম :— তাঞ্জা অসি নাম্বোকহল্লনু, নীংজবদু থুংনবা য়ুম থাদোক্রমদুনা বনগী লম্বী পাংহৌরে। মসিদা 'বনগী লম্বী পাংবা' হায়রিবসি শৃঙ্গার রসকীরা নৎত্রগা শান্ত রসকীরা হায়না চপচানা খন্দোকপা ৱানা থোকই।

৩। **পুনরোদ্দীপ্ত** — অমুক হন্না বর্ণন তৌবা, হায়বদি বর্ণন তৌবা লোইখ্রবা রস অমবু অমুক হন্না বর্ণন তৌবা। খুদম :— কালিদাসনা 'কুমারসম্ভব' কী সর্গ ৪:১ দা লোইশিনখ্রবা রতিবিলাপকী করুণ রস বর্ণনবু অমুক হন্না সর্গ ৪:৪ দা বর্ণন তৌই।

৪। **পরিপথ রসাঙ্গ পরিগ্রহ** — বর্ণন তৌরিবা রসকা ওন্নতৈনবা অতোপ্পা রস অমগী পোৎলমশিং বর্ণন তৌশিনবা। খুদম :— 'মীকুপ খুদিং পুন্সি চেংজেল কক্লিবনি খনবদগী নুজাদুনা মহাক্কী চান্নথোইবগা হরাউ মথোই কানা শান্নজরি।' মসিদা 'মীৎকুপ.......কক্লিবনি' হায়বগী জ্ঞান অসি শান্ত রসকী বিভাবনি, মসিনা শৃঙ্গার রসতা লাক্লিবসি দোষনি।

৫। **অকাণ্ডপ্রথণ** — মতাং চাদনা হায়বা। খুদম :— ভট্টনায়কনা 'বেণীসংহার' দা বীর কয়ামরুম মপুন্সি মাঙখিবগী বর্ণন তৌরিঙৈ মরক্তা নায়ক-নায়িকা অনীগী প্রেম-বর্ণন মতাং চাদনা চত্থরকপা।

৬। **অকাণ্ড ছেদন** — মতাং চাদনা শমথরকপা, হায়বদি করিগুম্বা রস অমা বর্ণন তৌবা মপূং হেক ফাবগা খুদক্তা অতোপ্পা ওন্নতৈনবা রস অমগী বর্ণন তৌবা হৌগৎপা। খুদম :— রৌদ্র রসকী বর্ণন তৌবা হেক লোইবগা শৃঙ্গার রসকী বর্ণন হৌগৎপা, অসিনচিংবা।

৭। **অঙ্গভূত রসাতিবৃদ্ধি** — মচেৎ ওইবা রসপু কা হেন্না শন্দোকপা। খুদম :— শৃঙ্গারনা মপূং ওইবা রস নত্তনা কাব্যদা কনাগুম্বী নুজাগী ফজবা শক্তম য়াম্না কা হেন্না শন্দোক্লা বর্ণন তৌবা।

৮। **প্রকৃতি বিপর্য্যয়** — হৌন-শাজৎ ওন্নতৈনবা, হায়বদি মফম-মতম মীশক্কা ওন্নতৈননা চূনদনা বর্ণন তৌবা। খুদম :— লাইগুম্নবা মীওইশিংদা অনেম্বা থাক্কী নুংশি-নুংওল বাখল চেনবা উৎপা, অবতার ওইবা মীশকশিংতনা ঙমগদবা থবকপু মীচম্না তৌবা উৎপা, কালেন্দা মৈ তিকপা, নিংথমথাদা ঈতীংবা, নহানা লম্বোইবা, অঙাংনা বেদ পাবা, ব্রাহ্মণনা য়ু থকপা, ক্ষত্রিয়না লাঙ্গোল পায়বা অসিনচিংবা হৌন-শাজৎকা ওন্নতৈনবা বর্ণনশিং।

---

# মাঙগী হীরম পরেং


MANIPUR UNIVERSITY CANCHIPUR
LIBRARY
11445

# মণিপুরী কাব্য-কাঙলোন

শ্রীওয়নাম ইবোচাউবা সিংহগী
মণিপুরী কাব্য-কাঙলোন
ভারতীয় সাহিত্য শাস্ত্রগী
পূর্ণাঙ্গকল্প ওইবা শক্তম অমনি।
মসিগী বিশিষ্টতা অমা —
খূদম লোইনবা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদগী পীবসিনি।
শ্রীসিংহগী লাইরিক্সি বিদ্যার্থীশিংগী
খূৎলোয়বা অমা ওইবদ নত্তনা
সাহিত্য শাস্ত্রগা শকখঙনবা তাল্লিবা
তোঙান তোঙানবা ক্ষেত্রগী মীওইশিংদা
অচৌবা তেঙবাং পীগনি হায়না খন্দবা ঙমদে।

— শ্রীমীনকেতন সিংহ

---

শাস্ত্রগী ওইবা নীংথিজবা কয়ানা মপূংফানা
লৈতেংলবা মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কৈনি হায়বা উৎচবনা
লাইরিক অসিগী মপূং ওইবা পান্দম অমনি।

— **অইবা**

---

**নেপেন পব্লিকেসন্স**